

শ্রীশ্রী গোবীন্দজীগী চরণার্বিন্দদা কচ্চরি

মনাই ভক্ত ভাগ্যচন্দ্রগী প্রেম মালা নিংথিবা

তোনবদগী তোল্লবগী থেল্লবা প্রেম্মা

সেবা ওইনা ঙমজবা মপা লাকচদুনা।

পেন্বীহৈবনি পেন্বীয়ু হে রাজর্ষি !

নচা ননায় খীবিক্কী থম্মোয়দা য়েনবিরম্বা

শ্রীশ্রী রাধাজীগী কৃষ্ণ প্রেম রাসামৃতবু ।




# ভঙ্গীপারেং অচৌবা

সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্



সঙ্ঘালি
এ সেন্টর ফোর পার্ফোর্মিং আর্টস
ইম্ফাল

**Bhangi Pareng Achouba**

(Traditional Classical Raasa Dance Composition of Rajarsee Bhagyachandra) by Sanakhya Ebotombi Haorokcham, Keishampat Thokchom Leikai, Imphal, Manipur

*Publisher* **Dr. M. Thoiba Singh**
Director
Sanchaali
(a centre for performing arts)
Haobam Marak, Ngangom Leikai, Imphal





*First Edition* **14/4/2007 (Saturday)**

*Copy* **1000**

*Price* Rs 150/-




*Composed at* Sumati Printers,
Nagamapal Singjubung Leirak, Imphal

*Printed at* **Yansaplast**
Keishampat, Imphal

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরগী শক্লাইরবা থিয়েটর ডিরেক্তর অমসুং স্কোলার সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্না হন্দক পুথোকপিরক্লিবা ভঙ্গী পরেং অচৌবা থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুব কলচরগী লমদা, মরু ওইনা পুং-ঈশৈ-জগোইগী অমত্তা ওইরবা তাংলবা মমল নাইদ্রবা লাইবিক অমা ওইনা উজকয়। মরমদি পুং-ঈশৈ-জগোইগী লমদা থক্কী অমদি হৌজিক্কী মীরোলনা ফোঙমদনা লৈবক্লবা অরুবা ৱাফম অমদি পাউখোং খবদি ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লে হায়না লৌজে।

লাইবিক অসিদা মতাং তরেৎ থোক্লা খায়দোক্লুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবা বু মরিক চুম্না অমদি ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবি। মদুদি অহানবা মতাংদা ৱাহৌদোক, অনিশুবা মতাংদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ভাব অমসুং ইতিবৃত্ত, অহুমশুবা মতাংদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই শাথেকশিং, মরিশুবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী তাল, মঙাশুবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী পুংলোন, তরুকশুবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী পুংলোন্দা খোঙফম অমসুং তরেৎশুবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ শৈরেংশিং অসিনি।

পুংলোন অমসুং ঈশৈগী সুবশিংবু ইথোক্লুনা থম্বা যাবগুম জগোইগী শাথেক শানোমশিংবুসু পুংলোনগা কোন্ননা লাইরিক ওইনা ইথোক্লুনা থম্বা য়াই হাযবসি লাইবিকসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি। মতৌ অসুম্না মপুঙ্গিদা জগোই অমুক্তা শাজদ্রিবা মীওই ফাওবনা লাইরিকসি পারগা মশা মতোমতা জগোই তমজবা ফাওবা যারকপা য়াবগী ফিভম লৈরক্লি।

তশেংবমক ঙসি ফাওবদা ফোঙনরকলিবা ভঙ্গীগী লাইরিকশিংদা চপ চাবা ভঙ্গীগী মশক শেংনা তাকপা লাইরিক অমত্তা থেংনদ্রি। জগোইগী পুংলোনগী লাইবিক মশিং খঙদনা লৈরবসু পুংলোনতনি জগোইগী মবমদা নীংথিনা পন্দে, লোয়ননা খুৎথেক, শাথেক, খোঙফম, খোঙলোন অমসুং তান্নচিংবগী মরমদা অমত্তা ময়েক শেংনা লৈখায় তানা ইবা থেংনদ্রি। অদুবু লাইবিকসিনদি ময়েক শেংনা ফোংদোক্লুনা ভঙ্গীগী চপ চাবা মশক অমদি তশেং-তশেংনা উহল্লে। অইবনা পুরিবা অমদি উরিবা ৱাখল্ল মিংয়েং অসি অসুক্কী মতিক কুপই অদুগী মথক্তা Logic অমদি philosophy য়াওনা structural analysis তৌদুনা,

মতম চংনা হোৎনদুনা পুথোকলকপা লাইবিকনি হাযবসি অপাবশিংনা ফজনা উবিগনি। লাইবিক অসিগী য়াহৌদোক্তা অইবা মশানা কবম্মা নৈনবা হৌবকথিগে হাযবদু মযেক শেংনসু ফোংদোক্লি।

ঙসি ঙসিমক মণিপুবদা পুং-ঈশৈ-জগোইগী লমদা ঐখোযনা যেংনা য়েংনা উবা ঙমদবা, খঙবা ঙমদবা অমদি ফোংঙমদবা অকবা য়াফম কযা, পাউখোং কয়া অমা ফুমদুনা লৈবি হাযবসি ককনিংঙাই লৈত্রবা য়াফমনি। খুদম ওইনা কবিগীদমক ভঙ্গী পবেং অচৌববু বাজর্ষি ভাগ্যাচন্দ্রনা মবুংঙোগী সেবাগীদমক্তা কৎচবম্মা বাস খুদিংমক্তা যাওদবা যাদবা মতাং অমা ওইহল্লমলিবনো হাযবসিগী ওইবা যাবা মবম ফোঙনবক্লিবা ভঙ্গীগী লাইবিক অমত্তদা পনবা থেংনদে। মসিমক যেংনা যেংনা উঙমদ্রিবা ফোঙমদ্রিবা অকবা পাউখোংশিংগী মনুংদা অমনি। অমবোমদসু অমুক ভঙ্গীবু রাস নৃত্য, রাসনাট্য, অমসুং রাস নর্ত্তন হাযনা শীজিন্নবমদনা রাসভঙ্গী হাযনা শীজিন্নবমলিবা কবিগীনো, ভঙ্গীবু কবিগী অসুক য়াংনা থাংগৎলমলিবনো, পূম্নমকসি পাউখুম ফংদ্রিবা য়াহং ঙাক্লনি। অদুবু ঐখোযগী লাইবক ফবা হাযগদ্রা অসিগুম্বা থিবদা য়াবগদবা উনা উনা খঙবা ঙমদ্রিবা ঐখোযগী ইবক্তা লৈবিবা অকবা য়াহং কযাগী পাউখুম ঙসিদি লাইবিকাসনা পাবে হাযনা লৌজে। মসিমক অইবনা মণিপুব সমাজদা পীবিবা অচৌবা জ্ঞানগী অবদান অমনি হাযজনিংই।

ভঙ্গী পবেং অচৌবা দা শীজিন্নবিবা তালসি লাইবিক খবদা মেল ভুম্না, তাঞ্চপ, মেনকুপ অমসুং চালি হাযদুনা তাল মবি শাজিন্নে হাযনা ইবি। মাস কদাই ফাওবা চুম্মীবগে, মেল হাযবনা কবিনো, ভুম্না হাযবনা কবিনো, মেল ভুসনা হাযবনা কবিবু খঙনবিবগে, মণিপুবদদি তালদগী পুংলোননা হেন্না মক ওইনা লৌই। চুমালব্রা, লালিব্রা, কাবনা কবম্মা বিচাব তৌগনি, তাল কাযবগদি থোইনা খন্নদে, পুংলোন লানবগীদি য়াথোক ওই। তাল যাওদবা পুং ঈশৈ জগোই লৈব্রা, য়াহংগী য়াহং ঙাক্লনি পাউখুমদি লৈতবা। মসিগী মথক্তা থক্কী ওজাশিংনা যেংকী ওইগী তাল মশক খঙনা শীজিন্নবম্মা কয়াদু ঙসি ঙসিমক ফোংনবকলিবা পুং অমসুং ঈশৈ-জগোইগী লাইবিকশিংদা মসিগী মশক শেংনা য়াওবা লাইবিক অমতসু পুথোক্লবক্তবনা, য়াহং কযা কয়া থোক্লকপবু ঙসিদি লাইবিকসিনা পাউখুম পীববগুম তৌবি।

ঙসি মণিপুরদা খ্বাইনা খঙনবিবা জগোই হায়রসি কবি কবম্বা শানোম শাথেকপুনো ? জগোইনা কবি কবম্বা ৱাখল পূক্লিং ফোঙদোকপগে ? কবম কবম্বা খোঙলোন খোঙথাং শীজিন্নবগে ? কবম কবম্বা ফিবেপ ফিদুপ্তা জগোই শাগনি ? মসিগী অকুপ্পা কাঙলোন ইবা জগোইগী লাইরিক অমত্তা লৈবমদবদু ভঙ্গী পরেং অচৌবা ফোঙলকপদা অৱাংপা খবদি মেনশিনবা ঙম্লগনি হায়না থাজজে।

ভঙ্গী পরেং অচৌবদা শীজিন্নবিবা জগোই শাথেকশিং মমিং ওইনা পল্লবদা চম্প্রা ওকপী, চম্প্রা হেকপী, চম্প্রা খাইবী, লশিং কাপ্পী, খুজেং লৈবী, লেংবান পাযবী, চক্র লৈবী, উপলৈ, লোংলৈ, অথাবা অসিনচিংবা ৱাহৈ কাংলোন খবা শীজিন্নবক্লি। অদুবু মমিং থোন্দবা জগোই খুৎথেক কযা অমসু লৈহৌবন্মী। মমিং থোনবা ঙমদদুনা তৌবিব্রা ? অদুগা অমুকসু মমিং থোল্লবাশিংগী জগোই শাথেকশিংনা কবি কবি ৱাখল, মিৎযেং ফোঙদোকলিবা ? লাইরিক অমত্তদা মমুৎ তানা ময়েকশেংনা পল্লম্বা থেংনদ্রি। অসিগুম্বা ৱাহং কযাগী পাউখুম লাইরিকসিনা পীনবা হোৎনবি। লাইরিকসিদা তুংগী মীবোলনা জগোইগী মরমদা লংলা লংঙ্জন খঙনবগী চাউববা পাম্বৈ অমদি ওইহৌবগনি হায়না থাজে।

অঙনবা মতমদগী ঙসি ফাওবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোইশিংগা মন্নংদা শক্রবকাখবা তোঙান-তোঙানবা ঈশৈশিং লোইননা কাবগাদমক্তা খেন্ন-খেন্নবা জগোই বাসশিংদা যাওবিবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈদা কবিগীদমক খেন্ন-খেন্নবা ঈশৈশিং শকলিবনো ? খেন্ন খেন্নবা ঈশৈশিং শকপা যাহল্লক্লিবগী মরম্মা কাবগীনো ? মসিগী মথক্তা মণিপুরগী শক্লাইববা ওজাশিংনা মখল মখা কযাগী রাসপু শৈথাবা পদাবলি কযাদগী ফজ ফজবা পদ-মতেক মতেক খোমজিল্লগা শমজিন্নদুনা শকলম্বা কযাবু মাবক চুম্না নৈনদুনা উৎপা লাইরিকসিদা থেংনবীগনি। অসিগুম্বা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মরমদা মাবক চুম্না ইবা লাইরিক অমত্তা ঙসি ফাওবদা লৈতবনা লাইরিক অসিনা তুংদা হৌবকলিবা, ছাত্র-ছাত্রীশিং আর্টিস্টশিং অমদি স্কোলারশিংদা পুং-ঈশৈ-জগোইবু scholarly নৈনবদা লাইরিক অসিনা অচৌবা পাম্বৈ অমা ওইবগনি হায়না খঙজদুনা অকিবা লৈতনা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবগী থৌদাং যাজখিবনি।

সঙ্গালি এ সেন্টর ফোর পার্ফোর্মিং আর্টস না মণিপুরগী পার্ফোর্মিং আর্টশিংবু যোকখৎনবগী পান্দমদা নৈন মীফম অমদি ৱাকশোপনাচিংবা কযা পাংথোক্লুনা

লাকলি। পূন্নমকসিগা মরী লৈননা লাইরিক খরসু ফোঙদোকচনবা হোৎনজরি। কুমশি চহিগী ওইনা ভঙ্গী পরেং অচৌবা কৌবা লাইরিক অসি পুথোকচরি। মণিপুরী কলচরবু নুংশিজবতা নত্তনা য়োকখৎনবগী অচৌবা থৌদাং য়াবিরিবা স্কোলার সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্না য়াম্না মতম চংনা থিজিনদুনা নৈনরগা ইথোকপিরকপা মমল নাইদ্রবা লাইরিক অসি সেন্টরনা ফোংজনবগী হায়জরকবদা হরাও হরাওনা পীবিরকখি। মসিগীদমক সঙ্গালিগী মাইকৈদগী অইববু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোইননা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিনজরে লৌজে।

ডা: মৈকাম থোইবা সিংহ

*ডিরেক্টর*

সঙ্গালি

(এ সেন্টর ফোর পার্ফোর্মিং আর্টস),

হাওবম মবক, ঙাংঙোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# য়াওরিবশিং



★ ★ ★

অহানবা মতাং

# ব্রাহৌদোক

ঙসিদগী চহি তরামরি মঙাগী মমাংদগী সংকীর্ত্তন অমসুং রাসনচিংবা মণিপুরগী পুং ঈশৈ, জগোইগী য়ুম্ফম ওইরিবা তালশিংগী মরমদা কুপথনা নৈননিংবগী অপাম্বা অমা লৈরকখী। মদু মরু ওইনা মীরোল অসিগী ওজাশিংনা ফোংদোক্লরক্লীবা পুংলোন লাইরিকশিং অসিনা হিন্দুস্তানি সঙ্গীৎকী ব্যবস্থাবু ব্রায়রগা ইনরকপা ঙাক্তা ওইনা তৌরুবদগী মহৌশাদগী চৎনরকপা মণিপুরগী সংকীর্ত্তন্নচিংবগী তালগী য়ুম্ফমদু মাংহনখীবা য়াবগী ফিভম অমা লাকপা উবদগীনি; লোয়ন লোয়ননা মণিপুরগী সংকীর্ত্তন্নচিংবগী তালগী ব্যবস্থা অসিনা হিন্দুস্তানি সঙ্গীৎকী তালগী ব্যবস্থাদগী য়াম্না তোঙান্বতা নত্তনা থোইনা হেন্না ফজবা মগুণ লৈবা মশক অমা ওইরম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উরকপ্পদগীনি অমদি উরক্লীবশিংবু মীয়ামদা পুথোক্তুনা খঙহন্নিংলুবদগীনি।

তশেংনমক মণিপুরগী সংকীর্ত্তন্নচিংবগী য়াম্না মগুণ লৈনা ফজবা তালগী ব্যবস্থা অমা লৈজে হায়বসি ঙসি সঞ্চালি হায়না খঙনরিবা জগোই সংস্থান অসিবু লমজিংলিবী শ্রীমতি মৈকাম ওংবী লাতা থৌনাওজম্না মতম অমদা মশাগী ওইবা জগোইগী খুৎশেম খরা পুথোক্লীংবগী অকন্বা অনিংবা অদুদা মতেং পিনবা হোৎনখীবদা তপ্না তপ্না ময়েক শেংনা উরকখীবনি। মদুমক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী কৃপাননি হায়না লৌজে। শ্রীমতি লাতা থৌনাওজমগী মশাগী অনৌবা জগোই খুৎশেমশিং পুথোক্তুনা মীয়ামদা লাম্ফোক্লবা হোৎনখীবা মতমদুদা সংকীর্ত্তনগী রাগ অচৌবা অমসুং রাগ তাবনচিংববু মমুৎ তানা কুপথনা নৈনবগী তাঞ্জা

অমা ফংহনখী। মদুদগী মথং মথং মেল অমসুং সঞ্চারনচিংবা অতৈ তাল কয়াবুসু মথং মথং নৈনবগী তাঞ্জা কয়া ফংহনবীদুনা সংকীর্ত্তনগী তালগী ওইবা ফজবা ব্যবস্থা অমা তোপ্পা লৈজৈ হায়বসি শ্রীশ্রীগোবীন্দজীনা তপ্পা তপ্পা ময়েক শেংনা উহন্বিরকখী।

মণিপুরগী তালগী তোপতোপ্পা ব্যবস্থা অসি ময়েক শেংনা উৎথোক্লনবা হোৎনবদা, ঙসি ফাওবদা ওজাশিংনা ফোংনরক্লীবা পুংলোন মখল মখা কয়াসি ইনৌ নৌনা অমুক ইথোক্কুনা নৈনবগী তঙায়ফদবা লাকই। ফোংদোক্লরক্লীবা পুংলোনশিং,অসি সংকীর্ত্তনগী তালগী ব্যবস্থা অসিগী পাদমনুংদা পুশিন্নবা, চনশিন্নবা হোৎনবদা মহৌশাদগী জগোই শাথেক্কা কোন্নজরকপা পুংলোনশিং অসিনা অতৈ পুংলোনশিং অসিদগী খরা হেন্না খুৎলোয়বা, অমদি লায়বা হেল্লি। মরমদি জগোই শাথেকশিংনা অমসুং মখোয়গী খোঙফমশিংনা তাল তালদুগী মশক অদু লায়না চপ চপতুনা ফাবা ঙস্কল্লি। মরমসিদগী মণিপুরগী মহৌশাদগী য়ৈনবকপা ভঙ্গী মণ্ডাগী পুংলোনশিং অসি খুদম ওইননবা নৌনা ইথোক্লবা হোৎনরুয়। হোৎনবগী মহোৎনদি জগোই নিংথীনা হৈববী নূপীমচাশিংনা জগোইদু মচিন্না পুংলোন হায় হায়দুনা হন্না হন্না শাহন্বদা জগোইগী খোঙফম্না উৎলক্লীবা তালগী মশক অদু লেপ্পগা মদুগী মতুং ইন্না পুংলোন নৌনা ইথোক্লবা হোৎনবনি। তশেংনমক চংশিল্লকখীবা খোঙজং অদু খরা ৱাবা, মতম চংবা অমসুং নূপীমচাশিং অদুদসু জগোই হনজিল হনজিল শাবগী তন্থবা চোকথবা পোকহন্বা মতৌনি। অদুম ওইনমক চহি কয়াসি লিশাং শিৎনা লেপ্তুনা খজিক খজিক তপ্ন তপ্পা হোৎনরকপগী মহৈদু ঙসিদি ময়েক শেংনা উবা ফংলরি। মতৌ অসুম্না ফল অমা ফংননবা চংশিল্লকপা অসিদা শ্রীমতি লাতা থৌনাওজম, ব্রহ্মপুরদগী অধিকারিময়ুম রাধামাম্বী দেবী, উরিপোক খোইস্নাম লৈকায়দগী

লাইতোঞ্জম রত্নমালা (বিবি) দেবী অমসুং সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক্তগী হুইদ্রোম রঞ্জলা দেবীনচিংবী জগোই চংখোন্না হৈরবী নুপীমচাশিং অসিগী কাওওম্লরোয়দবা মতেং কয়া কয়া য়াওখ্রবনি।

তশেংনমক সংকীর্ত্তনগী তাল ব্যবস্থাগী খুদম ওইননবা পুংলোন কয়া নৌনা ইথোক্লবা হোৎনখীবদা ভঙ্গী, চালিনচিংবা জগোইশিংগী মতেং তঙায়ফদনা লৌখ্রবসু জগোইশিং অদুগী মরমদদি অদুক হাক্লা পুক্লীং চংলুবা, খঙনিংলুবা অমদি থিজিন্নিংলুবনচিংবা লৈরমদবনি। অদুবু জগোই নিংথীনা হৈববী, পোষ্ট দিপ্লোমা লোইরবী নুপীমচাশিং অদুগা লোয়নকুবদগী ঙসিগী মীরোলনা ভঙ্গী পরেং অচৌবনচিংবা জগোইশিং অসিদসু ভাব তাবা ঙম্লদবা, চনৈনবা, চমম্লবা ব্রাফম কয়া লোয়নদুনা লৈরে হায়র্বসি যাম্ল ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লকখী। ভঙ্গী পবেং অচৌবসি বাস খুদিংদা য়াওদবা য়াদবা য়াম্লা মরু ওইবা মতাং অমনি হায়বসিদগী হেন্না জগোইসিনা কবি তৌরি, করি ফোংদোক্লী, করিগী রাস খুদিংদা যাওদবা য়াদ্রিবনো হায়বনচিংবগী মরম চপচানা খঙবা ঙম্লদনা, মিৎতাংবশিংনা শামু মশক তাক্লবা হোৎনবগুম, মসিদি হকচাং শাগৎপনি, লাই হবাওবগী হকচাং শাগৎপদুগা পাংখক্লী, জগোইগী যুম্ফম্লী মালেম লৈশেমর্বনি, শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগল সম্ভোগনি, it is a description of the devine beauty of Lord Krishna and Radha, হায়নবনচিংবা কয়া মানা মানা থোকপা পংহায় হায়নবদগী হেন্দোক্লুনা চক্র লৈবী মঙা য়াওরিবদু অরুবনি, ইবুঙোগা ব্রজ গোপীশিংগগী বাস শান্নবদা শিন্থরকপা অমোৎপা তৈথোক্লীবনি হায়বনচিংবা য়াম্লা অপরাধগী মশক ওইবা তোকঙা কয়া ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈরে হায়বা খঙলকখি।

লোয়ন লোযননা মতমসিগী মণিপুরগী জগোই ওজা অমসুং স্কোলায় খরনা উপায় লৈতনা, মকোক ঙাওরদুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবসিবু ভঙ্গ

ময়ামগী পরেং (ভঙ্গাবলি) হায়বনি; হল্লিশক হায়বা উপরূপক মখল অদুনি অদুগা য়েরিবা তালনা রাজমেলনি হায়না ফৈরেংননা কন্না শন্দোক্লবা হোৎনবসু থেংনরকখি। তশেংনমক রাজমেলদি অকক্লবা মেল অমগী ধ্রুববু লেংহন্দনা ফাদুনা থল্লগা লোইনরিবা পাদশিংনা লম্বী ঘাৎ, বেরি ঘাৎ অমসুং সেতু ঘাৎনচিংবদা মথং মথং পুশিল্লকপা তালশিংগী য়াচন্না শেন্বা অখন্নবা রূপ অমনি। রাজমেলগী হেন্দোক্লা কুপথবা ৱাফমদি নত সংকীর্ত্তনগী তাল ব্যবস্থা হায়বা লাইরিক অদুদা য়েংবীয়ু। ভঙ্গী অচৌবগী তালদি মেল ভূষণা হায়বা অদুনি হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। মাদি কৈদৌঙে রাজ মেলগী মশক ওইরক্তে। ভঙ্গী অচৌবগী তালগী মরমদা লাইরিকসিগী মনুংদা তোঙাম্বা পন্দুপ অমা ওইনসু নৈন্দরি।

অদুগা ভঙ্গী পরেং অচৌববু হল্লিশক হায়বা উপরূপক অদুনি হায়না থম্লক্লীবা ৱাফম অসিদি মশানা মরোমদোম হঞ্জিন্দুনা ককচববা ৱাফম ওইগনি। মরমদি উত্তম নায়ক নায়িকাশিংনা হন্থবা থাক্কী রূপকর্শিংগী চরিত্র ওইবা যাবা হৌনদে। অদুনা জগৎকী মবুঙো সর্ব্বোত্তম নায়ক শ্রীকৃষ্ণ অমসুং উত্তম নায়িকা শ্রীমতি রাধিকা অমসুং ব্রজগোপী খী বিক্লা চারিত্র ওইদুনা শান্নরিবা রাস অমসুং ভঙ্গী পরেং অচৌববু হল্লিশক্লুম্বা উপরূপক ওইনা উরূরিবসি খ্বায়দগী চাওবা ভ্রম অমা ওইগনি। অদুগা মায়গৈ অমরোমদা হল্লিশক হায়বসিমক সাহিত্য দর্পণগী উপরূপক তরানিপালগী মনুংদা অমনি। রাসক হায়বা অমসু উপরূপক তর্বানিপাল অদুগী মনুংদা য়াওরি। অসিগুম্বা উপরূপক্কী ৱাফমসিদি ভরত মুনিগী মত্তগী তশেংনা বিরোধ ওইবা মতনি। দশ রূপক হায়দুনা ভরত নাট্য শাস্ত্রনা তক্লীবা রূপক মখল তরা অসিদা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপদগীনা খ্বাইদগী তোন্বা রূপক ফাওবা পুল্লপ্না য়াওখ্রবনি। মসিদগী অমুক মখা তাথনা পুশিল্লকইবা সাহিত্য দর্পণগী রূপক তরানিপালগী ৱাফম্বু রূপ

গোস্বামীনচিংবা গৌড়িয় বৈষ্ণব অধিকাবিশিংনা চপচানা লৌখৎলমদে, য়াবমদে। ৱাফমসি রূপ গোস্বামী পাদ মশাগী নাটক চন্দ্রিকা হায়বা লাইবিক্কী হেক অহৌবমক্তদা, অহানবা অধ্যায়গী অনিশুবা শ্লোক্তা ময়েক শেংনা মখাগী অসুম্না পল্লমলে :—

**নাতীব সাঙ্গতত্ত্বাদ্ ভরত মুনের্মত বিরোধাচ্চ।**

**সাহিত্যদর্পনীয়া ন গৃহীতা প্রক্রিয়া প্রায়ঃ ।।**

অসিগুম্বা গৌড়িয বৈষ্ণব সমাজগী আদি গুরুজনশিংনা যাবমদ্রবা লাইবীক্কী ৱাফম অমবু ঙসিগী মীবোলগী মীনা নৌহৌননা অমুক লৌখত্তুনা উত্তম নাযক নাযিকা ওইবিবা ইবুঙো ইবেম্মগী রূপক, বাস অর্মদি ভঙ্গী পবেং অচৌবনচিংববু উপরূপক্কী হাযবকপা অসিদগী হেন্বা ভুম অমা মফম কদাযদা লৈবমগনি।

অবোইবদা ভঙ্গী পবেংদগী ভঙ্গ পবেং নত্রগা ভঙ্গাবলী হাযববোমদা ওনশিন্নিংলকপগী ৱাফম অসিসু অদুঙৈগী আদি গুরুজনশিংদু সংস্কৃত ভাষা যৌনা হৈতবনি হাযনা নাকোযননা হার্যনিংবগুম থোকপ্রা হায়না খল্লি। তশেংনমক আদি গুরুজনশিং অদুদি ঙসিগী মীবোলনা পাক তান্বা ফংলবোইদবা লাইপোক ঙাক্তা ওইখীবনি। অদুগীসু মথক্তা লৈবাক অমগী নিংথৌবের্লশিংনা থৱায যাওনা চংশিলহ্নীবা থবক্কী; ঙসিগী অনৌবা যুগকী অনৌবা মীবোলগুম সংস্কৃত ভাষানচিংবা যৌনা হৈফাত্তনা পংহায় হাযবগী থাক অসিদগী যাম্না তোঙান্বা থাক অমদা চংশিল্লন্বা লম্বেলনি হাযবা কাওনদবনা চুমগনি। অশেংবনি শাস্ত্রনা খোঙগী খূৎকী নত্তবা হকচাং মপুমগী শাথেকশিংবু সমভঙ্গ, দ্বিভঙ্গ, ত্রিভঙ্গ অমসুং অতিভঙ্গনচিংবা হায়দুনা মশক তাক্লম্মী। হাযবিবা ভঙ্গশিং অসিদি মীওইবগী জগোই শাথেক খুদিংদা চংদবা য়াদ্রবা, জগোই খুদিংদা যাওদুনা লৈজবা মচাক্লী। মখোযবু চিন্না হাযদুনা নত্রগা লাইবিক ওইনা

ইশিন্দুনা থম্বা নুঙাযনবা শাস্ত্রনা তোঙান তোঙান মমিং থোন্দুনা তাক্লম্বনি। মদুদগী লৌদুনা ভঙ্গী পবেং অচৌবনচিংবশিং অসিবু ভঙ্গ পবেং নত্রগা ভঙ্গাবলী হাযনা হাযগদবনি হাযবসিমক আদি গুরুজনশিং অদুগী চেতনাবু, মখোযগী ব্রাখল লৌশিংবু মশক খঙবা ঙমদবগী অচৌবা খুদম অমনি হাযনা থম্লীংঙি।

ভঙ্গী নত্রগা ভঙ্গি হাযবা সংস্কৃত শব্দ অসিগী কোষনা পীবা অর্থ কযা কযানি। মযামদুগী মনুংদা জগোই শাবা, লিলা তৌবা, মতৌ তম্বা, হকচাং শাথেক শাহুম্না কবি গুম্বা খবা হাযনবা হোৎনবা, চংজ নোঙ্জবা, অসিনচিংবা কযাগী অর্থ যাওবি। অদুবু ভঙ্গী হাযবা বাহৈশি ভঙ্গ দা তুদগী শেম্লকপনি হাযদুনা মাগী অর্থবু তেকপা, কাযবা, কোম্ব, মথেক মথেক থেকপা হাযবা ভঙ্গগী অর্থদা অদুম লেংদনা লৈগদবনি হাযনা খল্লনা অদুমক সংস্কৃত ভাষাব যৌ। তৈবমদবগী মতেক লাববা খদম অম ওইজবি। আদি গুরুজনশিংনদি জগোইগী শাথেক শাহুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজগোপীশিংগী বাসক মতৌ তমজদুনা ভক্তি তৌজবব ভঙ্গ হাযনা চপচাবা সংস্কৃত বাহৈশি শিজিন্নদুনা অর্থ মপুং ফানা কোকলোকপাবগ্রবনি। ভুসিগী অনৌবা যুগকী মখোলনা যাম্না তোযনা অমসং পাক্ল শম্না শিজিন্নবিবা জগোই বাস অমসুং বাস লিলা হাযবা বাহৈশিং আসমকসু হাযনবকপা, পন্নবকপা পংকুই কুইদ্রবা খল্লক্না বাতোশংনি। আদি গুরুজনশিং অদুনদি আসগুম্বা ভক্তিগী মশক ওইবা, মীযাম্না খুকমজননবগী মশক ওইবা কম্কু মখল অসিবু, নৃত্য, নাট্য, অমসুং নর্ত্তননচিংবা অতৈ সংস্কৃত শব্দ ফাওবা শিজিন্নবদা তম্বুমল্লি হাযনা লৌজদুনা বাসনৃত্য, বাস নাট্য, অমসুং বাস নর্ত্তনচিংবা হাযবগী মহুতা বাস ভঙ্গী হাযনা শিজিন্নবীবম্বনি। বাহৈ অসি তেক্লা কাযদনা ভাকশেনবা হাযবসি লৈবাক অসিগী মীযামগী তঙাযফদবা থৌদাংনি হাযনা থমনংই।

মতৌ অসুম্না ঙসিগী, অনৌবা যুগকী অনৌবা মীবোলনা ভঙ্গী পবেং অচৌবশিংবা কয়াসিগী মশক চপচানা মযেক শেংনা মুন্না খঙবা ঙমদনা চহি কয়া লৈবক্তে হাযবসি যাম্না ৩শেং তশেংলে। ফিভম অসি অনৌবা মতমগী যাওলদা জগোই হাযবা কলা মখল অসিগী মহৌশাগী মশক্তা তপ্প তপ্পা থোংলকখীবদগী ওইবকখীবনি হাযবসি খনদং খল্লবদা ফজনা লাম্বা ফংই। আদি গুরুজনশিং অদুগী ৱাখল অমসুং মিৎযেংদি যাম্না পাবিত্র ওইবর্মী; তশেং তশেংনা শাস্ত্র সম্মৎ ওইবর্মী। অদুবু অনৌবা যুগকী মীবোলগী মিৎযেংনা শাস্ত্রনা তাক্লীবা জগোইগী মশকপু নাকোয়নবগা ওন্নবা মিৎযেং অমদগী তকচাংগী শাথোক শল্লম্না অভিনয় তৌবদু জগোই ওইনা ভারত শিংদুনা পাঙননা লৌনবকপদগী অমদি মদুগী মতং উপদনা লমদমসিগা মীশিংনসু চৎলবদগী ভঙ্গী পবেং অচৌবশিংবা শাস্ত্রগী মৎ চপচানা মতুং ইন্না জগোইশিংবু হংদুনা তম্নকখিদনি। ভারত পন্থমদা অনৌবা হাওলনা হাংদনা, মিৎযেং অদোমদা ১২ মখা চহুক্কী [illegible] মতমগী বাসনচিংবা আদবা জগোইশিংগী অর্থ হংদুবা লাবকপা, ভাব তানা ডুপ্পা তৌনবগা ফিভমসি সুম তোঙ্গাল্লকপা মশানা তাবনি।

তুঙ্গী মীবোলগীদমক যেংনা তঙ্গায়ফদনা বাসনচিংবা শাস্ত্রয় ওইবা জগোইশিং অসিন লৌনা স্বরুচরেল এনলাইটসনচিংবগী। তেংবাং লৌদুনা মযেকশেংনা অর্থ থোক্লা খংবা ঙম্মনবা অমসুং মীয়ামসু খঙহন্নবা হোৎনবা তাবনি হাযবা ৱাখল অসিনা মাড্ডওইনদুনা অতানবগী ওইনা ভঙ্গী পবেং অচৌবসিবু লৈনবা হৌজখী। লৈনখীবগী মতম খর্বসমক ঙসি লৈবাক মীয়ামগী মফমদা লাক্লোকচবা ঙম্ভীবসি ৩শেংনমক ব্রহ্মপুর নহাবমদগী বামোন নুপীমচা কুমারী অধিকারিময়ুম রাধামাধী দেৱীগী অচৌবা কাপ্লিব্যুসন্দগীনি হাযনা থমনংই। বামন নুপীমচাসি জবহরলাল নেহরু দান্স একাদেমীদগী বাসদা পোষ্ট দিপ্লোমা

লোয়জরবীনি। হৌখিবা চহি অনি অহুমসিদা মহাক্না চোকথবা নায়দনা হন্বা লৈতনা ভঙ্গী পরেং অচৌবসিবু কয়ারক হন্না জগোই শাদুনা, মচিন্না পুংলোন হায়দুনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা হন্ন হন্না নৈনখী। খোঙলোন, খুৎলোন, তালগী ওইফম থোকপা মশক, জগোই শাথেক খুদিংনা পীরিবা ভাব অমসুং অর্থ, ওজাশিংগী মরক্তা লৈরিবা জগোইগী, পুংলোনগী, তাম্থাগী খেন্নবা মান্নবনচিংবা কয়া পুথোক্তুনা হন্ন হন্না নৈনখী। করিগুম্বা মতাংদা জগোইগী শাথেক, ঈশৈগী শৈহেক, পুংলোনগী হঞ্জিফম থোকপা মশিং অসিনর্চিংবা কয়াদা চমম্নবা ভাব তাবা ঙমদবা হেক য়াওরকপদা মাগা নক্লজবা ওজা গুরুজনশিংগী মনাক্তা চেন্দুনা হংলুরগা, তম্লুরগা, খঙননবা হোৎনরুরগা, লৈখায় তাথোক্লবসু হোৎনখি। মাগী মমল নায়দ্রবা কন্ত্রিব্যুসন কয়াদুদগী তপ্ন তপ্না মপুং ফাগৎলক্তুনা ঙসি মীয়ামগী খুত্তা লাম্থোকপা ঙম্লরিবনি। মাগী অনিংবা, অপাম্বা, খঙনীংবা, নৈননিংবা অমসুং লেপ্তুনা হোৎনবগী থৌনাদু য়াওরমদ্রবদি মীয়াম্না নৈনবীনবা মীৎযেং খরা পুথোক্তুনা থম্লরীর্বাসি ঙম্লমদবসু য়ায়।

নত সংকীর্ত্তন তাল ব্যবস্থাগী খুদুং ইন্দুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ভাব, ইতিবৃত্ত, জগোই, তাল অমসুং পুংল্লোন্নচিংবা খরা পুথোক্তুনা নৈনরিবা অসিনা মায়গৈশিদা থব্বায় য়াওজবশিংগী পুক্নীংদা অনৌবা আশা অমসুং মীৎয়েং খরদি শোয়দনা পীরগনি। তশেংনমক মগুণ লৈবা কলাগী খুৎশেম অমগীদি নৈনবগী মপান নাইবা হৌনদর্বনি। মরমদুনা থমর্জরিবা মীৎয়েং খরসিনা অরোয়বনি হায়না লৌবা ঙমজদে। তুংগী মীরোলগী হেন্না থৌবা মীৎয়েংনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মরমদা, থোয়না হেন্না ফজবা মীয়াম্না তরায়না উবা ঙম্নদবা ৱাফম কয়াসু নৈনদুনা লেপ্তুনা পুথোক্লরকখীবা য়ারি। পুথোরকপসু ওইসনু।

---

অনিশুবা মতাং

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ভাব অমসুং ইতিবৃত্ত

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রদা কচ্চরিবা বাস লিলা খুদিংমক্তা ভঙ্গী পরেং অচৌবা হায়বসি তঙাযফদনা চংদবা য়াদ্রবা জগোইগী মতাং অমা ওইদুনা লাক্কী। কবিগীদমক্তা ভঙ্গী পরেং অচৌবা অসিবু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মবুংঙোগী সেবাগীদমক্তা কচ্চবম্বা রাস লিলা খুদিংমক্তা য়াওদবা য়াদবা মতাং অমা ওইহল্লকখীবনো হায়বনচিংবগী মরম থোয়না থিনকুবা, হংনকুবা, নত্রগা খপ্তকবা তৌনদনা রাস লিলাবু শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা অহাম্বা কচ্চখীবা নুমিত্তুদগী লেপ্তুনা অসুম্না অসুম চৎনরক্লবনি হায়দুনা লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ, ওজা গুরুশিং অমসুং রাসধাবিনচিংবা কয়ানা যাম্না ব্যবহাব উচ্চদুনা মহৌশাদগী চৎনরক্লবা মচৎ অমা ওইনা ঙসি ফাওবা ঙাক্লুনা লেপ্তুনা অদুম চখনরি।

থক্কী মীবোল কযাদগী হাযনরকপনি হাযবা য়াম্না মরুওইবা ব্রাফম অমনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাকথক্তা ইহান হান্না জগোই ওইনা শেমদুনা কচ্চখীবা মহাবাস লিলা অদু সুপ্লতগী ভঙ্গী পরেং অচৌবা অসিখক্তনি হাযর্বসিনি। তুংদা মথং-মথং তপ্ন-তপ্না খর-খর হাপকংলক্লুনা ঙসি লৈবিবা রাস লিলাশিং অসি শেমগৎ শাগৎলকখীবনি; মসিনা মরম ওইদুনা রাস লিলা খুদিংদা ভঙ্গী পবেং অচৌবা অসি য়াওদবা য়াদবা মচাক অমা ওইহল্লকখীবনি হায়বসিনি। মীরোল কয়াদগী মথং মথং হায়নরকপনি হায়রিবা ব্রাফম অসি ব্বারি ওইনা চিন্থাংদা তানবমক্তনি; তশেংনা অইবা লাইবিক লাইশুনচিংবনা যুম্ফম ওইদুনা প্রমান, যুক্তি

পীবা য়াবা ব্রাফমদি ওইরক্তে। অসুম্না চিন্থাংদা মীরোল মীরোল পুথরক্লীবা ব্রাফম অসি নাতৈ হুক্তবা য়ুন্ফম য়াওদবা, অরাম্বা ব্রাফম্মী হায়না হায়বদি কনাসু ঙম্মদ্রি। লোয়ন লোয়ননা ব্রাফমসি অচুম্বনি হায়না চপচানা প্রমান য়ুক্তিনচিংবা পুথোক্তুনা উৎননবসু কনা অমত্তনা হোৎনরুবা থেংনদ্রি।

অচম্বা মীৎয়েংনা তাপ হেক লাম্বদি ঙম্মদবা, কলাগী থোইদোকপা অরুবা খুৎশেমশিংবু মপুং ফানা ফজনা খঙবা ঙম্মনবা হোৎনবদা খুৎশেম অদুবু কুপথনা থুগায়দুনা য়েংননবা উপায় কয়া ঙসিদি পুথোক্লরক্লে। অদুগুম্বা উপায়শিংদগী ইচম চম্বা অমগী মতেংনা, মপুং ফানা ফজবা জগোইগী খুৎশেম অসিবু মতাং মতাং খায়না পীক্ল পীক্লা তাংকক নায়না থুগায়দুনা কুপথনা য়েংলুবদা তশেংনমক ভঙ্গী পবেং অচৌবা অসি মশা মতোমতনা মপুং মরৈ ফাজবা রাসলিলা অমা ওইরম্মী হাযবসি ময়েক তশেং তশেংনা উরকই। ঙসি ঙসিমক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রদা কচ্চরিবা, মহারাসনচিংবা রাসলিলাশিং অসিদা মপাম্থোংদা ফিজেৎ লৈতেংনা য়োমশিন্বগুম কুম্মৈগী মশক ওইবা জগোইগী মতাং কযানা য়োর্মশিল্লগা অশেংবা শ্রীমদ্ভাগবতমক্লা তাক্লীবা রাস লিলাগী মশক্তুদি ভঙ্গী পরেং অচৌবসিখক্তদা হাপ্তুনা থম্লম্লী।

ভঙ্গী পবেং অচৌবগী জগোই শাথেকশিং অসিনা উৎলিবা ভাব অমসুং মাগী ইতিবৃত্তসি ফজনা মচা তানা খঙবা ঙম্মনবা হোৎনবদা অহান্বগী ওইনা জগোই মপুম অসি শরুক অহুম থোক্লা চাওখায খাযদুনা য়েংবা তায়। মদুগী অহান্বা শকত্তা শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী চরন খাদা চংজবা, শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবা, অমদি শ্রীরাধারানীবু খুরুমজদুনা পুষ্পাঞ্জলি কৎচবা, অনিদা আত্মা সমর্পন তৌজবনচিংববু মথং মথং জগোইগী শাথেক শাহুম্না ফোংদোকপবু ময়েক তশেং তশেংনা উবা ঙমগনি। অদুগা মথং অনিশুবা

শরুক্তনা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়দা তাক্লীবা মহারাস লিলাগী মপুং ফাবা মশকপু জগোইগী শাথেক শাহুম্না ফোংদোকপা থেংনগনি। ব্রজগোপীশিংনা ভগবানবু পূজা তৌজদুনা ভগবানগা লোয়ননা নুঙায়না রাস লিলা শান্নমিন্নরম্বদগী ব্রজগোপীশিংগী অহংকারবু কোকপীনবা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধ্যান ওইদুনা মাংখীবা, মদুদা ব্রজগোপীশিংনা ৱাজখীবা, মফম খুদিং কোয়না চত্তুনা মবুংঙোবু থিজখিবা, থিবা ফংলক্তবদগী মখোয়না ওমখৈ লৈতনা ৱাখিবা, অমদি মমৈদা ভগবান্না হন্না অমুক লেংথোকপীরক্তুনা ব্রজগোপীশিংগা পুন্না হরাও তয়াম্না জগোই শামিন্নদুনা নুঙাইমিন্নখীবনচিংবা মহারাসকী মতৌবু জগোইগী শাথেক শহুম্না মপুং ফানা ফজনা মথং মথং ফোংদোকপা উগনি। অদুগা অরোইবা অহুমসুবা শরুক্তনা ভগবানগী চরণবু শ্রীরাধাজীগী মতেংতনা ফংজগদবনি; ইবেম্মা মাগী থৌজাল ফংদনা, ইবেম্মা মঙোন্দা হান্না চংজবা নত্তনা লেংলি পাল্লিবা মালেম তাইবঙপাল পুম্নমক্কী মবুংঙো ওইরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু ফংজবা ওইথোক্তবনি; মালেম পৃথ্বি শিন থুংনা কোয়না চৎতুনসু তাইবঙ মপু মাবু ফংজগদবা লৈতে। অদুগুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী রাস লিলাবু খুরুমজদুনা অনিগী চরন্দা মতম পুম্বগী ওইনা চংজরি হায়বগী ভাবপু জগোইগী শাথেক শাহুম্না মপুং ফানা ফোংদোক্লম্বা উগনি।

কলাগী অঙকপা নত্রগা অরুবা খুৎশেম অমবু মপুম অমসুং মপুম ফাবা মচেৎ কয়া থোক্লা কুপথনা কায়থদুন য়েংলগা, মপুমশিং অমসুং মপুম ফাবা মচেৎশিং অদুনা অঙকপা নত্রগা অরুবা কলাগী খুৎশেম অদুগী করি শরুক লৌরি হায়বসি নৈনবতনা অরুবা, অঙকপা খুৎশেম অদুগী ফজবা মগুনবু ময়েক তশেং তশেংনা মচা খায়না উহল্লি। অসিগুম্বা উপায় অসিগী মতেংনা ফজবা জগোইগী খুৎশেম অমবু কুপথনা য়েংদুনা নৈননবা হোৎনবদা জগোইগী খুৎশেম অদুগী য়ুম্ফম

ওইরিবা তাল অমসুং পুংলোন হায়বা তোঙান্ তোঙাম্বা কলা মখল অনি অসিবুসু মাংজৌনননা হান্না নৈনহৌবগী তঙায়ফদবা লৈহল্লি।

পুং, ঈশৈ অমসুং জগোই হায়বা কলা মখল অহুম অসিগী অপুম্বা য়ুম্ফমদি তালনি। অহুম অসিমক্লা শাগৎলীবা মশক পুম্নমক মরূদদি তাল হায়বসিদগীনি। মবমসিনা পুং, ঈশৈ অমসুং জগোইগী খুৎশেমশিংবু নৈনবদা মাংজৌনননা হান্না মখোয়গী য়ুম্ফম্ ওইবিবা তাল অদুগী মশক ময়েক শেংনা খঙননবা হোৎনহৌদবা ইযা য়াদে। অদুগা মরু ওইনা জগোই হায়বা কলা অসিগীদমক্তদি তালগা লোইননা পুংলোনশিং অদুসু মাংজৌনননা হান্না নৈনহৌবা য়াম্না তঙায ফদে।

তালনা মপুম ফাবা মফমদা জগোই শাথের্কশিংনা মপুম ফাগনি। তালনা মপুম ফাবা মফমদা পুংলোনশিংসু মপুম ফাগনি। লোযন লোয়ননা পুংলোন্না মপুম ফাবা মফমদা তালগী পাদ অমা, নত্রগা অঙ্গ অমা শোযদনা মপুম ফাগনি। অসুম্না পুংলোন্না মপুম ফাবদা জগোইগী শাথেক্লা মপুম ফাগনি। অদুনা তালগী পাদ খুদিং মপুং ফাবা জগোইগী শাথেক অমমম লৈগনি। মতৌ অসুম্না তাল অমসুং পুংলোন্নচিংবগী মায়গৈদগী যেংলকপদা ভঙ্গী পবেং অচৌবাসি মপুম ফাবা মতাং তাংকক তরামবি থোক্লা কাযথদুনা থম্বা তাবকই। পুংলোন অমসুং তালবু নৈনবগী শরুক লাইবিকসিগী মখাগী পন্দুপশিংদা তোঙান্না থল্লী।

মপুম ফাবা মতাং তাংকক তবামবি থোক্লা কায়থবা য়াহল্লিবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী খুৎশেম অসিদা মখা তানা অমুক মপুং ফাবা জগোই শাথেক কুন্নিথোইখক্লা অর্থ থোকপা ৰাহৈ কুন্নিথোইগী মতৌগুম মতাং মতাংদা ৰাহৈ অনি অহুম, অনি অহুম শিজিন্নদুনা ঙাংথোরকপা ৰাহৈপরেংগুম, জগোই শাথেক অনি অহুম অনি অহুম শিজিন্নদুনা মতাং খুদিংবু অর্থ থোক্লা থোক্লা মপুম ফানা ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মল্লি।

মপুম ফাবা জগোই শাথেক কুন্নিথোই অসিগী মশক, মমিং মথানচিংবা লাইরিক অসিগী মখাগী পন্দুপতা তোঙান্না থন্নী।

মতৌ অসুম্না তাল অমসুং পুংলোন নৈনবগী মখা পোন্না ভঙ্গী পবেং অচৌবসিবু মপুমফাবা মতাং তরামবি থোক্লা কাযথরিবা অসিনা মাংজৌননা শকক অহুম থোক্লা চাওখায় খাযদুনা নৈনখ্রবা অদুদা যেন্থোকপদা মপুম ফাবা মতাং মঙানা শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী চবন্দা খুকমজবগী অহান্বা শকক অদুদা থুংলি। অদুগা মথংগী মতাং মঙা অমনা, মহাবাসকী চপচাবা মশকপু উৎপা অনিসুবা শকক অদুদা থুংলি। অদুগা শ্রীবাধাবানাগী চবন্দা চংজবগী অহুমসুবা শকক অদুদনা লেমহৌবিবা মপুম ফাবা মতাং মাবদু চাল্লি। বাক্সম অসিবু সুপাচন্না হায়বদা ভঙ্গী পবেং অচৌববু তালগা মংযেংদা মতাং তরামবি থোক্লা কাযথবা যাগান। মথোযবু মথং মং... মদুনা মতাং মঙানা অহান্বা শকক ওই; মথং মতাং মঙা অমনা অনিশুবা শকক ওই; অদুগা অহেন্না মতাং মবিনা অবোইবা অহুমসুবা শককপু শেম্মি চায়না থম্মা যাগান।

অহান্বা শকক্কী মতাং মঙা অদুগা অহান্বা মতাংদা শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগল রূপ জগোই শাথেক্লা হন্না হন্না যেংকী ওইগী খায়না উৎচবগা, উপলৈ লৈদুনা খুকমজবা উগানি। অনিসুবা মতাংদনা শ্রীবাধাজীগী রূপ কয়াবক হন্না যেংকী ওইগী খায়না জগোইগী শাথেক্লা উৎচবগা উপলৈনা খুকমজবা থেংনগানি। মথং অহুমসুবা মতাংদা শ্রীকৃষ্ণজীগী বংশি মুদ্রাগা কোন্নবা রূপ হন্না হন্না যেংকী ওইগী খায়না জগোই শাথেক্লা উৎলবা তুংদা ইবুঙোদা চংজদুনা উপলৈনা খুকমজবা উগানি। মবিসুবা মতাং লাকপদা তাইবঙপাল পুন্নমক্কী মবুঙো মবেম্মা অনিগী মফমদা হন্না হন্না চংজবগী মতৌবু জগোই শাথেক্লা উৎলগা, তাইবঙপুম্বগী মবুংঙো মবেম্মা অনিগী চবন্দা খুকমজববু যেং অমসুং ওইগী পুংলোন্দা লোংলৈ অনিবক

লৈরগা উপলৈনা লোইশিন্দুনা ময়েক শেংনা উৎপা থেংনগনি। মতৌ অসুম্না মঙাসুবা মতাংদসু তাইবঙ মপুগী মফমদা চংজবা, লৈ-শু কৎচবা, অমসুং শ্রীচরন্দা চংজদুনা খুরুমজবগী মতৌদু জগোই শাথেকশিংনা মথং মথং ফোংদোকপা ময়েক শেংনা উগনি। অসুম্না ভঙ্গী পরেং অচৌবগী অহান্বা শরুকপু মশানা মপুম মপুম ফাজবা মতাং মঙানা, শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী চরন্দা শরনাগত ওইনা চংজবগী ভাবপু ময়েক শেংনা তরং তরংনা উৎলম্মী।

ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ইতিবৃত্তগী অনিসুবা শরুকপু শাবিবা মবোম মরোমদোম্না মপুম ফাজবা মতাং মঙা অমনা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়না থারিবা মহাবাসকী ফজবা মশকপু মপুম তিংনা মথং মথং জগোইগী শাথেক শাহুম্না ফোংদোকপা ভাব ওইনা উৎথোক্লম্বা থেংনগনি। অহান্বা মতাংমক্তদা ব্রজগোপীশিংনা ভগবান্দা শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চদুনা খুকমজবগী ভাবপু যাম্না ময়েক শেংনা উগনি। মথং অনিসুবা মতাংদনা ভগবানগী চরন্দা হৈ রা, অচা-অথক কচ্চবা, অমদি কচ্চবিবা পোৎলমশিংদা তুলশি পত্রনচিংবা হাপ্তুনা শেংদোকচবগী ভাবপু জগোই শাথেক্না তরং তরং ফোংদোকপা থেংনগনি। মথং অহুমসুবা মতাংদনা ব্রজগোপীশিংনা ভগবানবু খুরুমজরগা রাস হৌগত্তুনা, জগোই শাবা, কর্ত্তাল য়ৈদুনা তাল থাবা, ঈশৈ শকপনচিংবা তৌরম্বদগী খঙহৌদনা ভগবান্না মখোয়বু থাদোক্লমদুনা অন্তর্ধ্যান ওইখিবা; মদুদগী মথায় রাজরবী ব্রজ গোপীশিংনা ভগবানবু ফংননবা কোইথ থিজবা; শ্রীমতি রাধিকানচিংবী ইবেম্মশিংনা থরায় রানা ভগবানবু থিজবদা ফংবা ঙমদদুনা রাবগী ঙমখৈ নায়খিদবা; অমদি মফম খুদিং কোয়না চত্তুনা থিবা ঙম্বা থিজবদা ভগবানবু শুকফং ফংবা ঙমদবনাচিংবগী ভাবশিংবু মথং মথং জগোইগী ফজবা শাথেকশিংনা ফোংদোক্লম্ববু তরং তরং

উগনি। মথংগী মবিসুবা মতাংদনা, শ্রীমতি বাধিকাগা লোযননা ব্রজগোপী পুম্নমক্না পুক্লীং অনি লোংদনা, পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা নিংজদুনা ভগবানবু থিজববা ফাওবদা ভগবান লেংথোকপীবক্তবগী অৱাবা, অসুম্না অৱাবগী ঙমখৈ নৈবক্তবদগী শ্রীমতি বাধিকাগা লোযননা ব্রজগোপী পুম্নমক্না মবুংঙোগী মফমদা থৱায কচ্চদুনা প্রাণ থোদোকপগী পঙখৈ যৌনা নিংলবদা ভগবান্না হন্না অমুক লেংথোকপীবক্তুনা ব্রজগোপীশিংদা উহন্বীবগী ভাবপু জগোইগী শাথেক্না মথং মথং মযেক শেংনা ফোংদোকপা উগনি। মতৌ অসুম্না অনিশুবা শকক্কী মঙাসুবা মতাংদদি ব্রজগোপী খিবীক্না ভগবানগা বাস শান্নমিন্নবদা, গোপী অমমম খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণ অমমম উহন্বীদুনা মতম অমত্তদা ব্রজগোপী খুদিংনা ভগানবু খুকমজবা ফংজবা, একো গোপী একো শ্যাম হাযদুনা প্রসিদ্ধ ওইনা খঙনখববা মতৌবু জগোইগী শাথেক্না উৎলকপা অমসুং তাইবংপাল পুম্বগী মবুঙো মঙোন্দা খুকমজবগী ভাবপু তবং তবং মযেক শেংনা ফোংদোকপা থেংনগনি।

মতৌ অসুম্না ভঙ্গী পবেং অচৌবগী অহুমশুবা শককপু শাবিবা মতাং মবিগী অহান্বা মতাংনা শ্রীমতি বাধাবানীদি তাইবঙপান্বা পুম্বগী মবেম্মনি; তাইবঙপুম্ববু থৌজালগা মীৎযেংনা যেংবীবিবী ইবেম্মা মঙোন্দা হন্না হন্না চংজৈ; শ্রীবাধাবানিদা হন্না হন্না চংজবা, আত্মা সম্পৰ্ণ তৌজবতনা তাইবঙগী অৱাবা পুম্বা কোকপীগনি; হাযবা ভাবপু জগোই শাথেক্না মথং মথং ফোংদোকপা মযেক শেংনা উগনি। মথং অনিসুবা মতাংদনা তাইবঙপান্বা পুম্বগী মবেম্মা শ্রীবাধাজীগী চবন্দা চংজবতনা তাইবঙপুম্বগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী চবণ খা যৌবা ফংজগদবনি; অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজগোপীশিংগী বাস লিলাবু খুকম্না ফংজগদবনি; অসি নত্তনা অতৈ উপায অমা মালেমে শিন্থুংনা হন্না হন্না কোযববসু ফংগদবা নৈতে হাযবগী

ভাবপু জগোইগী শাথেক্লা তরং তরংনা উৎপা থেংনগনি। মথং অহুমশুবা মতাংদনা অদুগুম্বা ভগবান্না ব্রজগোপীশিংগা লোয়ননা মতমপুম্বদা লেপ্তুনা শান্নবিবা রাস লিলাদা সদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবগী ভাবপু জগোই শাথেক্লা মযেক শেংনা তরং তরং ফোংদোকপা উগনি। অরোইবা মবিশুবা মতাংদনা মতৌ অসুম্না খুকমজদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী চরণ খাদা শরণাগত ওইনা চংজবগী ভাবপু জগোই শাথেক্লা ফজনা উৎপা থেংনগনি।

ভঙ্গী পরেং অচৌবগী শকক্লা লোইবকপদা চালি তাগনি। মদুগী মমাং থানা ঘাৎ অমা তাথংবকই। ঘাৎ তাবগী পুংলোন্দা মালেম শিন্দুংনা [illegible]কোযনা চত্তুনা থককনা ভগবানবু ফংগদবা [illegible], ম[illegible]ন্দা মতম পুম্বদা [illegible]দনা হায়বা ভাবপু জগোই শাথেক্লা ফোংদোকপা উগনি।

মতৌ অসুম্না অবোইবদা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী তৌবদগী লোইবা [illegible]ওবদা মথং মথং মশা মখোমদোম্না মপুম ফজবা মচেৎ ওনামাল থোক্লা কাযথদুনা যেংবদা ফংলক্লাবা জগোই শাথেক্লাচংবাশিংনা ফোংদোক্লাবা ভাব অমসুং ইতিবৃত্ত অসিবু মযেক শেংনা মীৎযেং অমুত্তদা সুপ্না যেংবা ঙম্মনবা মথাগী অসুন্না অমুক হন্না থম্লি।

ভঙ্গী পরেং অচৌবা

**অহান্বা শরুক ঃ—** **শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী চরন্দা চংজবা**

অহান্বা মতাং — শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগল রূপ্তা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চদুনা খুরুমজবা।

অনিশুবা মতাং — শ্রীরাধারানীগী চরন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চদুনা খুরুমজবা।





ভঙ্গী পবেং অচৌবগী ভাব অমসুং ইতিবৃত্ত

অহুমশুবা মতাং — শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চদুনা খুকমজবা।

মরিশুবা মতাং — শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চবিবা তাইবঙপান্বা পুম্বগী মবুংঙো মবেম্মা অনিগী চবন্দা আত্মা সমর্পন তৌজদুনা খুকমজবা।

মঙাশুবা মতাং — শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবিবা তাইবঙপুম্বগী মবুংঙো মঙোন্দা পুষ্পাঞ্জলি কচ্চদুনা শ্রদ্ধাগা লোইননা খুকমজবা।

**অনিশুবা শরুক ঃ— মহারাস**

তককশুবা মতাং — ব্রজগোপীশিংনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চদুনা ভগবানবু খুকমজবা।

তবেৎশুবা মতাং ভগবানগী চবন্দা হৈ-লৈ তুলশি প্রত্রনচিংবা কচ্চবা।

নিপালশুবা মতাং খুকমজবগা মবুংঙোগা পুন্না জগোই শাদুনা, তাল থাদুনা শান্নবম্বদগী ভগবান অন্তর্ধ্যান ওইখিবদগী ব্রজগোপীশিংনা কোযথি থিজবা; শ্রীমতি বাধিকাগা লোযননা মখোযনা ব্বাখিবা, মফম খুদিং চত্তুনা থিজবদা ফংবা ঙমখীদবা।

মাপলশুবা মতাং — শ্রীমতি বাধিকাগা লোযননা ব্রজগোপী পুন্নমক্লা ব্বাখল লিচিং অমত্তা ওইনা পুল্লপ তিন্নদুনা থিমিন্নবা, ব্বামিন্নবা, অমসুং কৌজবদসু ভগবান থিবা ফংদবা। অসুম্না থিবা ফংলক্তবদা শ্রীমতি বাধিকাগা লোযননা ব্রজগোপীশিংনা ব্বাবগী ঙমখৈ লৈত্রবদা, মবুংঙোদা থব্বায কচ্চদুনা প্রাণ থাবগী পঙখৈ যৌববদা, শ্রীকৃষ্ণ লেংথোক-পীবক্তুনা ব্রজগোপীশিংগা জগোই শাবা।

তরাশুবা মতাং – অসুম্না একো গোপী একো শ্যাম ওইনা গোপী অমমম খুদিং কৃষ্ণ অমমমগা লোয়ননা জগোই শাবা ফংজরবদা ব্রজগোপীশিংনা জগৎকী মবুংঙোদা চংজদুনা খুরুমজবা।

**অহুমশুবা শরুক ঃ– শ্রীরাধারানীগী চরন্দা চংজবা**

তরামাথোইশুবা মতাং – শ্রীমতি রাধিকাদী তাইবঙ পুম্বগী মবেম্মনি। তাইবঙ পুম্বগী মবেম্মা মঙোন্দা হন্না হন্না চংজৈ। ইবেম্মা মঙোন্দা হন্না হন্না চংজবতনা, আত্মা সম্পর্ন তৌজবতনা অব্বাবা পুম্বা কোকপীগনি।

তরানিথোইশুবা মতাং – তাইবঙপুম্বগী মবেম্মা শ্রীবাধাবানীগী চরণদা চংজবতনা তাইবঙ পুম্বগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মনাক নকপা ফংজগনি। তাইবঙ পুম্বগী মবুংঙো মাগা লোয়ননা ব্রজগোপীশিংনা বাস শান্নববু খুরুমজবা ফংজগনি। অসুম্না শ্রীরাধাজীদা চংজবা নত্তনা অতৈ উপায় অমা লৈতে। মফম খুদিং কোযনা চৎলুদুনসু ভগবানবু ফংগদবা লৈতে।

তরাহুমদোইশুবা মতাং – ভগবান্না ব্রজগোপীশিংগা মতম পুম্বদা শান্নদুনা লৈবিবা রাসদা সদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবা।

তরামরিশুবা মতাং – অসুম্না খুরুমজদুনা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী চবণদা হন্না হন্না চংজৈ।

চালি ঘাৎ – অসুম্না চংজবা নত্তনা মালেম শিম্বুংনা হন্ন হন্না কোয়না চত্তুনা থিরুবদসু ভগবান্দু ফংগদবা লৈতে।

অহমশুবা মতাং

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই শাথেকশিং

জগোই হায়বসিনা কৈদৌঙৈ শক্লীবা ঈশৈগী অর্থবু ফোংদোক্লনবা হোৎনদে। জগোইনা কৈদৌঙৈ ৱারেং, শৈরেংগী ৱাহৈ, ৱাতাশিংগী মহুৎ শিন্ননবসু হোৎনদে। ৱারেং, শৈরেংবু জগোইনা চপচানা মহুৎ শিন্না ফোঙদোকপসু কৈদৌঙৈ ঙম্বা হৌনদে। মাদি ৱারেং, শৈরেং পারুরগা, নত্রগা তারুরগা মপুক্লীংদা ফাওরকপা অপেন্বগী ইথিল অদুবু মশাগী শাথেক শাহুমদা, মা মাগী স্বভাবীক ওইবা মওংদা খরমখৈ ফোংদোবকপা অদুমখৈতনি। মা মাগী পুক্লীংদা ফাওরিবা, উরিবা, নত্রগা তাবিবা ফজবা মমীশিং, মুর্ত্তিশিং অদুবু মা মাগী শাথেক শহুম্না উৎথোবকপদনি। লেংলি পাল্লিবা জগৎ সংসার অসিদা লৈবিবা জীব পুম্নমক্না মা মাগী মপুক্লীং পেল্লবদা, নুঙায়ববদা, হবাওববদা, শাথেক শাহুম কয়াদা জগোই শাদুনা মা মাগী স্বভাবপু ফোংদোক্লবা ঙাক্তনি। অদুনা ফজ ফজবা জগোই শাথেকশিংগী মরুমদা, ইঙ্গিৎ ওইনা, মী মীদুগী স্বভাবীক ওইবা পুক্লীংগী ইথিল অদু মমী তারিবনি। মরমসিদগী জগোইবু অভিনয় য়াওদবা, স্বভাবিক ওইবা মঙ্গলগী মশক ওইবা কার্য্য অমনি হাযনা নাট্য বেদনা তাক্লম্বনি।

> ন গীতকার্থসম্বন্ধং ন বাচ্যার্থ ভাবকম্।
> কস্মান্নৃতং কৃতং হ্যেতৎ গীতেষ্বাসারিতেষু চ॥ ৪। ২৫৯
> অত্রোচ্যতে ন খল্বর্থং নৃতং কশ্চিদপেক্ষতে।
> কিন্তু শোভং জনয়তীত্যতো নৃত্তমিদং স্মৃতম্॥ ৪। ২৬০
> প্রায়েন সর্ব লোকস্য নৃত্যমিষ্টং স্বভাবত ঃ।
> মঙ্গলমিতি কৃত্বা চ নৃতমেতৎ প্রকীর্তিতম্॥ ৪। ২৬১

মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়দা থারিবা মহারাসপু স্মরন তৌজরুবদা রাজর্ষীগী পুক্লিংদা পোক্লকখীবা অপেন্বগী ইথিল, অমসুং পুক্লীংদা তারখীবা কাওঙমদবা মুর্ত্তিশিং অদুবু ফোংদোক্লন্বা ফজবা জগোইগী মশক অমনি ভঙ্গী পরেং অচৌবা হায়বা অসি। জগোইগী শাথেক খুদিংদা ভক্তিগী ফজবা স্বভাবশিংগী মশক ময়েক শেংনা মমী তারি।

পুং, ঈশৈ, জগোই অহুমক্লা তৌরিবসি মাগী মাগী পনখৈ মনুংদা রূপ মখল মখা পুথোক্তুনা তাল অমবু মশক থোক্লা ফোংদোক্লনবা হোৎনবনি। মদুদা অতাবা, অয়েংবা ভাবোক্লা পেন্বনি, নুঙায়বনি। পুংনা পুংলোন মখল মখাদা, ঈশৈনা স্বব অমসুং কাব্য মখল মখাদা তালবু মপুং ফানা লাম্থোকই। মতৌ অদুম্না জগোইনসু হকচাংগী শাথেক শাহুম মখল মথেল শিজিন্নদুনা খোংলোন খুৎলোন কযাদা তালবু মশক থোক্লা লাম্থোকপদনি। মবমসিদগী তালগী যেৎতা য়েৎকী জগোই, তালগী ওইদা ওইগী জগোই, লোইননা য়েৎকী তান্‌কোক্তা খোঙ য়েৎ থাবা, ওইগী তানকোক্তা খোঙ ওই থাবা হাযবনচিংবা অসি তঙায়ফদবা জগোইগী অহানবা য়ুমফম ওইরকপনি। ভঙ্গী অচৌবগী জগোই হৌবদগী লোইবা ফাওবদা হায়রিবা জগোইগী অহান্বা য়ুম্ফম অসি কাযদনা ফজনা শিজিন্নরি।

পুংলোন অমসুং ঈশৈগী স্বরশিংবু চিন্না হায়দুনা তাকপী তম্বীবা নত্রগা লাইরিক ময়েক্তা ইথোক্তুনা থম্বা য়াবগুম জগোইগী শাথেক শাহুমশিংবুসু লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা থম্বা য়াফম থোকই। অদুম ওইনমক জগোই শাবদা হকচাংগী খেন্ন খেন্নবা কয়াৎ কয়ানা মতম অমত্তদা পুন্না লেং ওৎপা মরম্না জগোই শাথেক শাহুমশিংবু চপ চানা চিন্না হায়দুনা তাকপী তম্বীবা অমসুং লাইরিক ওইনা ইশিন্দুনা থম্বা হায়বসি অৱাবা থবক অমা ওইদুনা লৈরি।

চপ হেক চাবমক নত্রবসু খবগী মখৈ চৎনবা যাগদবা মওংদা জগোইগী শাথেক শাহুমশিংবু চিন্না হায়দুনা তাকপী তম্বীনবা উপায়শিং ভবত নাট্য শাস্ত্রনা ইশিন্দুনা থম্বীবম্মী। ঈশৈগী স্বরশিং অমসুং পুংগী পুংলোনশিং হান্না মশক তাক্লগা মথংদা স্ববগী নত্রগা পুংলোনগী যাচন মখল মথেল শেমদুনা শিজিন্নবগুম জগোইগীসু খোঙথিল মখল মঙা (পদক), খোংথাং মখল কুম্থানিথোই (চাবি), ফৈ নম্বগী চাং তকক (স্থানক), খুৎকী খুৎফম কুম্থানিথোই (হস্তক), খুৎচা লেং ওৎপগী মশক মবি (হস্তকবন), নিং, খ্বাং, খোং, খুৎ, ঙক লেং ওৎপগী (বেচক) মশক মওং কযা অমা হান্না মমিং থোন্দুনা তাক্লগা মখোয খবনা পুনশিন্দুনা শেম্না যাচন (কবন) চামগা নিপাল অমদি অদুগুম্বা যাচনশিং পুনশিন্দুনা শেম্বা জগোইগী শাথেক (অঙ্গহাবা) কুম্থানিথোইগী মশক মমিং তাক্লম্মী। হাযবিবা অঙ্গহাবাশং, কবনশিং, চাবিশিং অমসুং হস্তক পদক্লচিংবাশং অসিনা মতেং ওইনবগা জগোই মখল মথা কযাবু শেম্মনবা অমদি চিন্না হাযদুনা তাকপী তম্বীনবা, অমসুং লাইবিক ওইনা ইশিন্দুনা থম্মনবা উপায ওইনবম্মী।

ঙাসদি ভাবত পুম্নমক্তা নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লীবা উপাইশিং অসি ইখঙ খঙনদবগুম, ইচৎ চৎনদগুম নত্রগা থৌওইনদবগুম তৌনবে। মমিং মথা খব পন্নবা নত্তনা মখোযবু চপ চানা শিজিন্নবগী মতৌদি যাম্না তাংনা থোক্লে। লম লমগী ওইবা মবোন্দা মহুৎ শিনজিন্নদুনা মাগী মাগী ওইবা মওংদা খঙনবকপগুম তৌনবে। মসিগী মবমসি নাট্য শাস্ত্রনা মীযামদগী মতম শাংনা মাংদুনা লৈরুবা অমদি নাট্য শাস্ত্রগী অর্থ খুহন্দা অমগা অমগা খেন্নবকপা অসিনচিংবা কযাদগী ওইবকখীবা ওইবসু যায। খুদম ওইনা ভঙ্গী অচৌবগী শাথেক খববু মতাং মতাংগী ওইনা চম্প্রা হেকপী, চম্প্রা ওকপী, চম্প্রা খাযবী, লশিং কাপ্পী, খুজেং লৈবি, লোংলৈ উপলৈনচিংবা লমদমসিগী ওইবা মমিং মথানচীংবা শিজিন্নদুনা খঙনবা চৎনবীবসিনি।

ঙসি ফাওবদা ভঙ্গী অচৌববু লাইবিক ওইনা ইশিন্দুনা থন্নম্নবা হোৎনবীরক্লীবা ওজাশিংনা পুংলোন ইরগা মতাংসিদা চন্দ্রা খায়বী শাগনি, লশিং কাপ্পী শাগনি হায়বনচিংবা জগোই শাথেক্কী মমিংশিং ইদুনা হোৎনবক্লী। ফিবম অসিদা কনাগুম্বনা চন্দ্রা ওকপী, চন্দ্রা খাযবী, লশিং কাপ্পীনচিংবা জগোই শাথেকাশিং অসি কবম কবম্না শাবা জগোইশিংনো হায়না হংলক্কবদি মদুবু চপচানা তাক্লনবা অহৈবা জগোই ওজা অমগী মতেং অমা অমুক তঙাযফদনা লৌবা তাবক্লী। নত্রবদি জগোই শাথেকশিং অদুদা চংলিবা, খোঙগী, খুৎকী, হকচাংগী কুপথবা শাথেকশিং অদু খঙবা খবা ৱানা থোক্কদৌবী। মযেক্কীদি অসিগুম্বা জগোই শাথেকশিং অসিবু শেম্বদা চংলিবা, হস্তক, পদক, বেচক অমসুং খুৎকী থন্ফমনচিংবা পুম্নমক শুগাযনা ইথোক্তুনা হান্না মাংজৌননা মশক তাক্লমগদবনি। মসিমক জগোই ওজাশিংনা জগোই তম্বীবা মতমদদি অমত্তা চিথ্নদনা তাক্লবীবনি। অদুম্না হান্না মাংজৌননা হস্তক, পদক, বেচক্লচিংবশিংবু তাক্তুনা জগোই শাথেক অমমমবু খঙহন হৈহল্লবা তুংদা কোন্না পুংলোন যৈবগা মতাং মতাংদুদা জগোই শাথেক্কী মমিং মমিংদু হাযদুনা মতাং মফম চানা নিংশিংহল্লম্বনি।

ঙসি মীযাম্না পাক্তক্লনা খঙনবিবা ভঙ্গী পবেং অচৌবগী জগোই শাথেক খবগী মমিং মথাশিং অসি তশেংনা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী চৎনবক্লবা মমিং মথাশিংলা নত্রগা তুংগী জগোই ওজাশিংনা জগোই তম্বীবদা নুংঙাযনবা মীযাম্না লায়না খঙননবা খাঙুথক্তা থোনজিনখিববা হায়বনচিংবসি ফাওবা কনানসু চপচানা হাযবা ঙম্নদবগুম তৌবি। তশেংনমক থোল্লন্নীবা মমিং মথাশিংসিগী মওংসি যেংলগদি বৈষ্ণব পাবাযন ওইবা আদি গুরুজনশিং অদুগী ৱাখলমক্তী মান্দবগুম তৌই। অদুম ওইনমক ঙসি প্রসিদ্ধ ওইনা খঙনবিবা জগোই শাথেক খবগী মমিং মথাশিং অসি মশা মবোমদোম মপুম ফজবা জগোই শাথেকশিংগী

মমিংশিংদি ওইরি। মখোয় অসিগুম্বা মশানা মরোমদোম মপুম মপুম ফাজবা জগোই শাথেক কুন্নীথোাই ভঙ্গী পরেং অচৌবসিগী হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা য়াওরি। জগোই শাথেক কুন্নিথোয় অসিদগী খরগীদি, থক্কী ওজাশিংনা মমিং মথা ফজনা পীদুনা শিজিন্নরম্লবসু লেমহৌরিবশিং অর্দুদি মমিং মথা খঙবা ঙমদবা, মমিং মথা লৈজদবা জগোই শাথেকশিং ওইনা ঙসিফাওবা চত্থরক্কী।

ভঙ্গী পরেং অচৌবসিবু চপ চানা মপুং ফানা ময়েক শেংনা খঙননবা নৈনরকপদদি মশানা মপুম ফজবা জগোই শাথেক খুদিংগী মমিং মথা পন্দুনা শিজিন্নবগী তঙায়ফদবা লৈবকই। অদুনা হান্না মাংজৌননা থক্কী মীবোলনা মমিং মথা পীদুনা খঙনরক্লবা জগোই শাথেক খবদুগী মথক্তা মমিং মথা লৈরমদবা অতৈ জগোই শাথেকশিং অদুগীসু অনৌবা মমিং মথা পীবা তাবকই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা নৈনবগী তঙাযফদবা অসি যেংদুনা হান্না মমিং মথা লৈবমদবা মপুম ফাবা জগোই শাথেকশিংগী অনৌবা মমিং মথাশিং থোন্নবগী নিংতম্বদু লৌজরে।

জগোই শাথেক অমবু মশক তাক্লনবা হোৎনবদা তঙাযফদনা চংলিবাসি খোঙগী শরুক, খুৎকী শরুক অমসুং হকচাংগী শরুক হাযবা হিরম অহুম অসিনি। অহুমসিগী মনুংদা খোঙগী শকক অসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। মরমদি খোঙগী শরুক্কা তালবু পুয়; তালগী চপচাবা মশকপু মানা ময়েক শেংনা খঙহল্লি; লোয়ননা অতৈ হকচাং অমসুং খুৎকী শকক্লচিংবনা খোঙগী শকক্কী মতুং ইন্নদুনা চৎলি। তশেংনমক্তী জগোই শাথেক অমা হাযবসিদা শকক অহুমসিমক্লা মতম অমত্তদা পুন্না থবক পাংথোকমিন্নে। অদুবু জগোই শাথেক অমবু মশক তাক্লুনা নৈনবা মতমদদি শরুক অহুম্মকপু অমুক্তদা পুন্না হায়বা য়াদবনা অমমমতা লৌখত্তুনা নাখৈ শেংনা নৈনবা তায। মবমদুনা মফমসিদা খুৎকী শরুক

মখৈ লৌখৎলগা খোঙ অমসুং হকচাংগী শরুক্না মখাগী পন্দুপ অমদা তোপ্না নৈননবা থল্লে।

ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই শাথেকশিং অসি হৌবদগী লোই্বা ফাওবদা সুপ্নতগী চতুরশ্র হস্ত হায়না খঙনবা খুৎফম অসিমখক্তনা, হস্ত করন মখল মরিবু শিজিন্নদুনা, হকচাংগী তোঙান তোঙানবা মফমদা, তোঙান তোঙানবা মওংদা থমদুনা শাবা জগোইগী শাথেক ওাক্তা ওইরম্মী। মরমদুনা জগোই শাথেক কুন্নিথোই্সিগী মশক নৈনদ্রিঙৈ হান্ননা চতুরশ্র হস্ত অমসুং হস্ত করন মরিগী মরমদা মাংঞৌননা খরদং নৈনহৌবগী তঙায়ফদবা লৈ। চতুরশ্র হস্তবু ভরত নাট্য শাস্ত্রগী মাপনশুবা অধ্যায়গী চামগা হুম্ফুতরামরীশুবা শ্লোক্না মখাগী অসুম্না মশক তাকই : –

বক্ষসোঽষ্টাঙ্গুলস্থৌ তু প্রাঙমুখৌ কটকামুখৌ।
সমান কুর্পরাংসৌ তু চতুরশ্রৌ প্রকীর্তিতৌ।।

থবাক মপাদা হকচাংদগী খুদোল নিপাল লাপ্না কটাকামুখ শাবা খুৎ অনিনা মমাং ওন্না, শেগা অনি কাংবা মান্ননা থমদুনা চতুরশ্রগী খুৎফম্বু শেম্মী। মথক্কী শ্লোক্তা সমানকুর্পরাংসৌ হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থবু ভারতকী পণ্ডিত খরনা কুর্পর (খুৎনিং) অমসুং অংস (লেং) অনিসি মান্ননা থম্বা হায়বসিদা খুনিং অনিবু লেংগা মপা মান্নহন্না পুখত্তুনা থম্বরোমদা অর্থ হন্নরকপদগী, মদু লৌদুনা ভারতকী জগোই কয়াদা মতৌ অদুম্না শিজিন্নবা চৎনরি। অদুবু মণিপুরগী আদি গুরুজনশিংনদি খুৎনিং (কুর্পর) অনিনা লেং (অংস) অনিগী মপাদগী লাপ্না মান্নহন্না থম্বা হায়বগী অর্থদা শেগা কাংবা মান্ননা থম্বা খুৎফম হায়না অর্থ হন্দুনা চৎনরকই।

কটকামুখ শাবা খুৎ অনি হায়বসিনা খুবীগা খুদোম্বীগা শোক্নহল্লগা লেমহৌবা অতৈ খুৎশা অহুম্না তুং হন্না থেক্কৎতুনা থম্বা খুৎফম্বু খঙহল্লি। ৱাফমসি শিখর, কপিত্থ অমসুং কটকামুখ হায়বা খুৎফম অহুমসিবু মশক

তাকপা শ্লোকশিংবু মথং মথং নৈনরগা হেন্না ময়েক শেংদোকহল্লক্কনী। ভবত নাট্য শাস্ত্রগী মাপলশুবা অধ্যায়গী য়াংখৈ, য়াংখৈনিথোই অমসুং য়াংখৈমরিশুবা শ্লোকশিংনা খুৎফম অহুমসিবু মথং মথং তাক্লকই। শিখব হস্তবু মখাগী অসুম্না তাকই ঃ—

**অস্যেব তু য়দা মুষ্টেরূর্ধ্বোঙ্গুষ্ঠঃ প্রযুজ্যতে।**
**হস্তঃ স শিখরো নামতদা জ্ঞেয়ঃ প্রয়োক্তৃ ভিঃ।।**

খুৎতুম তাশিল্লবা খুৎতগী খুবীনা চপ যুংখত্তুনা থাবা খুৎফম্বু শিখর হাযনা খঙনৈ। মথং কপিত্থ হস্তবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ—

**অস্যেব শিখরাখ্যস্যাঙ্গুষ্ঠক নিপীড়িতা।**
**য়দা প্রদেশিনী বক্র সা কপিথস্তদাস্মৃতঃ।।**

অদুগুম্বা শিখব হাযনা খঙনবা খুৎফমগী কোক্সিল্লিবা খুদোম্বীবু তিংথোক্লগা মদুদা খুবীনা নপশিন্দুনা থম্বা খুৎফম্বু কপিত্থ হাযনা খঙনৈ। অসুম্না অবোযবদা কটকামুখগী মশকপু মখাগী অসুম্না মশক তাকই ঃ—

**উৎক্ষিপ্ত বক্রা তু য়দানামিকাসকনীয়সী।**
**অস্যেব তু কপিথস্য তদাসৌ কটকামুখঃ।।**

অদুগুম্বা কপিত্থ হাযনা খঙনবা খুৎফমদগী খুৎনিংথৌ খুৎনাওবীনচিংবা খুৎশাশিংনা তুং লোমদা হন্না থেক্কৎতুনা থম্বা খুৎফম্বু কটকামুখ হাযনা খঙনৈ। অদুগুম্বা কটকামুখগী খুৎ অনিনা মমাং ওন্না হকচাংদগী খুদোল নিপাল লাপ্না থবাক মপাদা শেগা অনি কাংবা মান্ননা থম্বা খুৎফম্বুনি চতুরশ্র হস্ত হায়রিবসি।

অদুগা খুৎকী খুৎচাশিংনা লেং ওৎপগী মওং মরিবু হস্ত করণ মরি হায়না খঙনদুনা মখোয়বু মথং শিৎনা আবেষ্টিত, উদ্বেষ্টিত, ব্যাবর্তিত অমসুং পরিবর্তিত করণশিং হাযনা কৌদুনা ভবত নাট্য শাস্ত্রগী মাপলশুবা

অথ্যায়গী চনিগুবা শ্লোক্তগী মথং মথং চনিসুগ্রা অহমগুবা শ্লোক কাওবদা মশক তাকই। মদুদা আবেষ্টিত করণবু মখাগী অসুম্না খণ্ডহল্লি ঃ—

আবেষ্ট্যন্তে যদাঙ্গুল্যস্তর্জন্যাদ্যা যথাক্রমম্।
অভ্যন্তরেণ করণং তদাবেষ্টিতমুচ্যতে॥

খুদোম্বীদগী হৌদুনা খুৎচাশিংনা মথং মথং কোন্সীল্লক্তুনা পায়শিল্লকপবু আবেষ্টিত করণ হায়না খণ্ডনে। মথংগী উদ্বেষ্টিত করণবুনা অসুম্না তাকই ঃ—

উদ্বেষ্ট্যন্তে যদাঙ্গুল্য তর্জন্যাদ্য বহির্মুখাঃ।
ক্রমশঃ করণং বিপ্রাস্তদুদ্বেষ্টিতমুচ্যতে॥

অদুগা খুদোম্বীদগী হৌদুনা খুৎচাশিংনা মথং মথং মপাল্লোমদা তিংথোকখীববুনা অখণ্ড অহৈশিংনা উদ্বেষ্টিত করণ হায়না কৌনরকই। মথং ব্যাবর্তিত করণগী মশক্লা মখাগী অসুম্না তাকই ঃ—

আবর্ত্যন্তে কনিষ্ঠাদ্যাহ্যঙ্গুল্যোঽভ্যন্তরেণ তু।
যত্তু ক্রমেন করণং তদ্ব্যবর্তিতমুচৎতে॥

খুৎনাওবীনা হৌদুনা মথং মথং খুৎচাশিংনা কোনসিল্লক্তুনা পায়শিনলকপবু ব্যবর্তিত করণ হায়না খণ্ডনরকই। অসুম্না অরোয়বদা পরিবর্তিত করণগী মশকপু মখাগী অসুম্না তাকই ঃ—

উদ্বর্ত্যন্তেক নিষ্ঠাদ্যা বাহ্যতঃ ক্রমশো যদা।
অঙ্গুল্যঃ করণ বিপ্রস্তদুক্তং পরিবর্তিতম্॥

অদুগা খুৎনাওবীনা হৌদুনা মথং মথং কোনশিল্লন্না খুৎচাশিংনা মপাল্লোমদা তিংথোকখীববু অখণ্ড অহৈশিংনা পরিবর্তিত হস্ত করণ হায়না খণ্ডনে।

মতৌ অসুম্না ভরত নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লীবা হস্ত করণ মরি অসিগা লোয়ননা চতুরস্র হস্তগী খুৎফম্না হকচাংগী তোঙান তোঙানবা মফমদা, খেন্ন খেন্নবা মওং কয়াদা থমদুনা অমসুং লেং ওৎতুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই্ শাথেক কুন্নিথোন্ন অসিবু শেন্নম্মী। অসিগুম্বা জগোই শাথেক কুন্নিথোয় অসিনা অনি অহুম, অনি অহুম, মতাং মতাংগী পুনশিন্দুনা মপুং ফানা অর্থ থোকপা জগোইগী মতাং তরামরি থোক্লা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোইবু শারম্মী।

ভঙ্গী পরেং অচৌববু শাগৎলম্লীবা মশানা মরোমদোম মপুম ফাজবা জগোই্ শাথেক কুন্নিথোয় অসিবু মহৌশাদগী চৎনরকপা মমিং মথাশিং অমসুং নৌনা থোম্বা মমিং মথাশিংগা কোন্ননা মখাদা মথং মথং থন্নী।

১. শ্রীকৃষ্ণ রূপ

চতুরস্র হস্তগী খুৎ অনিনা হকচাংগী নাক লোমদা খরা ইম্থোক্তুনা বংশি খোঙবগী মতৌগুম থন্নগা শ্রীকৃষ্ণ রূপ্পু শায়। হকচাংগী য়েৎলোম অমসুং ওইরোম থংবা নাকন্দা ইম্থোকপগী মতুং ইন্না শাথেক অসি য়েৎকী ওইগী হায়না অনিথোক্লা খঙনগনি। জগোইগী শাথেক অসিবু মফম অমত্তদা হঞ্জিল হঞ্জিল শারকপা তারবদি নাকলোমদা খরা হেন্না ইম্থোক্লগা, নপ্পরিবা খুবি অমসুং খুদোম্বী অনিবু থাদোক্লহল্লগা, অমুক হন্দুনা হান্না হান্নগী মফমদা হনজিলহন্দুনা শাগনি। মশা মরোমদোম মপুম ফজবা জগোই্ শাথেক অসিবু বংশি মুদ্রাগা কোন্নবা শ্রীকৃষ্ণজীগী ভাব ফোংদোকই্ হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ রূপ হায়না নৌনা মমিং থোল্লে।

২. শ্রীরাধা রূপ

চতুরস্র হস্তগী খুৎ অনিনা মাংদা খ্বাং মপাদা খুৎ লোংনা থাদদুনা, হকচাং নাকল্লোমদা খরা ইম্থোক্লপ থমদুনা শ্রীরাধা রূপ্পু শায়। হকচাং য়েৎলোম অমসুং ওইরোমদা ইম্থোক্লপ থম্বগী মতুং ইন্না জগোই্ শাথেক

অসিগীসু য়েৎকী ওইগী খায়না অনি থোক্লা লৈগনি। মফম অমত্তদা হঞ্জিল হঞ্জিল জগোই শাথেক অসিবু শানিংলকপা মতমদা চতুরশ্র হস্তগী খুবি, খুদোম্বী অনিনা নপশিন্নহল্লস্বদু ওহাক থাদোক্লুহল্লগা খুজেং নৌনা অমুক হন্দুনা হান্না হান্নগী মফমদা হঞ্জিনহন্দুনা শাগনি। মশা মরোমদোম মপুম ফাজবা জগোই খুৎথেক অসিবু শ্রীরাধা রূপ হায়না নৌনা মমিং থোল্লে।

### ৩. শ্রীযুগল রূপ

শ্রীবাধা রূপ অমা শাবগা মবক কান্নহন্দনা মথং শ্রীকৃষ্ণ রূপ অমবু খোঙ কাবণ চন্দুনা শাবা জগোইগী শাথেকপু শ্রীযুগল রূপ হাযনা নৌনা মমিং থোল্লে। জগোই শাথেক অসিসু হকচাংগী যেৎলোমদা অমসুং ওইবোমদা শাবগী মতুং ইন্না যেৎকী, ওইগী খাযনা অনি থোক্লা লৈগনি। যেৎকী খোঙনা কাবণ চন্বা, অমসুং য়েৎকী খুৎনা মাংদা লৈবগী মতুং ইন্না জগোই শাথেক অসিবু যেৎকী হাযনা খঙনগনি। মতৌ অদুম্না ওইগী খোঙনা কাবণ চন্বা অমসুং ওইগী খুৎনা মাংদা লৈরবদা ওইগী শাথেক হায়না খঙনগনি। মথক্কী জগোই শাথেক অনি অসিদসু মাংদা লৈরবা খুৎকী মতুং ইন্না য়েৎকী ওইগী খায়না খঙনগনি।

### ৪. শ্রদ্ধাঞ্জলি (চালি অফেবী)

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ অনিনা মাংলোমদা উপ্না খুজেং লৈথদুনা শ্রীরাধা রূপকুম খ্বাং মপাদা, মাংদা খুৎ লোংনা থন্নগা, নপশিন্নবিবা খুবী খুদোম্বী অনি থাদোক্লুহল্লগা অমুক নপশিন্নহন্দনা হঙ্গৎনা খুজেং লৈখত্তুনা হান্নগী অহৌবগী চতুরশ্র হস্তগী খুৎফমদা লোইহন্বা জগোই শাথেকপু থক্কী মীরোল খরদগী চালি অফেবী হায়না খঙনরকই। মমিং অসি ফৈনা ফৈনা শাবা চালি মাল্লি হায়বগীদমক পীরম্বা ওইনা তৌই। মসিগী মহুত্তা জগোই শাথেক অসিনা ভগবান্দা শ্রদ্ধা থমজবা, মঙোন্দা চংজবগী ভাব ময়েক

শেংনা ফোংদোকপা মরমনা শ্রদ্ধাঞ্জলি হায়বা অনৌবা মীংথোল অসি ওইনা পীরে।

### ৫. শরণাগত

খুৎ নামনা চতুরশ্র হস্তগী মফমদা লেংদনা লৈহল্লগা নামনা শ্রদ্ধাঞ্জলি শাদুন মাংদা খ্বাং মপা ফাওবা থাদরগা, পান্বোম তিংথোক্তুনা মাংলোমদা চাওকোন কোন্না থাঙ্গৎলক্তুনা হান্নগী চতুরশ্র হস্তগী খুৎফমদা থম্লবা জগোইগী শাথেকপু, তাইবঙ মপুগী চরণদা চংজবগী ভাবপু তরং তরং উৎলি হায়দুনা শরণাগত হায়না নৌনা মীংথোল্লি। জগোই শাথেক অসি খুৎ নাম নামগী ওইনা য়েৎকী ওইগী খায়না অনি থোক্লা লৈগনি।

### ৬. পুষ্পাঞ্জলি

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ অনিগী খুৎশাশিংনা ব্যাবৃত অমসুং উদ্বেষ্টিত করণবু মথং মথং শারগা অমুক চতুরশ্র হস্তগী খুৎফমদা হঞ্জিন্দুনা থম্বা জগোই শাথেকপু, লৈ-সু নচিংবা খোমজিল্লগা ভগবানগী চরন্দা কচ্চবগী ভাবপু ফোংদোকই হায়দুনা পুষ্পাঞ্জলি হায়না নৌনা মমিং থোল্লি। জগোই শাথেক অসিবু মহৌশাদগী চালিগী জগোই হায়নসু খঙনরকই। অদুবু চালিগী মতাং লাকপদা জগোই শাথেক মখল মখা কয়া শাবা য়ারকপনা নৈনবদা চনৈনবা পোকহন্দনবা অনৌবা মমিং অসি থোল্লি। ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাং অমদা জগোই শাথেক অসিমক্না অন্তর্ধ্যান ওইখ্রবা ভগবানবু ব্রজ গোপীশিংনা কোইথি থিজবগী ভাবপুসু ফজনা ফোংদোকই।

### ৭. বিষাদ

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ অনিনা পুষ্পাঞ্জলি খুৎথেকপু শারদুনা মাংদা খোঙফম অনিদং, য়েৎ অমসুং ওই থাংজিল্লগা খুউ লৈতানা ফমথবা জগোই শাথেকপু, ব্রজ গোপীশিংনা ভগবানবু কোয়থি থিজবদা ঙমখে

লৈতনা ৱাখিবগী ভাবপু ময়েক শেংনা ফোংদোকই হায়দুনা বিষাদ হায়না নৌনা মমিং থোল্লি।

## ৮. সমর্পণ

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ নামনা হকচাংগী নাকল্লোমদা খুৎ উপ্লা, পাম্বোম তিংনা কোম্লা থাদদুনা থল্লগা খুৎ নামনা পুষ্পাঞ্জলি শাদুনা খোঙথাং অনিদং মাংদা য়েৎ, ওই থাংলগা ফমথবা জগোইগী শাথেকপু ভগবানগী মফমদা আত্মা সমর্পণ তৌজবগী ভাব ফোংদোকই হায়দুনা সমর্পণ হায়না নৌনা মমিং থোল্লি। জগোই শাথেক অসি খুৎ য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না অনি থোক্লা লৈগনি।

## ৯. গোপী কৃষ্ণ

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ নামনা মশাগী হান্নগী মফমদা লেংদনা লৈহল্লগা অতোপ্লা খুৎ নাম অমনা পুষ্পাঞ্জলি শাবা জগোই শাথেকপু, ব্রজগোপীশিংনা ৱানা থীজববু উবিদুনা ভগবান্না অমুক হন্না ইবেম্মাশিংগী মরক্তা লেংথোকপীরকপগী ভাবপু তরং তরং উহল্লি হায়দুনা গোপী কৃষ্ণ হায়না নৌনা মমিং থোল্লি। জগোই শাথেক অসিনা ভঙ্গী পরেং অচৌবদা একো গোপী একো শ্যাম হায়বদুগী ভাবপু য়াম্না ময়েক শেংনা উহল্লি। জগোই শাথেক অসি য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না অনি থোক্লা লৈগনি।

## ১০. অথাবা

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ অনিনা মাংলোমদা উপ্লা খুজেং লৈথরগা, মায় মপাদা নাক য়েৎ অনিদা খুৎনা মায়রোমদা ওনশিন্না খুৎশাশিংনা উদ্বেষ্টিত করণ শাদুনা থাদোকপা জগোই শাথেকপু, লোয়রে, লৈত্রে, হায়বগী ভাব ফোংদোকই হায়দুনা অথাবা হায়না নৌনা মমিং থোল্লি। ভঙ্গী পরেং অচৌবদা জগোই শাথেক অসিনা জগোই মতাং অমা লোয়রে

হায়বা ফোংদোকপা খক্তা নত্তনা, ভগবান্না অন্তর্ধ্যান তৌখিবা, মাংখিবা অমসুং ব্রজগোপীশিংনা মফম কয়াদা চত্তুনা কোইথি থিজবদসু থিবা খঙদনা মাংখিবনচিংবগী ভাব কয়ামুকপু মফম চানা চানা ফজ্জ ফজনা ফোংদোক্লী।

## ১১. অচম্বা ফিরেপ

চতুরশ্র হস্তগী খুৎ অনিনা হকচাং নাকন্দা, নাক য়েৎ অনিদা পান্বোম তিংনা কোম্না থাদদুনা খুৎ উপ্না থম্বা জগোইগী ফিরেপ্পু অচম্বা ফিরেপ হায়না মমিং থোল্লে। জগোইগী ফিরেপ অসিনা, জগোই শাথেক উৎপা হৌদ্রিঙৈ, তাল অমসুং খোঙ লোন্নচিংবা উৎপা মতাংদদা শিজিন্নবা মবম্না মাবু চপচাবা জগোই শাথেক অমনি হায়না মশক তাকফমদি থোক্তবনি। অদুবু ভঙ্গী পাবেং অচৌবগী মতাং অমদা য়াম্না মপুং ফানা শিজিন্নবম্বনা অমদি নৈনবদা পন্দবা য়াদবা মতাং লাকপনা জগোই শাথেকশিংগী মনুং চন্না থম্লি।

## ১২. উপলৈ

খোঙ ওইনা মাংদা থাবগা, কৈ নম্না খোঙ যেৎকা লোযননা হকচাংনা ওই ওইননা লৈশিল্লকঙৈ, চতুবশ্রগী খুৎ ওইনা মাগী হান্নগী মফমদা থম্লগা খুৎ যেৎনা নাকল্লোমদা পান্বোম তিংথোক্লম্বদগী হকচাং লৈশিল্লকপগা লোযন লোযননা মাগী হান্নগী থবাক মপাগী মফমদা পুশিল্লকপা, অদুগা থবাক মপাদা থম্লম্বা খুৎ ওইনা নাক্তা খুৎ উপ্না খ্বাং মপা তম্না পান্বোম তিংথোক্তুনা কোম্না থাদখিবা জগোই শাথেকপু মহৌশাদগী হকচাং উপনা লৈশিল্লি হায়দুনা উপলৈ হায়না খঙনরকই। তাইবঙপাল মপুদা খুরুমজবগী ভাব ফোংদোকপা জগোই শাথেক অমনি।

## ১৩. লোংলৈ

খোঙ য়েৎনা মাংদা থারগা, ফৈ নম্না, খোঙ ওইগা লোয়ননা হকচাংনা য়েৎ ওইননা লৈশিল্লকওঁ, চতুরশ্রগী খুৎ অনিনা শ্রদ্ধাঞ্জলিগী খুৎথেক্তা, মাংলোমদা খুজেং উপ্পা লৈথরক্লগা খাঙ মপাদা লোংনা থম্বা খুৎ অনিনা, হকচাংনা লৈশিল্লকপগা লোয়ন-লোয়ননা নাকন্দগী কোয়না থাঙ্গৎলক্লগা হান্নগী চতুরশ্রগী খুৎফমদা লোইবা জগোই শাথেকপু, হকচাং লোংনা লৈশিল্লি হায়দুনা লোংলৈ হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। তাইবঙপান্বা পুম্বগী মবুঙো নত্রগা মবেম্মা হায়বগী ভাব ফোংদোকপা জগোই শাথেক অমনি। ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাং মতাংদা অসিগুম্বা লোংলৈনা অনিরক অনিরক লৈদুনা তাইবঙপান্বগী মবুংঙো মবেম্মা অনিদা চংজবগী ভাবপু তবং তরং ময়েক শেংনা ফোংদোকই।

## ১৪. চম্প্রা হেকপী

খুৎ নামনা পাম্বোম খর তিংথোক্লা মাং থাহল্লগা মাগী খুৎনিং মপাদা হকচাংগা নক্লনা অতোপ্পা খুৎ নামদুনা থমদুনা, খুৎ অনিমক্লা লোংনা খুৎশাশিংনা ব্যাবৃত করণ শাদুনা পায়শিন পায়শিন্না পাম্বোম লৈনদুনা হকচাং নক্লা থম্নম্বনা তিংথোক অদুগা তিংথোক্লম্বনা হকচাং লোমদা লৈখৎলক, মফম ওম্থোক্লহল্লকতুনা খুৎ উপনা খুৎশাশিংনা পবিবর্তিত করণ শাদুনা খুৎশা পায়শিল্লম্ববু থাদোকপা জগোই শাথেক্লী; মসিবু চম্প্রানচিংবা উহৈ হেকপা মাল্লি হায়দুনা চম্প্রা হেকপী হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। জগোই শাথেক অসি থৌরি লিশাং অমা মরি মরি চিংশিম্বগী মতৌদা খুৎনা অমুক লোং অমুক উপ, লোংলিঙৈদা খুশাশিং পায়শিম্বা উপ্লীঙৈদনা খুৎশাশিং থাদোক্তুনা করিগুম্বা হৈ-রা খরা হেক্লগা নত্রগা লৌরগা থম্বগী ভাবপু ফজনা ফোংদোকই। জগোই শাথেক অসিসু য়েৎকী ওইগী খায়না মশক অনি থোক্লা লৈগনি।

## ১৫. লশিং কাপ্পী

চতুবশ্র হস্তগী খুৎ নামনা থবাক মপাদা মাগী হান্নগী মফম লেংহন্দনা থল্লগা নামনা মাংদা খ্বাঙ মপাদা খুৎ উপ্ন থাদরগা খুবি খুদোম্বী নপ্পরম্ববু থাদোক্লদুনা শাবা জগোই শাথেকপু লশিং কাপ্পগী মতৌ মাল্লি হায়দুনা থক্কী মীরোলনা লশিং কাপ্পী হায়না খঙনরকই। জগোই শাথেক অসি হন্না হন্না শাবদা খুজেং নৌনা, খুবী খুদোম্বী অনিবু অমুক নপ্পহন অমুক থাদোক্লহন তৌদুনা শাগনি। জগোই খুৎথেক অসিসু য়েৎকী ওইগী খাযনা অনি থোক্লা লৈগনি। ভঙ্গী পবেং অচৌবদা য়েৎকী জগোই শাথেক ঙাক্তা শিজিন্নদুনা ভগবান্দা কচ্চবা হৈ-বানচিংবশিংদা তুলসি পত্র হাপ্পগী ভাবপু তবং তবং ময়েক শেংনা ফোংদোকই।

## ১৬. খুজেং লৈবী

চতুবশ্র হস্তগী খুৎ অনিনা মমায ওনশিন্নহন্দুনা খুজেং নক্লা থল্লগা খুৎ অমমম্না উপলৈ লোংলৈ শাদুনা খুজেং লৈনহন্বা জগোই শাথেকপু থক্কী মীবোল কযাদগী খুজেং লৈবী হাযনা খঙনবকই। ভগবান্দা খুকমজবগী ভাব ফোংদোকপা জগোই শাথেক অমনি।

## ১৭. চম্প্রা ওকপী

খুৎ নামনা মায মপাদা, মাযবোমদা ওনসিন্দুনা, খুৎশাশিংনা ব্যাবৃত্ত কবণ তৌদুনা পার্যশিল্লগা খুজেং লৈথদুনা মখাবোমদা খ্বাং মপা তম্না পুথবগা পাবিবর্তিত কবণ তৌদুনা পায়শিল্লম্বা খুশাশিংবু থাদোকপা, মতমদুমক্তদা অতোপ্পা খুৎনামদুনা জগোই শথেকসিমক অমুক শাবা, অসুম্না খুৎ অনিনা শিলোন শিনজিন শাবা জগোইগী শাথেকপু করিগুম্বা তাবকইবা পোৎ অমবু ওক্লগা লৈমায়দা থম্বগী মওং মাল্লি হায়দুনা থক্কী মীরোলশিংনা চম্প্রা ওকপী হাযনা খঙনরকই। ভঙ্গী পরেং অচৌবদা জগোই শাথেক অসিনা ব্রজগোপীশিংনা ভগবানগা লোইননা হরাওনা জগোই শাজবগী ভাবপু য়াম্না মরিক চুম্না তবং তবংনা ফোংদোকই।

## ১৮. চম্প্রা খায়বী

খুৎকী খুৎশাশিং পুল্লপ তিংথোক্লগা খুবীনা মখোয়দগী শেত্তোক্লনা থন্নবা খুৎ অনিনা অমগী খুৎচেপ্পা অমগী খুবী কারক্তা থমদুনা করিগুম্বা অমা খায়বগুম্বগী মতৌবু ফোংদোকই হায়দুনা জগোই শাথেক অসিবু থক্কী মীরোলশিংনা চম্প্রা খায়বী হায়না মমিং থোন্দুনা খঙনরকই। তশেংনমক্তী সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ ওজাশিংনা কর্ত্তালদি য়াওদনা কর্ত্তাল থাবগী ভাবপু জগোই শাথেকসিনা ফোংদোকপসি মহৌশাদগী ঙসিফাওবা চৎনরি। মতৌ অদুম্না ভঙ্গী পরেং অচৌবদা ব্রজ গোপীশিংনা তাল থাদুনা, কর্ত্তাল য়ৈদুনা ভগবানগা লোয়ননা ঈশৈ শকচবা জগোই শাজবগী ভাবপু জগোই শাথেক অসিনা ময়েক শেংনা ফোংদোকই।

## ১৯. লেংবান পায়বী

খুৎ নামনা থংনবগী লেংবান্দা থল্লগা খুৎ নামা অমনা শ্রীরাধা রূপ্পু হন্না হন্না শাবা জগোই শাথেকপু থংনবগী লেংবান পায় হায়দুনা থক্কী মীরোলনা লেংবান পায়বী হায়না মমিং থোন্দুনা খঙনরকই। জগোই শাথেক অসিনা ব্রজ গোপী পুম্নমক্তা শ্রীমতি রাধিকাগা লোয়ননা মখোয় পুম্নমক্তা অমত্তা ওইবা ৱাখলনা ভগবানবু থীজরি হায়ববু য়াম্না মযেক শেংনা ফোংদোকই।

## ২০. অর্ধগোল

খুৎ অনিনা রাধা রূপ্পু হন্না হন্না শাদুনা মফমদি লেংদনা খোঙ নামনা খজিক খজিক থাংদুনা কোয়না মকোয় তংখায় অমা হকচাং উপলৈ লৈশিল্লম্লগা অমুক হন্দুনা হান্নগী মফম য়ৌনা লৈথোরকপা জগোই শাথেকপু অকোয়বগী মকোয় তংখায় লৈশিল্লি হায়দুনা অর্ধগোল হায়না নৌনা মমিং থোল্লে। জগোই শাথেক অসিনা ভঙ্গী পরেং অচৌবদা

শ্রীরাধাজীনা ভগবানগা কায়নবদা খম থেংনা ৱাবগী ভাবপু ময়েক শেংনা ফোংদোকই।

## ২১. কৃষ্ণ চরণ

লোংলৈ অমা লৈরগা, মথং শ্রদ্ধাঞ্জলি অমা শারগা শ্রীকৃষ্ণ রূপ অমনা লোযবা জগোই শাথেকপু শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা চংজবগী ভাব উৎলি হায়দুনা কৃষ্ণ চরণ হায়না নৌনা মমিং থোল্লি। লোংলৈনা তাইবঙপান্বা পুম্বগী মবুংঙো; শ্রদ্ধাঞ্জলিনা, নঙগী চরন্দা চঙজরি; কৃষ্ণ করুপ্পা, হে কৃষ্ণ ! হায়বগী ভাব ময়েক শেংনা জগোই শাথেক অসিনা উৎলি।

## ২২. চক্র লৈবী

ফমথবগা খোঙ য়েৎনা লৈমায়দা ৱায় তৈবগুম ওই ওইননা কোয়না শিত্তুনা তৈবা জগোই শাথেকপু থক্কী মীরোলনা চক্রগুম্না খোঙনা লৈ হায়দুনা চক্র লৈবী হাযনা মমিং থোন্দুনা খঙনবকই। জগোই শাথেক অসিনা মফম খুদিং কোয়না চত্তুনসু হায়বগী ভাব ময়েক শেংনা ফোংদোকই। মতম পুম্নমক্তা জগোই শাথেক অসিগা অথাবা হায়না খঙনবা জগোই শাথেক্কা থানদনা লোয়নদুনা লৈবা থেংনগনি। অনি অসিনা পুল্লগা মফম খুদিং থুংনা কোয়না চত্তুনসু ভগবানবু থিবা ফংদবে; নত্রগা মাবু থিবা ফংলোয হায়বনচিংবা ভাবপু মতাং মতাংগা মবি লৈননা ফজনা ময়েক শেংনা ফোংদোকই।

অসিগুম্বা জগোইগী শাথেক কুন্নিথোয় অসিনা পুক্নীংগী ইথিল নত্রগা ভাবকী মশক ওইবগা মখোয় অনি-অহুম, অনি-অহুম পুনশিন্নদুনা মতাং অমমম শাবগা ফোংদোকপা মতাং তরামবিগী মশকপু মখাদা থন্নী। মতাংশিং অসিদা পল্লিবা তালগী ৱাফমশিং অসিগী মরমদি মখাগী পন্দুপ অমদা তোঙান্না থন্নী।

## ভঙ্গী অচৌবগী মপুংফাবা মতাং তরামরি।

## অহান্না শরুক

### অহান্বা মতাং

তালগী পরিং পুংলোনগী য়েৎ অমসুং ওইদা যুগলরূপ অমমম শায়। হনজিন্নীংবা খরা হঞ্জিল্লগা খায়ননবা ঈঙ্গিৎ পুংলোনগী য়েৎকী শরুক ফাওবদা যুগল রূপ অমা শারগা ওইগী শকক্তা অচম্বা ফিরেপ্পা খোঙথাং কুপ্লপ থাংদুনা চৎলি। অখায়বগী পুংলোনগী য়েত্তা যেৎকী শবণাগত ওইদা উপলৈ অনি শারগা ফমথৈ।

### অনিশুবা মতাং

অহান্বদা তাল লাম্হোকই। যেৎকী ওইগী পুংলোন্দা অচম্বা ফীরেপ্পা যেৎকী খোংফম অমসুং ওইগী খোঙফম উৎলি। মথং তালগী দিগুণ লৌথৈ। পবিং পুংলোনগী য়েত্তা শ্রীবাধা রূপশিং শাগনি অদুগা ওইগী পুংলোনগী শকক্তা হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা লৈথোক্লুনা ওইগী খোঙথাংদা শ্রীবাধা রূপশিং শায়। মথং খাযননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন্দা হকচাং মাগুপ মযোল্লোমদা লৈশিল্লক্লগা শ্রীরাধারূপশিং শাগনি। অখায়বা পুংলোনগী য়েৎকী শরুক্তা শরণাগত অমসুং ওইগী শকক্তা উপলৈ অনি শারগা ফমথৈ।

### অহুমশুবা মতাং

অহান্বদা তাল লাম্হোকই, মথকীগুম য়েৎকী ওইগী খোঙফম উৎলি। মথং দ্বিগুণ লৌথৈ। পরিং পুংলোনগী য়েৎকী শরুক্তা শ্রীকৃষ্ণ রূপশিং শায়। ওইগী পুংলোনগী শকক্তা হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা লৈথোক্লুনা ওইগী খোঙফমদা শ্রীকৃষ্ণ রূপশিং শায়। দ্বিগুণসি হন্ন হন্না শাবা য়ায়। মথং খায়ননবা ইঙ্গিৎকী পুংলোনগী শরুক্তা হকচাং মাগুপ ময়োন লোমদা ওনশিল্লক্লগা য়েৎকী অমসুং ওইগী খোঙফমদা শ্রীকৃষ্ণ রূপশিং

শায়। মথং অখায়বা পুংলোনগী য়েৎকী শরুক্তা শরণাগত ওইগী শরুক্তা উপলৈ অনি শায়।

### মরিশুবা মতাং

তালগী পরিং পুংলোনগী য়েৎ অমসুং ওইদা শ্রদ্ধাঞ্জলিশিং হন্না হন্না শাগনি। খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোনগী যেৎকী শকক্তা লোংলৈ অমা, ওইগী শকক্তা লোংলৈ অমগা লোংলৈ অনিবক শায। কনাগুম্বা জগোই ওজাশিংগী মোত্তা লোংলৈ অসি অহুম্লক শাগনি হায়নবা য়াওই। অদুবু মদুনা তালগী মশক কাযহম্বতা নত্তনা তাইবঙপালগী মবুঙো, মবেম্মা অনিগী মফমদা হায়বা ভাব ফোংদোক্লীবা অসিদসু কাযহল্লি। মথং খাযননবা পুংলোনগী যেৎকী শকক্তা সমর্পণ অমসুং ওইগী শকক্তা উপলৈ অমা শায়।

### মঙাশুবা মতাং

তালগী পবিং পুংলোনগী য়েৎকী ওইগী শকক অনিমক্তা শ্রদ্ধাঞ্জলিশিং হন্না হন্না শায। মথং খাযননবা ইঙ্গিৎকী পুংলোনগী য়েৎকী ওইগী শকক অনিমক্তা পুষ্পাঞ্জলিশিং শায। অখাযবগী যেৎকী পুংলোন্দা লোংলৈ অমা শাবগা ফমদুনা শ্রদ্ধাঞ্জলি শায়। অদুগা ওইগী পুংলোন্দা হৌগৎলগা উপলৈ অমা শায। মসিদা অহান্বা শকক লোয়বে।

## অনিশুবা শরুক

### তরুকশুবা মতাং

তালগী পবিং পুংলোন, খায়ননবা ইঙ্গিৎকী পুংলোন অমসুং অখায়বা পুংলোনগী যেৎকী শরুক ফাওবা শ্রদ্ধাঞ্জলিশিং হন্না হন্না শারগা অখায়বগী ওইগী শরুক্তা উপলৈ অমা শায।

## তরেৎশুবা মতাং

মতাংসিদা তালনা দ্বিগুণ লৌই। দ্বিগুণগী য়েৎকী শরুক্তা চম্প্রা হেকপীশিং অমসুং ওইগী শরুক্তা লশিং কাপ্পীশিং শায়।

## নিপালশুবা মতাং

মতাংসিদা তালনা চৌগুণ লৌই। চৌগুণগী য়েৎকী শরুক্কী অহান্বা পাদদা অচম্বা ফিরেপ্পা খোঙফম উৎলগা মথং খুজেং লৈবী শারগা খুরুম্মী। অনিশুবা পাদগী পুংলোন্দা চম্প্রা ওকপী শায়। অহুমশুবা পাদগী পুংলোন্দা অচম্বা ফিরেপ অমনা খোঙফম উৎলগা চম্প্রা খায়বী, চম্প্রা ওকপী, পুষ্পাঞ্জলি অমসুং অথাববু মথং মথং শায়। অদুগা ধ্রুবগী শকক্তা হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা ওন্থোক্লগা পুষ্পাঞ্জলি শাদুনা চৎলি।

চৌগুণগী ওইগী শরুক্কী অহৌবদা হকচাং মাগুপ মনুং লোমদা ওনশিল্লগা, অহান্বা অমসুং অনিশুবা পাদগী পুংলোনশিংদা শ্রীবাধা কৃষ্ণ হন্ন হন্না শায়। অহুমশুবা পাদগী পুংলোন্দা বিষাদ অহুম্লক শারগা চক্র অনিরক লৈরগা অথাবা শায়। ধ্রুবগী শকক্তা অমুক মাগুপ মপাল্লোমদা হকচাং লৈথোক্লগা পুষ্পাঞ্জলিশিং শাদুনা চৎলি।

## মাপলশুবা মতাং

মতাং অসিসু তালগীদি চৌগুণনি। য়েৎকী শরুক্কী অহৌবদা হকচাংনা মাগুপ ময়োনলোমদা অমুক ওনশিল্লক্লগা, অহান্বা অমসুং অনিশুবা পাদদা লেংবান পায়বী শায়। অহুমশুবা পাদদা বিষাদ অহুম, য়েৎকী শরণাগত, পুষ্পাঞ্জলি অমসুং অথাববু মথং মথং শায়। ধ্রুবগী পুংলোন্দা মাগুপ মপাল্লোমদা হকচাং অমুক লৈথোক্নুনা পুষ্পাঞ্জলি শারগা চৎলি।

চৌগুণগী ওইগী শরুক্কী অহৌবদা হকচাং মাগুপ ময়োন লোমদা ওনশিল্লক্লগা অহান্বা অমসুং অনিশুবা পাদগী পুংলোন্দা অর্ধগোল

অমমম শায়। অহুমশুবা পাদগী পুংলোন্দা বিষাদ অহুম্মক, য়েৎকী শরনাগত অমা, অমসুং উপলৈ অনিরক শারগা ফমথৈ। ধ্রুবগী পুংলোন্দা য়েৎকী গোপী কৃষ্ণ শাদুনা তপ্না তপ্না হৌগৎলকই।

## তরাশুবা মতাং

মতাং অসিসু চৌগুণ তাল অমনি। চৌগুণগী অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা পাদগী পুংলোনশিংদা গোপ্পী কৃষ্ণ হায়বা জগোই শাথেক অদু হঞ্জিল হঞ্জিল শারগা লোংলৈ অমগা শায়। ধ্রুবগী পুংলোন্দা উপলৈ অমা শারগা ফমথৈ। চৌগুণগী ওইগী শরুক্কী অহৌবদা হৌগৎলগা, অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা পাদশিংদা গোপী কৃষ্ণগী জগোই শাথেকপু হন্না হন্না শাবগা লোংলৈ অমনা লোইশিল্লি। অদুগা ধ্রুবগী পুংলোন্দা উপলৈ অমা শায়।

## অহুমশুবা শরুক

## তরামাথোইশুবা মতাং

মতাংসিদা তালনা ত্রিগুণ লৌবকই। ত্রিগুণগী য়েৎকী অহান্বা পাদদা শ্রীরাধা রূপ মরিগা লোংলৈ অমগা শায়। অনিশুবা পাদগী পুংলোন্দা উপলৈ অনিগা লোংলৈ অমা শায়। অহুমশুবা পাদগী পুংলোন্দা উপলৈ অমগা লোংলৈ অমগা শায। অদুগা ধ্রুবগী পুংলোন্দা উপলৈ অমা শায়। ত্রিগুণগী ওইগী শরুক্কী অহানবা পাদদা শ্রীরাধা রূপ মরিগা লোংলৈ অমগা শায়। অনিশুবা পাদগী পুংলোন্দা উপলৈ অনিগা পুষ্পাঞ্জলি অমা অমসুং বিষাদ অমা মথং মথং শায়। অহুমশুবা পাদগী পুংলোন্দা পুষ্পাঞ্জলি অমা বিষাদ অমা অমসুং পুষ্পাঞ্জলি অমবু মথং মথং শায়। অদুগা ধ্রুবগী পুংলোন্দা বিষাদ অমা শায়।

## তরানিথোইশুবা মতাং

মতাং অসিদা তালনা দ্বিগুণদা হঞ্জিল্লকই। দ্বিগুণগী য়েংকী অহান্বা পাদদা শ্রীরাধারূপ মরি শায়। অনিশুবা পাদদা লোংলৈ অমগা উপলৈ অনিরক শায়। অহুমশুবা পাদ অমসুং ধ্রুবগী পুংলোন্দা কৃষ্ণচরণ হায়না খণ্ডনবা জগোই শাথেক্তু শায়। দ্বিগুণগী ওইগী শরুক্কী অহান্বা পাদদা কৃষ্ণ চরণ অমা অনিশুবা পাদদা চম্প্রা ওকপী অহুম অমসুং অহুমশুবা পাদদা উপলৈ অমা শারগা ফমথদুনা চক্র লৈবী অমা শায়। ধ্রুবগী পুংলোন্দা ফম্না ফম্না অথাবা শায়।

## তরাহুমদোইশুবা মতাং

মতাং অসিদসু তালগী দ্বিগুণ অমুক্তা হঞ্জিল্লি। দ্বিগুণগী য়েংকী শরুক্কী পুংলোন্দা য়েংকী গোপী কৃষ্ণ হায়বা জগোই শাথেকপু হন্না হন্না শারগা ধ্রুবগী পুংলোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি অমা শায়। অদুগা ওইগী শরুক্তনা ওইগী গোপী কৃষ্ণবু হন্না হন্না শারগা ধ্রুবগী পুংলোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি অমা শায়।

## তরামরিশুবা মতাং

মতাং অসিদা তালদা হঞ্জিল্লী। তালগী য়েংকী শরুক্তা উপলৈ অমা শায় অদুগা ওইগী শরুক্তনা ওইগী খুউ লৈতানা ওইগী শরনাগত অমসুং য়েংকী খুঁউ লৈতনা য়েংকী শরনাগতবু মথং মথং শায়।

মতাং অসিদা ভঙ্গী পরেং অচৌবা লোইরে মখাদি চালিগী ঘাৎ তাথদুনা চালি শারগনি। চালিগী ঘাৎকী পুংলোন্দা চক্র অনি লৈরগা হৌগত্তুনা পুষ্পাঞ্জলি অমগা অথাবা অমা শায়।

---

মরিগুবা মতাং

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী তাল

রূপ, স্বর, ছন্দ অমসুং কাব্য মখল মখা কয়াদা পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোইনা ফোংদোক্লীবসি মরূদদি তালগী মশক অদুবুনি। পুঙনা পুঙলোন মখল মখাদা য়েদুনা তালবু মশক থোক্লবা উৎলি। ঈশৈনা স্বর মখল মখাদা কাব্যশিংদু থারদুনা তালবু শকই। অমদি জগোইনা রূপ মখল মখা কয়াবু হকচাংগী শাথেক্লা পুথোক্নুনা তালবু ফোংদোকই। মতৌ অসুম্না তালনা পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোই অহুম্মক্কী লেংদবা য়ুম্ফম ওই। অসিগুম্বা তাল হায়বসিমক্লা মালেম পৃথিবী অসিগী মতম হায়বা অব্যক্ত স্বরূপ অদুগী মহুৎ শিন্না মীওইবনা শেমজবা শংশংবা মূর্ত্তি অমনি। নিংজ নিংজরিবা ইষ্ট দেবতাশিংগী দারুক মূর্ত্তিশিংবু অচৌ অপিক মখল কয়াদা শেমজ শাজরগা মীওইবনা লাৎচবগুম তালবুসু অচৌ অপিক মখল মখা কয়াদা মীওইবনা শেমজবগা শিজিন্নরকই। লোয়না লোয়ননা পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোইগী পরম্পরাশিংনা অমগা অমগা খেন্নবকপগী মতুং ইন্না তালবু শেম্নবগী ব্যসস্থাশিংসু পরম্পরা অমগা অমগা খব খর খেন্নবা মওংদা লৈবকই।

মণিপুরদা, সংকীর্ত্তন পরম্পরাগী য়াম্না হক্লা মগুণ লৈবা বৈদিক অধারদা য়ুম্ফম ওইবা তাল ব্যবস্থা অমা মহৌশাদগী লৈজরকই। ব্যবস্থা অসিবু সংকীর্ত্তনগী পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোইনচিংবা খুৎশেম কয়ানা চপ চানা ইন্দুনা চৎনরক্লবসু মাবু মশক নিংথিনা তাকপা লাইহরিক অমা ওইনদি ইথোক্নুনা থম্বীবম্বা থেংনদে। মতৌ অসুম্না তাল ব্যবস্থা অসি অইবা লাইহরিক ওইনা থন্নম্বগী মহুত্তা পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোইগী

ফজবা খুৎশেমশিংগী মশক্তা মীরোল কয়া মথং মথং পুথরক্কুনা লাকখীবনা থক্কী মীরোল খরগী মতমদগী নৌনা চংশিল্লকখীবা হিন্দুস্তানি সঙ্গীতনচিংবগী তাল ব্যবস্থাগা ইয়েৎ য়েৎশিন্নরকপগুম, ইয়ান য়াম্বিন্নরকপগুম তৌরক্কী। মসিনা অচৌবা মরম অমা ওইরক্কুনা ঙসিগী মীরোলদদি সংকীর্ত্তন তাল ব্যবস্থাগী সংজ্ঞাশিংবু খুদম ওইনা, মেল, রাজমেল, রাগ, সঞ্চার, ধ্রুব, ঘাৎ, গুরু ঘাৎ, লম্বী ঘাৎ, বেরি ঘাৎ অমসুং সেতু ঘাৎনচিংবশিংবু ময়েক মশোন শেংনা খঙবা ঙম্মদবগী ফিভম অমদা লৈররী। মসিদগী হেন্দোক্কুনা তালগী তাম্থা, হাইদোকপা, য়েৎ অমসুং ওইনচিংবগী তঙায়ফদবা মশক ফাওবা চুম্না শিজিন্নরক্কবা, চৎনরক্কবা অমসুং লান্না অর্থ হঞ্জিন্নরকপগী থাক অদু য়ৌবক্কী।

ভঙ্গী পবেং অচৌবগী য়ুম্ফম ওইবিবা তাল অসিবু লাই ওইখ্রবা, আদি গুরুজনশিং অদুগী হাকতক্তগী ভূষণা মেল হাযনা খঙনদুনা লাক্লী। মতাংসিদা মেল ভূষণা হাযবসিবু কবিনো; মেল হাযবসিনা কবম্না মখলগী তালবু খঙহল্লিবা; মসিদা ভূষণা হায়বা ব্রাহৈসি যাওবগনা কবি থোইদোক হেন্দোকহল্লিবা, অসিনচিংবা ব্রাফম কয়া অমা লৈখায তাথোকপগী তঙাযফদবা লৈবকই। অদুনা বাফমশিং অসিবু মযেক শেংনা খঙননবা তোংনবকপদা তঙায়ফদনা মাংজৌননা, তালগী মীহুল (কলা), ধ্রুব অমসুং পাদ হায়বনচিংবা তাল ব্যবস্থাগী য়ুম্ফম ওইবা ব্রাফমশিংসি নৈনহৌদবা য়ারক্তবনা মখোয়বু য়াম্না শম্না মখাদা থন্নী।

তালগী মিহুল (কলা) হায়বসিনা তাল অমগী মনুংদা হাইগৎ হাইথা তৌদুনা চাং নাইনা তিং-তিং হুল্লিবা মিহুল অদুবু খঙহল্লি। অসিগুম্বা তালগী মিহুল অসিগী অচাও অপিক মখল মখানি। মখোয়বু তালগী তান্মিৎ (কল) হায়বসিগী মতেংনা ওল্লি। অদুগা তালগী তান্মৎ

হায়বসিনা মীওইবনা খুৎ অনিনা শিন্ন শিন্ননা নত্রগা খুৎশাশিংনা শিন্ন শিন্না খ্বায়দগী থুনা ময়েক শেংনা খৎপদা থোক্লীবা মখোল অমমমগী মতম্বু খণ্ডনগনি। তাম্মিংপু খণ্ডননবা খ্বায়দগী ময়েক শেংবা পাম্বেদি শরিক্কি মখোল অসিনা ওইনরকই। হাইগৎ হাইথদা মখোল থোকহল্লিবা শরিক্কী মখোল অমমমগী মতম্বু তাম্মিং (কল) অমমম হায়না লৌরগা অদুগুম্বা মখোল অনিগী মতম্বা খ্বায়দগী পীকপা অমসুং ইহান হান্বা তালগী মিহুল (কলা) হায়বসি ওই। মসিদগী মথং মথং তাম্মিং অহুমগী, মরিগী, মঙাগী অসুম্না মথং মথং চাওখৎলকপা তালগী মিহুম মখল কয়া কয়া লৈখিবা যাবি। অদুগুম্বা তালগী মিহুল কয়াদুগী মরক্তগী অহান্বা তালগী মিহুলগা লোযননা অতৈ তুমা শুদবা তাম্মিংকী মিহুল পুম্নমক মখা অনি থোক্না কাযথবা যাদ্রবা, মশা মশানা অবেপ্পা লেংদবা মিহুল অমমম ওইজবা, মখোযদগী দ্বিগুণ, চৌগুণ লৌদুনা অচৌবা মিহুল কয়া অমদি শেম্বা যাবকপা, অদুগুম্বা তালগী মিহুল কয়াগী মপীশিংগী মশক ওইবা মবম্না মখোযবু তালগী ধ্রুবশিং হাযনা খণ্ডনবকই। অদুগুম্বা ধ্রুব মিহুল মখল কয়াগী মনুঙদগী অহান্বা ধ্রুব মঙাবু মথং মথং তাম্মিং অনিগী ধ্রুবনা তাঞ্চপ মপী, তাম্মিং অহুমগী ধ্রুবনা মেনকুপ মপী, তাম্মিং, মঙাগী, তরেৎকী অমসুং মাপলগী ধ্রুবশিংনা মিশ্র মপীশিং হাযনা খণ্ডনবগা অতৈ লেমহৌবশিং পুম্নমক্না সংকীর্ণ ধ্রুবশিং হাযনা খণ্ডনবকই। তালগী মিহুলদি মখল মখা কযানি। মখোয অমমমগী অচাও অপিক খেন্নববু ঘাৎ খেন্নবা হাযনা খণ্ডনবকই। মতৌ অসুম্না তালগী মিহুলশিংগী ঘাৎ পুম্নমকপু মপা চাবা, অবেপ্পা মমিং মথা অমমম পিদুনা খণ্ডনবসু চৎনবকই। মবমসিদগী কবিগুম্বা তাল অমগী পুংলোন্নচিংবা ইদ্রিঙৈদা তালদুবু শেন্নীবা মিহুলগী ঘাৎপু মাংজৌননা তাক্লম্বা তঙাযফদে। তাল

অমগী মিহুলগী ঘাৎপু মশক তাকপদা করিগুম্বদা চপ চাবা অরেপ্পা মমীং অমা থোন্দুনা তাকপা ঙমত্রবসু মিহুলদুগী কাংলুপকী মমীং মথাবু, খুদম ওইনা, তাঙ্কপ, মেন্‌কুপ, মিশ্র নত্রগা সংকীর্ণ হায়না পন্দুনা খণ্ডনবা চৎনরকই। তণ্ডায়ফম্রগা মিহুলগী খুদম মনুংদা মঙোন্দা চল্লিবা তাপ্লিংকী অঙ্ক মশিং ওইনা ইদুনা খণ্ডহন্বসু য়ায়। মতৌ অসুম্না মিশ্র কাংলুপকী তাপ্লিং মাপল চম্বা ত্রুবনা দ্বিগুণ লৌরগা তাপ্লিং তরানিপাল চলহন্বা তালগী মিহুলবু ভূষণা হায়না মমীৎ থোল্লগা অদুগুম্বা তালগী মিহুলশিংনা শেন্বা অককল্লবা মেল অমবু ভূষণা মেল হায়না খণ্ডনদুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবদা শিজিন্নরকপনি। অসিগুম্বা ভূষণা হায়না খণ্ডনবা ঘাৎ অসি ভঙ্গী পরেং অচৌবনা হেক হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা হোংবা নায়দনা শিজিন্নবা তালগী মিহুলগী মশক্নী।

মেলদি মখল মখা কয়ানি। মখোয়বু মপুংদা কাংলুপ অহুম থোক্না দ্বিপদী, ত্রিপদী অমসুং চতুষ্পদী মেল হায়দুনা চাওখায় খায়রগা খণ্ডনরকই। তালগী মিহুল অনিনা তালগী পাদ অমা শায়। মসিনা খায়দগী পীকপা অহাপ্না পাদনি। অসিগুম্বা পাদশিংনা য়েৎকী শরুক অমসুং ওইগী শরুক খায়না মফম অনি থোক্না থম্লবতদা তালগী অরেপ্পা মশক অমা ওইরকই। মিহুল অমখক্তনদি কৈদৌঙৈদা তাল অমগী মশক ওইনা লৈবা ঙমদে। অদুবু করিগুম্বা ত্রুবগী মিহুল অমগা পাদশিংগা লোয়ননা পুন্না য়েৎকী শরুক অমসুং ওইগী শরুক খায়না থম্লকপা তালগী থোইদোকপা মশক ওইরক্লবদি মখোয়বু মেল হায়না খণ্ডনরকই। মেল হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসিমক্কী অর্থনসু পুম্বা, তিন্নবা, লোয়নবা, লৈমিন্নবনচিংবা কয়াবু খণ্ডহল্লি।

মতৌ অসুম্না পাদ অমগা ধ্রুব অমগা লোইননা পুন্না থম্বা তালগী মশকপু দ্বিপদী মেল হায়না খঙনৈ। অদুগা পাদ অনিগা ধ্রুব অমগা লোয়ননা পুন্না লৈমিন্নহম্বা ওইরগনা ত্রিপদী মেল অমদি অদুগুম্বা পাদ অহুমগা ধ্রুব অমগা লোইনবা তালগী কাংলুপ ওইরগনা চতুষ্পদী মেল হায়না খঙনরকই। অসিগুম্বা মেল কাংলুপ অহুম্মক্কী মমীং অসি পাদশিংগা লোয়নরিবা ধ্রুবশিং অদুমকপুসু মপুম ফাবা পাদ অমমম ওইনা লৌরবগী ভাবতা থোল্লকপা মমীংশিংনি। মেলশিং অদুগা লোয়নরিবা ধ্রুবশিং অদু তালগী তানকোক্তা নত্রগা তানমৈদা থম্বা অনিমক মহৌশাদগী চৎনরকই। ব্রাফম অসিবু হেন্না ময়েক লাথেক্লবা, খুদম ওইনা থমদুনা, মখাগী অসুম্না য়েংবা য়ায়।

দ্বিপদী মেল ঃ + ‿ | ‿ ‿ || 0 ‿ | ‿ ‿

নত্রগা

+ ‿ ‿ | ‿ || 0 ‿ ‿ | ‿

ত্রিপদী মেল ঃ + ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ || 0 ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿

নত্রগা

+ ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ || 0 ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿

চতুষ্পদী মেল ঃ + ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ ||

0 ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿

নত্রগা

+ ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ ||

0 ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿ ‿ | ‿

+ তিনশিন্নগী খুদম হাপ্লা অসিনা য়েৎকী তানকোকপু খঙহল্লি।

0 শুন্যাগা খুদম হাপ্লা অসিনা ওইগী তানকোকপু খঙহল্লি।

⌣ খুদম অসিনা তালগী মিহুলবু খঙহল্লি। মনুংদা লৈঈ মঁচা অনিখক হাপ্লীবসিনা মিহুল অমগী হাইগৎ হাইথবু খঙহল্লি।

। খুদম অসিনা পাদ অমমমগী ঙমখৈবু খঙহল্লি।

॥ খুদম অসিনা য়েৎকী শরুক্কী ঙমখৈবু খঙহল্লি।

মিহুল অমতং লৈবসিনা ধ্রুবনি। অনি অনি লৈবনা পাদনি।

অসুম্না কাংলুপ অহুম থোক্লা চাওখায় খায়দুনা খঙনরক্লীবা মেলশিং অসি মখোয়, মখোয়বু শারিবা মিহুলগী (কলা) ঘাৎ, অচাও অপিক খেন্নবগী মতুং ইন্না কাংলুপ খুদিংগী মেল মখল মখা কয়া কয়া মশিং থিঙমদনা লৈরকই। ভঙ্গী পরেং অচৌবগী য়ুম্ফম ওইরিবা তাল অসিমক ভূষণা হায়না খঙনবা ঘাৎকী মিহুৎলশিংনা শেম্বা চতুষ্পদী মেল মখল অমা ওইরম্মী।

তাল পুম্নমক য়েৎকী অমসুং ওইগী হায়দুনা চপ মান্নবা শরুক অনি থোক্লা খায়দুনা থম্নরকই। য়েত্তা চল্লিবা মিহুল মশিং, তাম্বা অমসুং হাইদোকপগী মশিং অসিনচিংবা পুম্নমক চপ মান্নবা মওংদা ওইগী শরুক্তসু লৈহল্লকই। অদুম ওইনমক তালগী মমিং মথানচিংববু তাম্বাগী মশিংদগী, একতাল, দুইতাল, তিন্তালনচিংবা হায়না খঙনরকপা মতমদদি সুপ্নতগী য়েৎকী শরুক্তা চল্লিবা তাম্বাশিংগী মশিংদগী লৌরগা খঙনবা চৎনরকই। ওইগী শরুক মখৈবুনা তাল হঞ্জিন্নগী শরুক হায়রগা খঙনরকই। মতৌ অসুম্না য়েৎকী তানকোক অমসুং ওইগী তানকোক অনিনা কৈদৌঙে হাইদোকপগী মফম ওইহল্লক্তে। মফম অনিমকসিদা

তাম্বা থাদুনা তালগী হৌফম হৌফম্সু ময়েক শেংনা খঙহল্লকই। লোয়ন লোয়ননা তাল অমবু হন্না হন্না লাম্ব্বোক্লরগা লোইশিন্দুনা থাদোকপা মতমদসু য়েৎকী তানকোক্তা থাবা চৎনরকই। করিগুম্বা মতাং খরদা য়েৎকী তানকোকমক্তা থাদোক্তবা মওং খরসু থেংনরকপা য়ায়, অদুম ওইনমক মখোয়সু য়েৎকী শরুক্তদি লেপ্লমক থাগনি; ওইগী শরুক্তদি কৈদৌঙৈ থানরক্তে।

চতুষ্পদী মেল ভূষণা, ধ্রুব অমগা পাদ অহুমগা লোইনবগী মশক্তা য়েৎ অমসুং ওইগী শরুক্তা ভূষণা ঘাৎকী মিহুল তরেৎ তরেৎ থমদুনা শেম্বা তাল মখল অমনি। মেল অসিনা দ্বিগুণ (বেরি ঘাৎ) লৌরকপা মতমদা য়েৎ অমসুং ওইগী শরুক্তা মিহুল তরামরি, তরামরি থমদুনা লাম্বোকই; ধ্রুবগী মিহুল অনি অমসুং পাদগী মিহুল মরি মরিগী হিসাবতা। অদুগা চৌগুণ (লম্বী ঘাৎ) লৌবকপা মতমদনা তালগী য়েৎ অমসুং ওইগী শরুক্তা মিহুল কুন্নিপাল, কুন্নিপাল থমদুনা লাম্বোকই; ধ্রুবগী মিহুল মরি অমসুং পাদগী মিহুল নিপাল নিপালগী হিসাবতা। লোইননা লোইনা সংখ্যা মার্গদা মেল অসিনা ত্রিগুণ লৌরকপা মতমদনা তালগী য়েৎ অমসুং ওইগী শরুক অনিদা মিহুল কুনমাথোই কুনমাথোই থমদুনা লাম্বোকই; ধ্রুবগী মিহুল অহুম অমসুং পাদগী মিহুল তরুক তরুক্কী হিসাবতা।

করিগুম্বা তাল অমগা, মঙোন্দগী দ্বিগুণ (বার্ত্তিকমার্গ) অমসুং চৌগুণ (দক্ষিণামার্গ) লৌদুনা মথং মথং থোন্দোক চাওথোকহল্লবা তাল অনিগা পুল্লপ্না অপুম্বা মশক অমত্তং ওইনা চল্লিন্দুনা শেম্বা অখন্নবা রূপ অদুবু রাগ হৌবগী মশক্লী হায়না খঙনরকই। অদুগা করিগুম্বা তাল অমগী চৌগুণদগী মথং মথং ত্রিগুণ, দ্বিগুণ অমসুং তাল অদু তম্না

পিকশিলহল্লকপা তালশিংবু পুল্লপ্না চঙ্গিল্দুনা অপুম্বা মশক অমত্তং ওইনা শেন্নবা অখন্নবা রূপ অদুবুনা সঞ্চার হায়না খঙনরকই। রাগ হৌবা অমসুং সঞ্চারনচিংবা তালশিংগী য়াচন্না শেন্বা অখন্নবা রূপ অসিগুম্বা রূপ কয়া কয়াগী মতেংনা নিংজ নিংজরিবা ইষ্ট দেবতাশিংগী অরাধনা, পূজা, যজ্ঞ, য়াগ তৌজদুনা খুরুমজবা হায়বসি বৈদিক কালদগী চৎনরকপা সংস্কৃতি অমনি।

মমাংগী পন্দুপশিংদা শরুক অহুম থোক্লা চাওখায় খায়দুনা নৈনখরবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী অহাম্বা শরুক নত্তনা অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা শরুক অনিদি মথং শিংনা চতুষ্পদী মেল ভূষণাদগী শেন্নকপা রাগ হৌবা অমসুং সঞ্চারগী মশকশিং ওইরম্মী। অদুগা অহাম্বা হৌগৎলকপগী শরুক্তনা চতুষ্পদী মেল ভূষনা অমসুং মাগী দ্বিগুণবু খেন্ন খেন্নবা পুংলোন মখল মখা কয়াদা হন্না হন্না লাম্থোকপা ওইরম্মী।

তাল অমবু পরিং পুংলোন অমা য়ৈদুনা হন্না হন্না লাম্থোক্লম্বদগী করিগুম্বা মখা তাথনা অতোপ্পা পুংলোন অমদা অমুক হোংদুনা তালদুবু লাম্থোকপা তারবদি, খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন অমনা হান্না মাং থাদুনা য়ৈরগা মথং অখায়বা পুংলোন অমনা খায়দোক্তুনা হোংবসি মহৌশাদগী চৎনরকই। ব্রাফম অসি জগোইগা কোন্নবা পরিং পুংলোন অমদা য়েংবদা য়াম্না ময়েক শেংনা হেক্তা উবা ঙমগনি। অদুগা খেন্ন খেন্নবা পুংলোন কয়ানা পরেং ওইনা য়ৈদুনা তাল অমবু অমসুং মাগী দ্বিগুণ নত্রগা চৌগুণনচিংববু লাম্থোকপা মতমদদি মরক্তা খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন্নচিংবা অমা অমুক হাপ্পুবগী তঙায়ফদবা লৈরক্তে। মরমদুনা রাগ হৌবগী নত্রগা সঞ্চারনচিংবগী দ্বিগুণ অমসুং চৌগুণনচিংবা তালশিংবু

মথং মথং পুংলোন মখল মখাদা লাম্ভোরকপদা, মরক্তা অখায় অরাক নত্রগা ইঙ্গিৎ পুংলোন্নচিংবা মহৌশাদগী হাপ্পরক্তে।

মতৌ অসুম্না, সংকীর্ত্তন তাল ব্যবস্থাগী মীৎয়েং, খেন্ন খেন্নবা পুংলোন্দা অলবু লাম্ভোরকপগী চৎনরকপা নিয়ম, জগোইগী খোঙফম্না উৎলকপা তালগী মশক, অমসুং মশানা মরোমদোম মপুম ফাজবা পুংলোনগী পনখৈশিং, অসিনচিংবা মীৎয়েং কয়াগী মতেংগা লোয়ননা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মহৌশাদগী লৈরক্লীবা পুংলোনশিং অসিবু কায়থদুনা য়েংবদা মশানা মরোমদোম মপুম ফাজবা মতাং তরামরি থোক্লা তরং তরং উবা ফংলকই।

অসুম্না কায়থরিবা অসিগী অহাম্বা মতাংদা পরিং পুংলোন অমনা তালবু লাম্ভোকই। হন্না হন্না য়ৈবা য়াবা য়ৈরবা মতুংদা খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন অমনা মাং থারগা অখায়বা পুংলোন অমনা খায়দোক্কুনা লোয়শিল্লি। মথং অনিশুবা মতাংদা তাল অমবু পুংলোন অমনা হান্না লাম্ভোক্লগা তালদুগী দ্বিগুণ লৌরকই। পরিং পুংলোন অমনা দ্বিগুণবু হন্না হন্না য়ৈরবা তুংদা খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন অমনা মাং থারগা অখায়বা পুংলোন অমনা খায়দোক্কুনা অনিশুবা মতাংবু লোয়শিল্লি। মথং অহুমশুবা মতাংদা তালবু অতোপ্পা পুংলোন অমনা হান্না লাম্ভোক্লগা তালদুগী দ্বিগুণ অমুক্কা লৌরকই। পরিং পুংলোন অমনা দ্বিগুণবু হন্না হন্না লাম্ভোক্লবা তুংদা খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন অমনা মাং থারগা অখায়বা পুংলোন অমনা খায়দোক্কুনা অহুমশুবা মতাংবু লোইশিল্লি। মথং মরিশুবা মতাংদা তালবু অনুব্বা পুংলোন অমনা লাম্ভোকই। অনুব্বা পুংলোন হায়বসি পুংলোন মপুম অমনা তালগী য়েৎকী অমসুং ওইগী শরুক অনিমক্তা হঞ্জিন্দুনা য়ৈববু খণ্ডনগনি। অসুম্না অনুব্বা পুংলোন

অমনা পরিং য়ৈদুনা তালবু হন্না হন্না লাম্থোক্লবা তুংদা অনুবা পুংলোন লোয়শিন্বগী ইঙ্গিংকা লোয়নননা খায়ননবা ইঙ্গিং অমনা মাং থারগা অখায়বা পুংলোন্না খায়দুনা মরিশুবা মতাংবু লোয়শিল্লি। মথং মঙাশুবা মতাংবু লৌথৈ। মতাং অসিদসু মথক্কী মরিশুবা মতাংগা চপ মান্নবা মওংদা চপ মান্নবা পুংলোনশিংনা হজিন্দুনা থন্নগা শেন্নম্মী।

মতৌ অসুম্না অহান্বা মতাং মঙা অসিনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী অহান্বা শরুক অমা ওইনা থম্বা য়াগনি। মসিগী মখা তরুকশুবা মতাং অসিদগীদি রাগ হৌবগী চপ চাবা রূপ অমদা মথং মথং চনশিল্লকপা থেংনরগনি। তরুকশুবা মতাং অসিসু মথক্কী অনুব্বা পুংলোন অদুমক্লা পরিং য়ৈদুনা হৌরগা ইঙ্গিং পিদুনা তালগী পুংলোন অমদা শমথরগা লোয়শিল্লি। মথং তরেৎশুবা মতাংদা তালনা দ্বিগুণ লৌই। দ্বিগুণগী পুংলোন্না যেৎকী অমসুং ওইগী খায়না য়ৈবা হেক মপুং ফাবগা মখা নিপালশুবা মতাং লৌথৈ। মতাংসিদা তালনা চৌগুণ লৌদুনা লাম্থোকই। পুংলোয়া চৌগুণগী য়েৎকী অমসুং ওইগী শরুকপু হেক লাম্থোকপা লোইবদা রাগ হৌবগী রূপ মপুং ফাজরকই। অদুবু মখা চত্থনা চৌগুণ অমগা অমুক থমদুনা রাগ হৌবগী শরুকপু সঞ্চারগী শরুক্তগী তোঙান্না মপুম ফানা থম্মনবা মাপনশুবা মতাং অমগা শমথরম্মী। মশিমক ভঙ্গী পরেং অচৌবগী রাগনা অতৈ রাগ হৌবগী রূপশিংদগী খেন্নবা মশক অমা ওইহল্লি। তালগী ওইনদি মাপনশুবা মতাং অসিদা অনিশুবা শরুক অমা মপুম ফারে হায়না লৌবা য়াগনি।

মথংদি সঞ্চারগী রূপ অমদা তাথরকই। মদুগী অহান্বা চৌগুণবু তরাসুবা মতাং অসিদা থম্বা থেংনগনি। পুংলোন্না চৌগুণগী য়েৎ অমসুং ওইগী শরুকপু চপ চানা লাম্থোকপা হেক লোয়বগা মখা তরামাথোইশুবা

মতাং লৌথৈ। মতাং অসিদা তালগী ত্রিগুণবু লাম্বোকই। পুংলোন্না ত্রিগুণগী য়েৎকী অমসুং ওইগী শককপু লাম্বোকপা মপুং হেক ফাবগা মথং তবানিথোঙ্গশৈবা মতাং লৌথৈ। মতাং অসিদা তালগী দ্বিগুণবু লাম্বোকপা থেংনগনি। পুংলোন্না দ্বিগুণগী যেৎ, ওই অনিমক মপুং ফানা লাম্বোকপগা মথং তবাহুমদোইশুবা মতাং লৌথৈ। মতাংসিদসু তালগী দ্বিগুণবু অমুক হঞ্জিন্না লাম্বোকপা থেংনগনি। মসিমক ভঙ্গী পবেং অচৌবগী সঞ্চাবনা অতৈ সঞ্চাবশিংদগী খেন্নবা মশক অমনি। পুংলোন্না দ্বিগুণবু লাম্বোকপা মপুং হেক ফাবগা তবার্মবিশুবা মতাং লৌথৈ। মতাংসিদা তালদা অমুক হঞ্জিন্দুনা সঞ্চাবগী কল্প চপ চানা মপুং ফাহন্বা থেংনর্গনি। অসুম্না পুংলোন্না মপুং ফানা তালবু লাম্বোকপা লোযবগা ভঙ্গী পবেং অচৌবা লোইদুনা চালিদা শমর্থখিবা উগনি। চালগা ঈশৈ অমসুং জগোই লৌবা যাননবা মখা লৌথগদৌবিবা চালিগী তালগী ঘাৎ অদু হান্না মাংজৌননা উৎলম্লগা চালি লৌথখিবা থেংনগনি।

তাল অমবু লাম্বোক্ক্রীঙৈ হান্না মাংজৌননা তালদুবু শেম্লীবা মিহুলশিংগী অচৌ অপক্কী মশক তাক্কদৌবিবা ঘাৎ অদু ময়েক শেংনা অখন্নবা পুংলোন্না যৈদুনা খঙহল্লম্বা হাযবসি মহৌশাদগী চৎনবকপা ব্যবস্থানি। মবমদুনা ভঙ্গী পবেং অচৌবগী তালবু লাম্বোক্ক্রীঙৈ, ভূষণা ঘাৎপু ময়েক শেংনা খঙহন্ননবা মাংজৌননা অখন্নবা পুংলোন শিজিন্নদুনা লাম্বোক্লবম্মী। অদুগুম্বা ভঙ্গী পবেং অচৌবগী ঘাৎ থাবা মতাং অদুবু থক্কী মীবোল খবনা ভঙ্গী মকোক হাযনসু খঙনবম্মী। মতাং অদুদা শিজিন্নবম্বা পুংলোনশিং অদু ভুষণা মেলগী তালনা চৌগুণ লৌবা হৌবকপা মতাংদা শিজিন্নবকপা মিহুলশিংগী পুংলোনশিংদগী খরদং লৌখৎলগা থল্লম্বনি। চৌগুণ লৌবকপা মতাংদুগী মিহুল পুংলোনশিং

অদুনা ভূষণা ঘাৎপু য়াম্না লায়না মশক তাকপা ওন্দ্রাম্বদগী মতাংদুগী পুংলোনবু ঘাৎ থাবদা শিজিন্নরম্বনি। ভন্সী পরেং অচৌবগী ঘাৎ থাবগী পুংলোন্নচিংববু লাইরিকসিদা তোঙান্না থমদুনদি হাপখিদ্রে। ভূষণাগী ঘাৎপু পুক্লীংদা চীংনবা লৈরকপদা চৌগুণগী পুংলোন হায়রগা থাবীবা নুংঙায়গনি।

---

মণ্ডাগুবা মতাং

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী পুংলোন

## চতুস্পদী মেল ভুষণা

### ঘাত ঃ ১৮ ভঙ্গা তাম্বা

+ ঃ য়েংকী তানকোক্সী খুদম।

০ ঃ ওইগী তানকোক্সী খুদম।

◡ ঃ হাইগৎ হাইথ কোম্নবা তালগী মীহুল (কলা) খুদম।

। ঃ পাদ অমমম খায়বগী খুদম।

।। ঃ য়েংকী ওইগী শরুক খায়বগী খুদম।

⊕ ঃ পুংলোন অমত্তনা য়েংকী ওইগী শুপ্নকপগী খুদম।

১৮ ঃ ভুষনা ঘাতকী খুদম, তানমীৎ ১৮ চনবা ঘাতকী মীহুলনি ভঙ্গী অচৌবগী পুঙলোন হৌবদগী লোয়বা ফাওবা।

তালগী খুদম

+
◡ । ◡ ◡ । ◡ ◡ । ◡ ◡ ।।

ধ্রুব পাদ পাদ পাদ

০
◡ । ◡ ◡ । ◡ ◡ । ◡ ◡

ধ্রুব পাদ পাদ পাদ

ধ্রুবগী মিহলনা মনিং থংলকপা য়াই।

দ্বিগুণ চৌগুন লৌরকপগী মতুংইন্না ধ্রুব অমসুং পাদগী মিহুল মশীং হেক্সংলক্কনি।

## অহানবা মতাং

### তালগী পরিং পুঙলোন

+
গীন্ন গব । ধিন - ধিন - ।ধেন - তা - । ধিন - থেন - ।।
o
ধিন তা । তেন - তা - ।তেন - তা - । তক - খিৎ -

### খায়ননবগী ইঙ্গিৎ পুঙলোন

+
গীন্ন গব । ধিন - ধিন - ।ধেন - তা - । ধিন - তাং ত্র ।।
o
খিৎ তা । ধে - খব খব। খব খব খব খব । খব খব খব খব

### অখায়বগী পুঙলোন

+
খব খব । তা - তা - । তেন - তা - । তা খিত্তা থেন - ।।
o
ধিন ধিন । থেন - ধিন - ।তেন - তা । তাং - খিৎ

## অনীশুবা মতাং

### তালগী পুংলোন

+
খব ধব । তেন - তা - ।খিৎ - তা - ।তেন - তা - ।।
o
খিৎ তা ।তেন - তা - । খ্র খ্র খ্রাং - । - - খিৎ -

## তালগী দ্বিগুনগী পরিং পুংলোন

য়েংকী শকক +

১ বা পাদ [ গীন্ন গব ধিন - ধিন - ধেন -।

২ বা পাদ [ তা - ধিন - ধিন - ধেন -।

৩ বা পাদ [ তা - ধিন - ধিন - ধেন -।

ধ্রুব পাদ [ তা - ধেন - ॥

ওইগী শকক ০

১ বা পাদ [ গীন্ন গব ধিন - ধিন - ধেন -।

২ বা পাদ [ তা - ধিন - ধিন - ধেন -।

৩ বা পাদ [ তা ধিন - ধিন - ধেন -।

ধ্রুব পাদ [ তা - ধেন -

## খাযননবগী ইঙ্গিৎ পুংলোন

\+
গীন্ন গব । ধেন তা । ধেন তা । খিৎ তা - ॥

০
তক গীন । ধেন - তা - । ধেন - তা - । খিৎ - তা

## অখাযবগী পুংলোন

\+
তক গীন । ধেন - তা - । ধেন - তা । তা খিত্তা থেন - ॥

০
ধিন ধিন । তেন - ধিন - । তেন - তা - । তাং খিৎ -

## অহুমশুবা মতাং

## তালগী পুঙলোন

\+
খব খব । তেন - তা - । খিৎ - তা - । তেন - তা ॥

০
খিৎ তা । থেন - তা - । খ্র খ্র খ্রাং - । - - খিৎ -

## দ্বিগুনগী পরিং পুংলোন

য়েৎকী শরুক +

১ বা পাদ [ গীন্ন গর ধিন - ধিন - ধেন - ।

২ বা পাদ [ খ্রাৎ - ধিন - ধিন - ধেন - ।

৩ বা পাদ [ খ্রাৎ - ধিন - ধিন - ধেন - ।

ধ্রুব পাদ [ খ্রাৎ - ধে - ॥

ওইগী শরুক ০

১ বা পাদ [ গীন্ন গব ধিন ধিন - ধেন ।

২ বা পাদ [ খ্রাৎ - ধিন - ধিন - ধেন - ।

৩ বা পাদ [ খ্রাৎ - ধিন - ধিন - ধেন - ।

ধ্রুব পাদ [ খ্রাৎ - ধে ধিন

## খাযননবগী ইঙ্গিৎ পুংলোন

+

গীন্ন গব। ধে - তা - । ধেন - খিৎ - । তক - ধিন ॥

০

গীন্ন গব। ধে - তা - ।ধেন - খিৎ - । তক - ধিন -

## অখায়বগী পুংলোন

+

গীন্ন গর । ধে - তা - । ধেন - তা - । তা খিত্তা থেন - ॥

০

ধিন গীন্নগর। ধে - তা - । ধেন - তা তা । ধেন - খিৎ -

**মন্নীশুবা মতাং**

তালগী অনুন্না পরিং পুংলোন

⊕

খুখু খুখু। তক গীন ধিন -। ধেন তা ধেন -। তক ত্রেং খিৎ -॥

পুংলোন হঞ্জিল্লি

হঞ্জিনবা লোযবে খণ্ডনবা ইঙ্গিৎ পুংলোন

\+

খুখু খুখু। তক গীন ধিন -। ধেন তা ধেন -। তক ত্রেং খিৎ - ॥

০

খুখু খুখু। তক গীন ধিন -। ধে ধে ধে - । তক - ধিন -

খাযননবা ইঙ্গিৎ পুংলোন

\+

গীন্ন গব। ধিন - ধেন _ । ত ত খিৎ তা। তেন - তা - ।

০

তক গীন। ধিন _ ধেন _ । ত ত খিৎ তা। তেন - তা -

অখাযবগী পুংলোন

\+

তক _ । তেন তা _ । তক - তক _ । তাং _ ধিন - ॥

০

গীন্ন গব। ধেন তা ধে _ । তা তা ধে - । তক ত্রেং খিৎ -

**মঙাশুবা মতাং**

তালগী অনুন্না পবিং পুংলোন

⊕

খুখু খুখু। ত গীন ধিন -। ধেন তা ধে -। তক ত্রেং খিৎ _ ॥

পুংলোন হাঞ্জাল্লি

## হনজিনবা লোয়রে খণ্ডনবা ইঙ্গিৎ পুঙলোন

\+
খ্রখ্র খ্রখ্র। তক গীন ধিন -। ধেন তা ধে -। তক ত্রেং খিৎ -॥
০
খ্রখ্র খ্রখ্র। তক গীন ধিন -। ধে ধে ধে -। তক - ধিন -

## খায়ননবা ইঙ্গিৎ পুঙলোন

\+
গীন্ন গর। ধিন - ধে - তগীন তত গীন তা। তেন - তা -॥
০
তক গীন। ধিন - ধে -। তগীন তত গীন তা। তেন - তা -

## অখায়বগী পুঙলোন

\+
তক -। তেন - তা -। তক - তক -। তাং - ধিন -॥
০
গীন্ন গর। ধেন তা ধে -। তা তা ধে -। তক ত্রেন খিৎ -

## তরুকশুবা মতাং
## তালগী অনুব্রা পরিং পুংলোন

⊕
খ্রখ্র খ্রখ্র। তক গীন ধিন -। ধেন তা ধে -। তক ত্রেন খিৎ -॥

## অনুব্রা লোইবগী ইঙ্গিৎ পুংলোন

\+
খ্রখ্র খ্রখ্র। তক গীন ধিন-। ধেন তা ধে -। তক ত্রেন খিৎ -॥
০
খ্রখ্র খ্রখ্র। তক গীন ধিন -। খিৎ খরখর তেন -। তক ত্রেন খিৎ -

## তালগী পুংলোন

\+

খর খর। তেন - তা -। থেন - - -। ধিন - - -।

০

গীন্ন গর। ধেন তা ধে -। তা তা ধে -। তক - খর খর

## তরেৎশুবা মতাং

## তালগী দ্বিগুন পুংলোন

যেৎকী শকুক +

১ বা পাদ তকগীন ধেন্তা তক খরখর তকগীন ধেন্তা তক খরখর।

২ বা পাদ তকগীন ধেন্তা তক খবখব তকগীন ধেন্তা তক খবখব।

৩ বা পাদ তকগীন ধেন্তা তক খবখব তকগীন ধেন্তা তক খবখব।

ধ্রুব পাদ তকখিৎ থেন্তা থেন খরখর।।

ওইগী শকুক ০

১ বা পাদ ধিন ধেন্তা ধিন গীন্নগর ধিন থেন্তা থেন গীন্নগর।

২ বা পাদ ধিন ধেন্তা ধিন গীন্নগর ধিন থেন্তা থেন গীন্নগর।

৩ বা পাদ ধিন ধেন্তা ধিন গীন্নগর ধিন থেন্তা থেন গীন্নগব।

ধ্রুব পাদ ধিন ধিন্তাতা তাং খিৎগীন্নগর

## নিপালশুবা মতাং
## তালগী চৌগুন পুংলোন

য়েৎকী শরুক +

| | | |
|---|---|---|
| ১ বা পাদ | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর |
| | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর |
| | ধেন্তাধেন -তাতা | খিৎতাথেন ধিনখবখব |
| | তাতাতা খিৎথেন্তা | ধেধেধে তাধেধে। |
| ২ বা পাদ | ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা | তকগীন্নগর ধিনধেন্তা |
| | ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা | তকগীন্নগর ধিনধেন্তা |
| | ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা | ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা |
| | ধেন্ত্রগীন তাতাতা | তাং খিৎগীন্নগব। |
| ৩ বা পাদ | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব |
| | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর |
| | ধেন্তাধে তাতা | খিন্তাথেন ধিনখরখর |
| | তাতাতা খিৎথেন্তা | ধেধেধে তাধেধে। |
| ধ্রুব পাদ | ধে তগীন | খরখর খরখর |
| | খরখর খরখর | খরখর খরখর ॥ |

ওইগী শরুক ০

১ বা পাদ

| | |
|---|---|
| খিত্ৰগীন তাথেন্তা | তকখীত্তথেন তাথেন্তা |
| তকখীত্তথেন তাথেন্তা | তকখীত্তাথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তথেন তাথেন্তা | তকখিত্তথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তথেন তাথেন্তা | তকখিত্তথেন তাথেন্তা। |

২ বা পাদ

| | |
|---|---|
| তকখিত্তথেন তাথেন্তা | তকখিত্তথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তথেন তাথেন্তা | তকখিত্তথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তথেন তাথেন্তা | তকখিত্তথেন তাথেন্তা |
| তাখরখর তাথেন | গীনগীন্তা গীনগীন্তা। |

৩ বা পাদ

| | |
|---|---|
| থেন খিৎখরখর | গীনগীন্তা গীনগন্তা |
| থেন খিৎখরখর | গীনগীন্তা গীনগীন্তা |
| থেন গীন্তগীন্ত | থেন গীন্তগীন্ত |
| থেন খিৎখরখর | গীনগীন্তা গীনগীন্তা। |

ধ্রুব পাদ

| | |
|---|---|
| থেন তগীন | খরখর খরখর |
| খরখর খরখর | খরখর খরখর। |

## মপালশুবা মতাং
## চৌগুন পুংলোন

| | + | |
|---|---|---|
| য়েংকী শরুক | খিত্রগীন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| ১ বা পাদ | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা । |
| ২ বা পাদ | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| | তাখরখর তাংতাতা | থেন ধেতাগীন্তা । |
| ৩ বা পাদ | গীন্তাং তাখরখর | থেন ধেতাগীন্তা |
| | গীন্তাং তাখরখর | থেন ধেতাগীন্তা |
| | গীনথেন্তা তাগীন্তা | গীনথেন্তা তাগীন্তা |
| | গীন্তাং তাখরখর | থেন ধেতাগীন্তা । |
| ধ্রুব পাদ | গীন্তাং তগীন | খরখর খরখর |
| | খরখর খরখর | তাখরখব তেন্তা ।। |

ওইগী শরুক ০

**১ বা পাদ**

| | |
|---|---|
| খিত্রগীন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা । |

**২ বা পাদ**

| | |
|---|---|
| তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তক খিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তকখিত্তাথেন তাথেন্তা | তকখিত্তাথেন তাথেন্তা |
| তাখবখব তাথেন | গীনগ্রৎ গীনগ্রেং । |

**৩ বা পাদ**

| | |
|---|---|
| খিৎ খিৎগীন্নগব | গীনগ্রৎ গীনগ্রেং |
| খিৎ খিৎগীন্নগর | গীনগ্রৎ গীনগ্রেং |
| খিৎ-গ্রৎ গীন্তা | খিৎগ্রৎ গীন্তা |
| খিৎ খিৎগীন্নগর | গীনগ্রৎ গীনগ্রেং । |

**ধ্রুব পাদ**

| | |
|---|---|
| খিৎ খবখর | তকগীন গীন্তা |
| থেন খরখর | তগীন গীন্তা । |

## তরাগুবা মতাং
### তালগী চৌগুন পুংলোন

য়েৎকী শরুক +

১ বা পাদ
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখর তগীন গীন্তা
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখর তগীন গীন্তা ।

২ বা পাদ
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখর তগীন গীন্তা
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখর তগীন গীন্তা ।

৩ বা পাদ
তগীন গীন্তা তগীন গীন্তা তধেন গীন্নগর ধেন গীন্নগ্র
গীন্তাং খিত্তা গীন্তা তেন্তা তেন্তা খিত্তা তক খরখর ।

ধ্রুব পাদ তেন্তাং খিত্তা খিত্তা গীন্তা তেন্তাং খিত্তা তখিৎ তেন্নাতেন্না ।।

ওইগী শরুক ০

১বা পাদ
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখব তগীন গীন্তা
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখব তগীন গীন্তা ।

২বা পাদ
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখব তগীন গীন্তা
থেন খরখর তগীন গীন্তা থেন খরখব তগীন গীন্তা ।

৩বা পাদ
তগীন গীন্তা তগীন গীন্তা তধেন গীন্নগর ধেন গীন্নগ্র
গীন্তাং খিত্তা গীন্তা তেন্তা তেন্তা খিত্তা তক খরখর ।

ধ্রুব পাদ তেন্তাং খিত্তা । খিত্তা গীন্তা তেন্তাং খিত্তা । থেন গীন্নগ্র ।

## ভরামাথোইগুবা মতাং
## তালগী ত্রিগুন পুঙলোন

য়েংকী শরুক +

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১বা পাদ | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা |
| | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব | ধেন্তাধে তাতা | খিত্তাধে ধিনখবখব । |
| ২বা পাদ | ততত্তাং খিংথেন্তা | ধেধেধে তাধেধে | ধে তগীন্নগব |
| | গীন্তাথেন তগীন্তা | তাখবখব তাথেন্তা | গীন্তাথেন তগীন্তা । |
| ৩বা পাদ | তাংত গীন্নগব | গীন্তাথেন তগীন্তা | তাখবখব তাথেন্তা |
| | তগীন্তা তথেন্তা | তাং তগীনগব | গীন্তাথেন তগীন্তা । |
| ধ্রুব পাদ | তাখবখব তাথেন্তা | গীন্তাথেন তাধেধে | ধে খিংগীন্নগব ॥ |

ওই

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১বা পাদ | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা |
| | ধিনধেন্তা ধেগীন্নগব | ধেন্তাধে তাত্তা | খিত্তাথেন ধিনখবখব । |
| ২বা পাদ | তাতাতা খিংথেন্তা | ধেধেধে তাধেধে | ধে তগীন্নগব |
| | ধংধেতা তাখিংতা | ধেন্তা ধেত্রত্র | তধেন্তা তখিত্তা |
| ৩বা পাদ | তাং তগীন্নগব | ধংধেন্তা তাখিত্তা | ধেনত ধেত্রত্র |
| | তধেন্তা তখিত্তা | তাং তগীন্নগব | ধেধেধে তখিত্ত |
| ধ্রুব পাদ | ধেনত ধেত্রত্র | তধেন্তা তত্রত্র | ত্রাং খিংগীন্নগব । |

## তরানিথোইগুবামতাং
### তালগী দ্বিগুন পুংলোন

য়েংকী শরুক +

| | | |
|---|---|---|
| ১ বা পাদ | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর |
| | ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা | ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর। |
| ২ বা পাদ | ধেন্তাধে তাতা | খিত্তাধে ধিনখরখর |
| | ততত্তাং খিৎথেন্তা | ধেধেধে তাধেধে। |
| ৩ বা পাদ | ধে তাগীন্নগর | ধেধেধে -তাতা |
| | ধে-ত ধেখরখর | ততত্তাং -তত। |
| ধ্রুব পাদ | তেন-ত তগীন্নগর | ধেধেধে -তাতা ॥ |

ওইগী শরুক ০

| | | |
|---|---|---|
| ১ বা পাদ | ধেন-ত ধেখরখর | ততত্তাং -তত |
| | তেন-ত তাগীন্নগর | ততত্তাং -তত। |
| ২ বা পাদ | তেন-ত তগীন্নগর | ততত্তাং -তত |
| | তেন-ত তগীন্নগর | ততত্তাং -তথ্র। |
| ৩ বা পাদ | থ্রাং তগীন্নগর | ধেন্তাধে -ততা |
| | খিৎতাধে ধনখরখর | তাতাতা খিৎথেন্তা। |
| ধ্রুব পাদ | ধেধেধে তাধেধে | ধে - |

## তরাহমদোইশুবা মতাং

### দ্বিগুন পুংলোন

যেৎকী শকক +

১ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তা তেন তত্রেং।

২ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তা তেন তত্রেং।

৩ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তেন্তা তাং খ্রখ্র।

ধ্রুব পাদ তাতেন -তঃ খিত্তা ধেন্তা ॥

ওইগী শকক ০

১ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তা তেন তত্রেং।

২ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তা তেন তত্রেং।

৩ বা পাদ খিৎ তা তেন তত্রেং খিৎ তেন্তা তা খ্রখ্র।

ধ্রুব পাদ তাতেন -তঃ খিত্তা ধেন্তা

## তরামরিশুবা মতাং

### তালগী পুংলোন

+

ধিন থেন ধিন থেন। খিত্র গ্রধিন -গীন্তা তেন্তা। খিৎ - তাং গীন্নগব। ধে গ্রাৎ॥

০

গীন্তা ধে গ্রাৎ গীন্তা। ধে গীন্নগব ধে গ্রাৎ। গীন্তা ধে গ্রাৎ গীন্তা। ধে গীন্নগব

ভঙ্গী পরেং অচৌবা পুংলোন লোইরে।

## (ক) চতুস্পদিগী মশক্তা

### চালি ঘাৎকী পুংলোন ৯

\+
ধে - । ত গীন ত ত । গীন তা ত গীন । ত ত গীন তা ॥

০
তাৎ - । ত খিৎ ত ত । খিৎ তা গীন ত্র । গীন ত্র গীন ত্র

### চালি পুংলোন

⊕
ধিন - । তেন - তক - । খিৎ - ত - । ধেন - ত - ॥

## (খ) একপদীগী মশক্তা

### চালি ঘাৎকী পুংলোন ৯

\+
ধে - ত গীন ত ত গীন ত ধে - ত গীন ত ত গীন ত ॥

০
তাৎ - ত খিৎ ত ত খিৎ তা গীন ত্র গীন ত্র গীন ত্র গীন ত্র ॥

### চালিগী পুংলোন

⊕
ধিন - তেন - - - তক - খিৎ - ত - ধেন - ত - ॥

## তরুকশুবা মতাং

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী পুংলোন্দা খোঙফম

জগোইদদি খোঙগী শরুক্কা মরূনি। খোঙনা হকচাং পুম্নবু পুবতা নত্তনা মানা তালবুসু চপ চানা পুদুনা চৎলি। তালগী মশকপু খোঙগী খোঙফম অমসুং খোঙথাংশিংনা চপ চানা ফোংদোকই। অদুগা হকচাং অমসুং খুৎকী খুথেক্লচিংবনা খোঙথাং অমসুং খোঙফম্নচিংবগী মতুং ইন্নদুনা চৎলি। লোয়ন-লোয়ননা জগোই মতাং-মতাংগী হকচাং ফিদুপশিংবু ময়েক শেংনা খঙননবা হোৎনবদা জগোই মতাং-মতাংদুদা ফৈ নম্বগী চাং অমসুং হকচাং ভারীবু, হকচাংগী অরুম্ববু, খোঙ য়েৎ, ওই অনিগী মরক্তা করম্বনা পুরিবগে হায়বসিসু চপ চানা খঙবগী তঙায়ফদবা লৈরকই।

ভরত নাট্য শাস্ত্রনা খোঙগী খোঙফম মণ্ডা; লৈমায় চানা থাংবা খোঙথাং, ভৌমি চারি, তরাতরুক; লৈথক চানা থাংবা খোঙথাং, আকাশিকি চারি তরাতরুক; ফৈ নম্বগী চাং, স্থানক, তরুক্লচিংবু মমিং মথা পিদুনা শুগায়না তাক্লম্মী। মখোয়শিং অসিদগী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোইদা, লৈমায় চানা থাংবা খোঙথাং, ভৌমি চারি, মখল তরুকখক্তা, খোঙগী খোঙফম মণ্ডামক অসিগা কোন্ননা লৌখৎতুনা শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। অসুম্না লৌখৎলম্লীবা ভৌমি চারি তরুক অদুদি মথংশিংনা স্থিতাবর্তা, শকটাস্যা, অধ্যর্ধিকা, বদ্ধা, উরূদ্বৃত্তা অমসুং স্যন্দিতা চারি হায়বশিং অসিনি। ভৌমি চারি তরুক অসিগা কোন্ননা শিজিন্নরম্বা খোঙফম মণ্ডা অদুনা মথংশিংনা সমপাদ, অঞ্চিত, কুঞ্চিত, অগ্রতলসঞ্চর অমসুং উদ্ঘট্টিত হায়বশিং অসিনি। মখা তানা নৈনরকপদা অসিগুম্বা খোঙফম মণ্ডা অমসুং ভৌমি চারি তরুক অসিবু হন্ন-হন্না

শিজিন্নবক্কদবা লৈবনা মখোয়শিং অসিবু খুলোযননবা শ্লোকশিংগা কোন্ননা মখাদা হান্না থন্নী।

ভবত নাট্য শাস্ত্রগী তবাশুবা অধ্যাযগী নিফুনিথোই, নিফুমবি, নিফুতকক, নিফুনিপাল অমসুং যাঙ্খেশুবা শ্লোকশিংনা মথং-মথং উদ্ঘট্টিত, সম, অগ্রতলসঞ্চর, অঞ্চিত অমসুং কুঞ্চিতবু মশক তাক্লকই; মদুদা উদ্ঘট্টিতবু মখাগী অসুম্না থন্নকই ঃ—

**স্থিত্বা পাদতলাগ্রেণ পার্ষ্ণির্ভূমৌ নিপাত্যতে।**

**যস্য পাদস্য করণ ভবেদুদ্ঘট্টিতস্তু সঃ।।**

খোঙদোলনা লৈতাদুনা কাংলম্বা খুনিংনা লৈমাযদা নেৎথবকতুনা খোঙফম চানা থন্নগা উদ্ঘট্টিত হাযবসি ওই। মথং সমপাদবু মখাগী শ্লোক অসুম্না তাক্লকই।

**স্বভাববচিতে ভূমৌ সমস্থানে চ যো ভবেৎ।**

**সমঃ পাদঃ স বিজ্ঞেয়ঃ স্বভাবাভিনয়াশ্রয়ঃ।।**

মশাগী মহৌশাগী ফিভমদা লৈমাযদা খোঙফম মান্ননা থাববু সম পাদ হাযনা খঙনৈ, মশা মশাগী মতৌদা। মথং অগ্রতলসঞ্চরবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ—

**উৎক্ষিপ্তাতু ভবেৎ পার্ষ্ণিরঞ্চিতোঽঙ্গুষ্ঠকস্তথা।**

**অঙ্গুল্যশ্চাঞ্চিতাঃ সর্ব্বাঃ পাদোঽগ্রতলসঞ্চরঃ।।**

খুনিং কাংখত্তুনা খোঙবীগা কোন্ননা অতৈ খোঙশা পুম্নমক থেকচিন্না থাবা খোঙফম্না অগ্রতলসঞ্চর ওই। মথং অঞ্চিতবু মখাগী অসুম্না থন্নকই ঃ—

**পার্ষ্ণির্য়স্যস্থিতা ভূমৌ উর্ধ্বাগ্রতলং তথা।**

**অঙ্গুল্যশ্চাঞ্চিতাঃ সর্বাঃ স পাদস্ত্বঞ্চিতঃ স্মৃতঃ।।**

খুনিং লৈমায়দা থা, খোঙদোল থেক্কৎ, খোঙশাশিংগা লোয়ননা, অদুগুম্বা খোঙফমবু অঞ্চিত হায়না খঙনৈ। মথং কুঞ্চিতবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ–

**উৎক্ষিপ্তা য়স্য পার্ষ্ণিঃ স্যাদঙ্গুল্য কুঞ্চিতাস্তথা।**

**তথা কুঞ্চিতমধ্যশ্চ স পাদঃ কুঞ্চিতঃ স্মৃতঃ।।**

খুনিং কাংখৎ, খোঙশাশিং কোনশিল্লপ, খোঙ কোনশিন্না খোঙদোন্না থাবা খোঙফম্বু কুঞ্চিত হায়না খঙনৈ।

ভরত নাট্য শাস্ত্রগী শ্লোক্কা কোন্ননা মথক্তা থন্নীবা খোঙফম মঙা অসিবু শম্না লায়না খোঙ কোনশিল্লগা খুদোন্না থিনববু কুঞ্চিত; খোঙ তিংথোক্লগা খুনিংনা থিনববু অঞ্চিত; মহৌশাগুম চুম্ন খোঙ থাববুনা সমপাদ; মদুদগী খুনিং কাংখৎ খোংদোন্না লেপ্লবুনা অগ্রতলসঞ্চর অমসুং মদুদগী খুনিং নেৎথবকপবুনা উদ্ঘট্টিত হায়না খঙনগনি।

ভবত নাট্য শাস্ত্রগী চারি অধ্যায় হায়না খঙনবা তরামাথোইশুবা অধ্যায়গী তরামঙা, তরাতরুক অমসুং তরাতরেৎশুবা শ্লোক অহুম্না মথংশিংনা স্তিভাবর্তা, শকটাস্যা অমসুং অধ্যর্ধিকা হায়বা ভৌমি চারি অহুম্বু মশক তাকই। অদুগা কুনমাথোই অমসুং কুন্নিথোইশুবা শ্লোক অনিনা মথংশিংনা বদ্ধা চারি অমসুং উরূদ্বৃত্তা চারি অনিবু মশক তাকই। অদুগা কুনতরুকশুবা শ্লোক্কী অহানবা তংখায়না স্যন্দিতা চারিবু মশক তাক্লম্মী। হায়রিবা ভৌমি চারি তরুক অসিবু মাগী মাগী শ্লোক্কা কোন্না মখাদা থন্নী। মদুদা স্থিতাবর্তা চারিবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ–

**ভূমিঘৃষ্টেন পাদেন কৃত্বাভ্যন্তরমণ্ডলম্।**

**পুনরুৎসরয়েদন্যং স্থিতাবর্তাতুসাস্মৃতা।।**

খোঙ নামনা লৈমায়দা শিত্তুনা (ভূমিঘৃষ্টেন পাদেন) পুশিল্লক্লগা (কৃত্বাভ্যন্তরমণ্ডলম) অমুক ফুক্কুনা খোঙফম অমা থাংববু

(পুনরুৎসরয়েদন্যং) স্থিতাবর্তা চারি হায়না খঙনৈ (স্থিতাবর্তাতুসাম্মৃতা)। মথং শকটাস্যা চারিবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ–

**নিষণ্নাঙ্গস্তু চরনং প্রসার্য তলসঞ্চরম্।**

**উদ্বাহিতমুরঃ কৃত্বা শকটাস্যাং প্রয়োজয়েৎ॥**

হকচাং তিংলপ (নিষণ্নাঙ্গস্তু), থবাক লোংলপ (উদ্বাহিতমুরঃ কৃত্বা) খোঙদোন্না তাহন খোঙফম অমা থাংদুনা (চরণং প্রসার্যতলসঞ্চরম) শকটাস্যাবু পাংথোকই (শকটাস্যাং প্রয়োজেযেৎ)। মথং অধ্যর্ধিকা চাবিবু মখাগী অসুম্না ফোংদোক্লম্মী ঃ–

**সব্যস্য পৃষ্ঠতো বামশ্চরণস্তু য়দা ভবেৎ।**

**তস্যোপসর্পণং চৈব জ্ঞেয়া সাধ্যর্ধিকা বুধৈঃ॥**

লেপ্লিবা খোঙ নামগী খোঙনমদা (সব্যস্য পৃষ্ঠতো) অতোপ্পা খোঙ নামগী খোঙনম পুশিল্লক্লনা (বামশ্চবণস্তু য়দা ভবেৎ) নপ্লবপ থাবকপবু (তস্যোপসর্পণং চৈব) অধ্যর্ধিকা হায়না খঙনৈ অতৈবশিংনা (জ্ঞেয সাধ্যর্ধিকা বুধৈঃ)। খোঙ কাবন চন্দুনা খোঙনম অনি নপ্লবপ থম্নবা খোঙথাংববুনি শ্লোকসিনা তাক্লীবসি। মথং বদ্ধা চারিবু মখাগী অসুম্না মশক তাক্লকই ঃ–

**অন্যোন্য জঙ্ঘা সংবেধাৎ কৃত্বাতু স্বস্তিকং ততঃ।**

**উরুভ্যাং বলনং য়স্মাৎ সা বদ্ধা চার্য্যুদাহৃতা॥**

খুবোম অনি কাবন চন্নহন্দুনা (অন্যোন্য জঙ্ঘা সংবেধাৎ) স্বস্তিকগী মওংদা থম্নগা (কৃত্বাতু সস্তিকং ততঃ) ফৈ অনিমক নম্লবদি (উরুভ্যাং বলনং য়স্মাৎ) মদুবু বদ্ধা চারি হায়না খঙনৈ। (সা বদ্ধা চার্য্যুদাহৃতা)। মওং অসি তাননবা খোঙ নামানা থাংলকপা খোঙথাং ওইগনি; মরমদি চারি হায়বসিনা মতম পুম্নমক্তা খোঙনামতগী খোঙথাং অমত্তংবু খঙহল্লি। মথং উরূদ্বৃত্তা চারিগী মশকপু মখাগী অসুম্না তাক্লকই ঃ–

**তলসঞ্চর পাদস্য পার্ষ্ণির্বাহ্যোন্মুখী য়দা।**
**জঙ্ঘাঞ্চিতা তথোদ্বৃত্তা উরূদ্বৃত্তেতি সা স্মৃতা।।**

খোঙদোলনা থাবা খোঙফমদা (তলসঞ্চর পাদস্য) খুনিং মপাল থোক্লা (পার্ষ্ণির্বাহ্যোন্মুখী য়দা) খুবোম তিংনা লৈথোক্লুনা থম্ববু (জঙ্ঘাঞ্চিতা তথোদ্বৃত্তা) উরূদ্বৃত্তা চারি হায়না খঙনৈ (উরূদ্বৃত্তেতি স্মৃতা)। মাংদা খোঙ ফৈনা খুবোম খুনিং মপাল থোক্লা থাবা খোঙফম্বুনি শ্লোক অসিনা তাক্লীবসি। মথং স্যন্দিতা চারিগী মশকপু মখাগী অসুম্না তাক্লম্মী।

**পঞ্চতালান্তরং পাদং প্রসার্য স্যন্দিতাংন্যসেৎ।**

খুদোল মঙামুক্তগী লমদা খোঙফম অমা নাক্তা থাংদোকপবু স্যন্দিতা চারি হায়না খঙনৈ।

মাংদা তালগী মিৎয়েংদগী মপুম ফাবা মতাং তরামরি থোক্লা কায়থদুনা নৈনখ্রবা তালগী মিহুল পুংলোনশিংদা মথক্কী খোঙফম মঙা অমসুং ভৌমি চারি তরুক অসিনা থাদুনা নত্রগা থাংদুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোইবু শারকপগী মশক অমা মখাদা মিহুল পুংলোনশিংগা খোঙফমগা কোন্না কোন্ননা থমদুনা উৎলি। লোয়ন-লোয়ননা হঙ্গৎনা য়েংনিংলকপদা খুদক্তা থুনা ময়েক শেংনা উৎননবা, খোঙফম অমসুং খোঙথাংশিং অসিবু শম্না তাক্লুনা মখাদা অমুক হন্না থম্লী।

| **খোঙফম্ (পঞ্চপাদ)** | **খোঙথাং (চারি)** |
|---|---|
| কুঞ্চিত = খোঙদোলনা থিম্বা। | বদ্ধা চারি = খুবোমগী কারন। |
| অঞ্চিত = খুনিংনা থিম্বা। | অধ্যর্ধিকা = খোঙগী কারন। |
| সম = খোঙ অনি মান্ননা থাবা। | শকটাস্যা = মাংদা থাংবা খোঙফম। |
| অগ্রতলসঞ্চর = খুনিং কাংখৎপা। | উরূদ্বৃত্তা = মাংদা ফৈনা থাংবা খোঙফম। |
| উদ্ঘট্টিত = খুনিং নেৎথবা। | স্থিতাবর্তা = শিৎচিল্লক্লগা মাংদা থাংবা খোঙফম। |
| | স্যন্দিতা = নাক্তা থাংবা খোঙফম। |

## ভঙ্গী পরেং অচৌবগী পুংলোন্দা খোঙফম অহানবা মতাং

১। তালগী য়েৎকী শরুক; মিহুল (কলা) তবেৎ। খুৎফম যেৎকী যুগল রূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্নগব = যেৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভাবি যেত্তা।

ধিন_ = ওইগী কুঞ্চিত, যেৎকী খোঙমিৎ মপাদা। ফৈ নমগনি।

ধিন_ = হকচাং ফুক্কৎকনি।

ধেন_ = ওইগী স্যান্দিতা চাবি।

তা _ = হকচাং ভাবি ওইদা শিনগনি।

ধিন_ = যেৎকী অধ্যর্ধিকা চাবি।

থেন_ = ওইগী অগ্রতলসঞ্চব। হকচাং ফুক্কৎনি।

২। তালগী ওইগী শরুক; মিহুল তবেৎ। খুৎফম ওইগী যুগল রূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিন তা = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভাবি ওইদা

তেন_ = ওইগী কুঞ্চিত, ওইগী খোঙমিৎ মপাদা। ফৈ নমগনি।

তা _ = হকচাং ফুক্কৎকনি।

তেন_ = যেৎকী স্যান্দিতা চাবি।

তা _ = হকচাং ভাবি যেত্তা শিনগনি।

তুক_ = ওইগী অধ্যর্ধিকা চাবি।

খিৎ_ = যেৎকী অগ্রতলসঞ্চব। হকচাং ফুক্কৎকনি।

৩। খাযননবা ইঙ্গিৎকী যেৎকী শরুক; মিহুল তবেৎ। খুৎফম য়েৎকী যুগল রূপ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম ১গীগা মান্নৈ। অবোযবা মিহুলগী পুংলোন খেন্নবতনি।

৪। খায়ননবা ইঙ্গিংকী ওইগী শরুক; মিহুল তরেৎ। খুৎফম অচম্বা ফিবেপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিৎ তা = ওইগী উদ্ঘট্টিত।

ধে _ = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ।

খ্র খ্র খ্র খ্র = মাগুপ পবিং অকোয়বদা মায ওন্দুনা খোঙ কুপথাংনা চৎলি

খ্র খ্র খ্র খ্র = ”

খ্র খ্র খ্র খ্র = ”

খ্র খ্র খ্র খ্র = ”

খ্র খ্র খ্র খ্র = ”

৫। অখাযবগী যেৎকী শকক; মিহুল তবেৎ। খুৎফম যেৎকী শবণাগত।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খব খব = যেৎকী শকটাস্য চাবি।

তা _ = হকচাং ভাবি যেৎতা থম্মী। ফৈ নম্মী।

তা _ = হকচাং ফুক্কৎলি।

তেন = ওইগী শকটাস্য চাবি।

তা _ = হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি। ফৈ নম্মী।

তা খিত্তা = যেৎ পুশিন্দুনা সমপাদ অদুগা অগ্রতলসঞ্চব।

থেন = যেৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভাবি য়েত্তা থম্মী। ফৈ নম্মী।

৬। অখাযবগী ওইগী শকক; মিহুল তবেৎ। খুৎফম উপলৈ অনিবক।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিন ধিন = ওইগী উব্দদ্বৃত্তা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি।

থেন = হকচাং উপলৈ; য়েং পুশিন্দুনা সমপাদ, অদগা অনিগী অগ্রতল সঞ্চর।

ধিন = য়েংকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা থম্মী। ফৈ নম্মী।

তেন = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তা = হকচাং উপলৈ; য়েংকী শকটাস্য চারি। ভারি য়েত্তা।

তাং = ওইদা হকচাং ভারি শিল্লগা য়েংকী খুউ লৈতানা ফম্মী।

খিং = হৌগংকনি।

## অনিশুবা মতাং

১। তালগী য়েংকী শকক; মিহুল তরেং। খুংফম অচম্বা ফিরেপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খব খর = য়েংকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

তেন = ওইগী বদ্ধা চারি। ফৈ নম্মী।

তক = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

খিং = য়েংকী স্যান্দিতা চারি। ফৈ নম্মী।

তা = ওই পুশিন্দুনা সম পাদ।

তেন = খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চব।

তক = য়েংকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা।

২। তালগী ওইগী শরুক; মিহুল তবেং। খুংফম অচম্বা ফিরেপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিংতা = ওইগী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

তেন = য়েংকী বদ্ধা চারি।

তক = য়েংকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা।

খ্র খ্র = ওইগী স্যান্দিতা চারি।

খ্রাং_ = য়েৎ পুশিল্লক্কুনা সম পাদ।

_ _ = হকচাংগী ভারি য়েত্তা।

খিৎ_ = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

৩। দ্বিগুণগী য়েৎকী শরুক; মিহুল তরামরি। খুৎফম রাধা রূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্নগর = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি।

ধিন_ = হকচাংগী ভারি য়েৎতা শিনবা।

ধিন_ = য়েৎকী ফৈ নম্বগা লোইননা ওইগী বদ্ধা চাবি।

ধেন_ = হকচাং ভারি ওইদা শিনবা, হকচাং ফুক্কৎপা।

তা_ = য়েৎকী স্যান্দতা চারি।

ধিন_ = হকচাং ভাবি য়েৎতা শিনবা।

ধিন_ = য়েৎকী ফৈ নম্বগা লোইননা ওইগী বদ্ধা চারি।

ধেন_ = হকচাং ভারী ওইদা শিনবা, হকচাং ফুক্কৎপা।

তা_ = খোঙ য়েৎকী স্যান্দিতা চারি।

ধিন_ = হকচাং ভাবি য়েত্তা শিনবা।

ধিন_ = য়েৎকী ফৈ নম্বগা লোইননা ওইগী বদ্ধা চারি।

ধেন_ = হকচাং ভারি ওইদা শিনবা, হকচাং ফুক্কৎপা।

তা_ = য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি।

ধেন_ = হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা লৈথোকপা।

৪। দ্বিগুণ ওইগী শরুক, মিহুল তরামরি। খুৎফম রাধা রূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্নগর = ওইগী স্যান্দিতা চারি।

ধিন_ = হকচাং ভারি ওইদা শিনবা।

ধিন_ = ওইগী ফৈ নম্বগা লোইননা য়েৎকী বদ্ধা চারি।

ধেন_ = হকচাং ভারি য়েত্তা শিনবগা লোইননা হকচাং ফুক্কৎপা।

তা _ = ওইগী স্যান্দিতা চারি।

ধিন_ = হকচাং ভারি ওইদা শিনবা।

ধিন_ = ওইগী ফৈ নম্বগা লোইননা য়েৎকী বদ্ধা চারি।

ধেন_ = হকচাং ভারি য়েত্তা শিনবগা লোইননা হকচাং ফুক্কৎপা।

তা _ = খোঙ ওইগী স্যান্দিতা চারি।

ধিন_ = হকচাং ভারি ওইদা শিনবা।

ধিন_ = ওইগী ফৈ নম্বগা লোইননা য়েৎকী বদ্ধা চারি।

ধেন_ = হকচাং ভারি য়েত্তা শিনবগা লোইননা হকচাং ফুক্কৎপা।

তা _ = খোঙ ওইগী উরূদ্বৃতা চারি।

ধেন_ = হকচাং মাগুপ মনুংলোমদা লৈশিনবা।।

৫। খায়ননবা ইঙ্গিৎকী য়েৎকী শরুক মিহুল তরেৎ। খুৎফম য়েৎকী শরণাগত।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্নগর = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিনবা।

ধেন_ = ওইগী বদ্ধা চারি।

তা _ = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি ওইদা শিনবা।

ধেন_ = খোঙ য়েৎকী স্যান্দিতা চারি।

তা _ = খোঙ ওই পুশিন্দুনা সমপাদা।

থিৎ_ = খোঙ য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি।

তা _ = হকচাং মাগুপ মপালোমদা লৈথোক্কনি।

৬। খায়নববা ঈঙ্গিৎ, ওইগী শরুক মিহুল তরেৎ। খুৎফম উপলৈ অনিরক।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তক গীন = খোঙ ওইগী স্যন্দিতা চারি হকচাং ভারি ওইদা।

ধেন = খোঙ য়েৎকী বদ্ধা চারি।

তা = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা শিনবা।

ধেন = খোঙ ওইগী স্যন্দিতা চারি।

তা = খোঙ য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ।

খিৎ = খোঙ ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি।

তা = হকচাং লৈশিনবা মাগুপ মকোয়গী পরিংদা।।

৭। অখায়বগী য়েৎকী শরুক; মিহুল তরেৎ। খুৎফম য়েৎকী শরণাগত। মাগুপ অকোইবগী পরিংদা চৎতুনা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তক গীন = শকটাস্যা চারি।

ধেন = হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি। ফৈ নম্মী।

তা = হকচাং ফুক্কৎলি।

ধেন = ওইগী শকটাস্যা চারি।

তা = হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি; ফৈ নম্মী।

তা খিত্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ। অনিমক্কী অগ্রতলসঞ্চর।

থেন = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত; ফৈ নম্মী।

৮। অখায়বগী ওইগী শরুক; মিহুল তরেৎ। খুৎফম উপলৈ অনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিন ধিন = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি।

থেন = হকচাং উপলৈ। য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ; অনিগী অগ্রতলসঞ্চর।

ধিন = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। ফৈ নম্মী।

তেন = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি।

তা = হকচা-উপলৈ; য়েৎকী শকটাস্যা চারি।

তাং = ওইদা হকচাং ভারি শিল্লগা য়েৎকী খুউ লৈতানা ফম্মী। মাগুপ ময়োল্লমদা ওনশিন্না।

থ্রিং = হৌগৎলি।

**অহুমশুবা মতাং**

মতাংসিগী তাল, দ্বিগুণ, খাযননবা ইঙ্গিৎ, অমসুং অখাযবনচিংবগী য়েৎকী ওইগী শরুক খুদিংদা, মিহুলশিংগী পুংলোন্দা খজিক খবাক খেন্নবা যাওজববসু খোঙফমচিংবা পুম্নমক অনিশুবা মতাংগীগা লোযনা মান্নৈ। সুপ্নতগী তাল অমসুং দ্বিগুণগী শরুক্তা খুৎফম্না শ্রীকৃষ্ণ রূপ শাবদনি। অদুগা অখাযবগী অবোইবদা উপলৈ অনিবক লৈবগা ফমথররোয়। মদুগী মহুত্তা অবোইবা মিহুল পুংলোন্দা ওইগী শকটাস্যা চাবিগী খোঙফম অমা থাংগনি।

**মরিশুবা মতাং**

১। তালগী য়েৎকী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি।

মাগুপ অকোয়বগী পরিংদা ওন্দুনা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খ্র খ্র খ্র খ্র = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভাবি য়েত্তা।

তক গীন = ওইগী বদ্ধা চারি। ফৈ নম্মী।

ধিন_ = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

ধেন তা = হকচাং ফুক্কৎলি।

ধে_ = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

তক ত্রেং = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

থিৎ_ = য়েৎকী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

২। তালগী ওইগী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খ্র খ্র খ্র খ্র = ওইগী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভারি ওইদা।

তক গীন = যেৎকী বদ্ধা চাবি। ফৈ নম্মী।

ধিন_ - যেৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভাবি যেত্ত শিল্লি।

ধেন তা = হকচাং ফুক্কৎলি।

ধেন = ওইগী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি।

তক ত্রেং - যেৎ পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভাবি য়েত্তা শিল্লি।

খিৎ_ = ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি।

অনুরা পুংলোন অাস লোইশিনবগী ইঙ্গিত্তা ওইগী শকক্কী অবোইবা মহুল আনসিগী পুংলোন্না, তক_ অমসুং ধিন_ হায়না শিল্লি।

৩। খায়ননবা ইঙ্গৎকী যেৎকী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম লোংলৈ।

মাগুপ মযোনবোমদা ওর্নাশিল্লগা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্ন গর = যেৎকী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি য়েত্তা।

ধিন_ = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ চারি। ফৈ নম্মী।

ধেন_ = হকচাং ফুকৎলি। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি।

তা তা = য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

খিৎ তা = হকচাং ফুক্কৎলি। য়েৎ ওইননা লৈবা হৌই।

তেন = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিন্ন য়েৎ ওইননা লৈরি।

তা _ = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

৪। খায়ননবা ইঙ্গিৎকী ওইগী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম লোংলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তক গীন = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

ধিন _ = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

ধেন _ = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তা তা = য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। ফৈ নম্মী। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

খিৎ তা = হকচাং ফুক্কৎলি। হকচাং য়েৎ ওইননা লৈবা হৌই।

তেন _ = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং য়েৎ ওইননা লৈশিল্লি।

তক _ = য়েৎকী কুঞ্চিত।

৫। অখায়বগী য়েৎকী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম সমর্পণ।

মাঙুপ অকোয়বগী পরিংদা ওল্লগা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তক _ = য়েৎকী শকটাস্যা চারি।

তেন _ = হকচাং ভারি য়েত্তা। ফৈ নম্মী।

তা _ = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ফুক্কৎলি।

তক _ = হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তক_ = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ।

তাং_ = ফমথৈ।

ধিন_ = হৌগলি।

৬। অখায়বগী ওইগী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্ন গর = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা.

ধেন তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, অদুগা অনিগী অগ্রতলসঞ্চর।

ধে_ = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

তা তা = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চাবি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

ধে_ = হকচাং উপলৈ, যেৎকী শকটাস্যা চারি। ভারি য়েত্তা শিল্লি।

তক ত্রেং = ওইগী কুঞ্চিত।

খিৎ_ = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্লি।

## মণ্ডাশুবা মতাং

১। তালগী য়েৎকী শরুক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম মরিশুবা মতাংগা মান্নে।

২। তালগী ওইগী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম মরিশুবা মতাংগা মান্নে।

৩। খায়নববা ইঙ্গিৎকী য়েৎকী শরুক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম পুষ্পাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্ন গর = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

ধিন_ = ওইগী বদ্ধা চারি।

ধে = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তকগীন তত = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

গীন তা = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ।

তেন = অনিগী অগ্রতলসঞ্চর।

তা = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

৪। খায়ননবা ইঙ্গিৎকী ওইগী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম পুষ্পাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তকগীন = ওইগী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

ধিন = য়েৎকী বদ্ধা চারি।

ধে = য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

তকগীন তত = ওইগী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

গীনতা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ।

তেন = অনিমক্কী অগ্রতলসঞ্চর।

তা = ওইগী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি ওইদা।

৫। অখায়বগী য়েৎকী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম লোংলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তক = য়েৎকী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

তেন = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তা = য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা শিল্লি।

তক = হকচাং লোংলৈ লৈশিল্লি।

তক = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তাং = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফমথৈ।

ধিন = হৌগৎলি।

৬। অখাযবগী ওইগী শরুক, মিহুল তরেৎ। খুৎফম উপলৈ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম মবিশুবা মতাংগীগা চপ মান্নে।

**তরুকশুবা মতাং**

১। তালগী য়েৎকী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম পুন্নমক মরিশুবা মতাংগীগা মান্নে।

২। তালগী ওইগী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম পুন্নমক মবিশুবা মতাংগীগা মান্নে। অনুব্রা পুংলোন লোইবগী ইঙ্গিত্তা ওইগী অনিশুবা পাদগী পুংলোন্দা খিৎ খ্র খ্র তেন হাযদুনা হোংবদনি।

৩। তালগী যেৎকী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম শ্রদ্ধাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খব খব = যেৎকী স্যন্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি যেত্তা।

তেন = ওইগী বদ্ধা চাবি।

তা = ওইগী উদ্ঘট্রিত। হকচাং ভাবি ওইদা শিল্পি।

থেন = হকচাং ফুক্কৎলি।

— — - য়েৎকী স্যন্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি যেত্তা।

ধিন - ওইগী কুঞ্চিত। ফৈ নম্মী।

— — - হকচাং ফুক্কৎলি।

৪। তালগী ওইগী শকক, মিহুল তবেৎ। খুৎফম উপলৈ।

মিহুল পুংলোন - খোঙফম

গীন্ন গব = ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

ধেন তা = যেৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, অনিগী অগ্রতলসঞ্চব।

ধেন = য়েৎকী উদ্ঘট্রিত। হকচাং ভাবি যেত্তা।

তা তা = ওইগী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

ধে _ = হকচাং উপলৈ, য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ভারি য়েত্তা।

— — = ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

খর খর = অনিগী অগ্রতলসঞ্চর ওইগী উদ্ঘট্টিত; হকচাং ভারি ওইদা থম্মী।

## তরেৎশুবা মতাং

১। দ্বিগুণগী য়েৎকী শরুক, মিহুল তরামরি। খুৎফম চন্দ্রা হেকপী।

মাগুপ অকোয়বগী পরিংদা চত্তুনা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তকগীন ধেন্তা = য়েৎকী শকটাস্যা চারি; ভারি য়েত্তা। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ; ভারি ওইদা।

তক খ্র খ্র = য়েৎকী শকটাস্যা চারি; ভারি য়েত্তা। ওইগী স্থিতাবর্তা চারি; ভারি ওইদা

মথক্কী মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফমশিং অসিনা হন্ন-হন্না হপ্পিনগনি অরোইবা মিহুল অনিদং নত্তনা। অরোইবা মিহুল অনি মখাদা থন্নী।

তকখিৎ থেন্তা = য়েৎকী শকটাস্যা চারি, ভারি য়েত্তা। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ; ভারি ওই।

থেন খর খর = অনিগী অগ্রতলসঞ্চর মাগুপ ময়োল্লোমদা ওনশিনবা। য়েৎকী উদ্ঘট্টিত; ভারি য়েত্তা।

২। দ্বিগুণগী ওইগী শরুক, মিহুল তরামরি। খুৎফম লশিং কাপ্পী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিন ধেন্তা = ওইগী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

ধিন গীন্নগর = য়েংকী অঞ্চিত ওইগী খুনিং মপাদা। ভারি য়েত্তা শিল্লি।

ধিন থেন্তা = ওইগী স্যান্দিতা চারি, য়েৎ নেংথৈ। ভারি ওইদা শিল্লি।

থেন গীন্নগর = য়েংকী অঞ্চিত ওইগী খুনিং মপাদা। ভারি য়েত্তা শিল্লি।

ধিন ধেন্তা = ওইগী স্যান্দিতা চারি, য়েৎ নেংথৈ। ভারি ওইদা শিল্লি।

অসুম্না মথং মথং হঞ্জিল হঞ্জিল পাদগী মিহুল খুদিং চত্থগনি। অরোইবা ধ্রুবগী মিহুল অনিগী পুংলোন্দা মখাগী অসুম্না খোঙফম হোংই।

ধিন ধিন্তাতা = ওইগী স্যান্দিতা চারি, য়েৎ নেংথৈ। ভারি ওইদা।

তাং খিৎগীন্নগর = যেৎপুশিন্দুনা সমপাদ, ভাবি য়েত্তা। ওইনা শকটাস্যা চাবি। ভাবি ওইদা শিল্লি।

## নিপালশুবা মতাং

১। চৌগুণগী য়েংকী অহানবা পাদ; মিহুল নিপাল। খুৎফম, খুজেং লৈবী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েংকী উদ্ঘট্টিত। ওইগী স্যান্দিতা চারি; ভারি ওইদা।

ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর = য়েংকী কুঞ্চিত অদুগা সান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = ওইগী কুঞ্চিত অদুগা স্যান্দিতা চারি। ভারি ওইদা।

ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগর = য়েৎকী শকটাস্যা চারি অদুগা ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধেন্তাধে তাতা = য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ।

খিত্তাথেন ধিনখ্রখ্র = ফমথৈ।

তাতাতা খিৎথেন্তা = খুউ অনিমক তানা খুরুম্মী।

ধেধেধে তাধেধে = খুরুম্মগা হৌগৎলি।

২। চৌগুণ য়েৎকী অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম চম্প্রা ওকপী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা = ওইগী কুঞ্চিত। তুংলোমদা ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

তকগীন্নগব ধিনধেন্ত = য়েৎকী কুঞ্চিত। তুংলোমদা য়েৎকী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি য়েত্ত।

ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা = ওইগী কুঞ্চিত। তুংলোমদা ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

তকগীন্নগব ধিনধেন্তা = য়েৎকী কুঞ্চিত। য়েৎকী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি য়েত্তা।

ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা = ওইগী কুঞ্চিতা। ওইগী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

ধেন্ত্রগীন তাথেন্তা = য়েৎকী কুঞ্চিত। য়েৎকী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি য়েত্তা।

ধেন্ত্রগীন তাতাতা = ওইগী কুঞ্চিত। ওইগী স্যান্দিতা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

তাং খিৎগীন্নগর = য়েৎকী বদ্ধা চারি। হকচাং ভাবি য়েৎ অদুগা ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

৩। চৌগুণ যেৎকী অত্থমগুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম চম্প্রা খায়বী, চম্প্রা ওকপী অমসুং অথাবা।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = অহানবা পাদগীগা মান্নে।

ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব = অহানবা পাদগীগা মান্নে।

ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = অহানবা পাদগীগা মান্নে।

ধিনধেন্তা ধেনগীন্নগব = যেৎকী কুঞ্চিত। যেৎকী স্যান্দিতা চাবি।

ধেন্তাধে তাতা - ওইগী কুঞ্চিত। ওইগী স্যান্দিতা চাবি।

খিত্তাখেন ধিনখবখব = যেৎকী বদ্ধা চাবি, ভাবি যেত্তা। ওইদা ভাবি শিন্দুনা হকচাং ফুক্কৎলি।

তাতাতা খিৎধেন্তা - যেৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর যেৎকী উদ্ঘাট্টিত। ওইগী স্যান্দিতা চাবি হকচাং ভাবি ওইদা।

ধেধেধে তাধেধে - যেৎকী বদ্ধা চাবি। ওইগী স্যান্দিতা চাবি খুৎফম্না অথাবা।

৪। চৌগুণ যেৎকী ধ্রুব, মিহুল মবি। খুৎফম, পুষ্পাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন – খোঙফম

ধে তগীন = যেৎকী কুঞ্চিত অদুগা উরুদ্বৃত্তা চাবি।

খব খব খব খব -
খব খব খব খব =
খব খব খব খব =
} মাগুপ মপাল্লোমদা ওম্থোক্লগা খোঙ কুপথাংনা চৎকনি।

৫। চৌগুণগী ওইগী অহানবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম শ্রীরাধারূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিত্রগীন তাথেন্তা = ওইগী উরূদ্ধৃত্তা চারি। মাগুপ মনুংলোমদা হকচাং লৈশিল্লি।

তকখিত্তথেন তাথেন্তা = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা। ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি ওই।

মখাগী মিহুল পুন্নমক খোঙফম অনিসিনা হন্না হন্না শাগনি।

৬। চৌগুণ, ওইগী অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম শ্রীরাধারূপ মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম মথক্কী পরিংদা অদুম চাথরি। অরোইবা মিহুল অনিদা পুংলোন অমসুং খোঙফম হোংই। অনিদু মখাদা থল্লি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাখরখর তাথেন = খোঙফম মথক্কীগা মান্নে।

গীনগীন্তা গীনগীন্তা = মাগুপ পরিংদা ওন, য়েৎকী শকটাস্যা; ওইগী শকটাস্যা চারি হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৭। চৌগুণ, ওইগী অহুমশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

থেন খিৎখরখর = হকচাং মাগুপ ময়োল্লোমদা লৈশিল্লগা ফম্মী। হৌগৎলগা মাগুপ অকোয়গী পবিংদা মায় ওল্লি।

গীনগীন্তা গীনগীন্তা = য়েৎ অমসুং ওইগী শকটাস্যা চারি মথং মথং; হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

থেন খিৎখরখর = হকচাং মাগুপ ময়োল্লোমদা লৈশিল্লগা ফম্মী। হৌগৎলগা মাগুপ অকোয়বগী পরিংদা মায় ওল্লি।

গীনগীন্তা গীনগীন্ত = য়েৎ অমসুং ওইগী শকটাস্যা চারি মথং মথং; হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

থেন গীন্তগীন্ত = মাগুপ ময়োল্লোমদা ওনশিল্লগা ফম্মী। খোঙ য়েৎনা চক্র অমা লৈ।

থেন গীন্তগীন্ত = খোঙ য়েৎনা চক্র অমগা লৈ।

থেন খিংখরখর = খুউ লৈতানা ফম্মী।

গীনগীন্ত গীনগীন্তা = অথাবা জগোই খুৎথেক্কা লোয়নননা হৌগৎলি।

৮। চৌগুণ, ওইগী ধ্রুব পাদ, মিহুল মরি। খুৎফম পুষ্পাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

থেন তগীন = মাগুপ মপাল্লোমদা হকচাং লৈথোক্লগা চৎলি।

খর খর খর খর = } খোঙ কুপথাংনা চৎলি।
খর খর খর খর =

খর খর = হকচাং মাগুপ ময়োল্লোমদা ওনশিল্লি।

## মাপলগুবা মতাং

১। চৌগুণ, য়েৎকী অহানবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম লেংপায়বী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিত্রগীন তাথেন্তা = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি মথং ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিঞ্জিন।

তকখিত্তাথেন তাথেন্তা = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। মথং ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

মথক্কী অসুম্না পাদগী মিহুল লোইনমক চপ মান্নগনি।

২। চৌগুণ, য়েৎকী অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম লেং পায়বী। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম অহানবা পাদগা চপ মান্নে। অরোইবগী অনিদা খরা খেৎনৈ। অরোইবা মিহুল অনি মখাদা থন্নী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাখরখর তাংতাতা = খোঙফম মথক্কীগা মান্নে।

থেন ধেতাগীন্তা = মাগুপ অকোবগী পবিংদা ওন্দুনা, য়েৎকী অমসুং ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি শিল্লোন শিনজিন।

৩। চৌগুণ, য়েৎকী অহুমশুবা পাদ; মিহুল নিপাল। খুৎফম বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্তাং তাখবখব = মাগুপ মযোল্লোমদা ওনশিন্দুনা ফশ্মী। হৌগৎলগা।

থেন ধেতগীন্তা = মাগুপ অকোযবগী পাবংদা এমুক মাং ওন্দুনা। য়েৎ অমসুং ওইগী শকটাস্যা চাবি মথং মথং। হকচাং ভাবি শিল্লোন শিনজিন।

গীন্তাং তাখবখব – } মথক্কী খোঙফমশিংগা মান্নৈ মথং মথং।
থেন ধেতগীন্তা –

গীনথেন্তা তাগীন্তা - মাগুপ মযোল্লোমদা ওনশিল্লগা ফশ্মী। হৌগৎলগা।

গীনথেন্তা তাগীন্তা = য়েৎকী বদ্ধা চাবি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লগা ফুক্কৎলি।

গীন্তাং তাখরখর = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চব, য়েৎকী উদ্ঘাট্টিত। অদুগা ওইগী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

থেন ধেতাগীন্তা = য়েৎকী বদ্ধা চারি অদুগা ওইগী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৪। চৌগুণ, য়েৎকী ধ্রুব পাদ, মিহুল মরি। খুৎফম পুষ্পাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীস্তাং তগীন = য়েৎকী কুঞ্চিত অদুগা উরূদ্বৃত্তা চারি।

খরখর খরখর = হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা ওস্থোক্লগা খোঙ কুপথাংনা পুষ্পাঞ্জলি শাদুনা চৎলি।

খরখর খরখর =

তাখরখর তেস্তা =

৫। চৌগুণ, ওইগী শরুক্কী অহানবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম অর্ধগোল।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিত্রগীন তাথেস্তা = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং মাগুপ ময়োল্লোমদা লৈশিল্লি।

তাখিত্তথেন তাথেস্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি যেৎ, ওইদা শিল্লোন শির্নাজিন তৌদুনা ওই ওইননা হকচাং খজিক জজিক লৈগনি।

মথংগী মিহুল পুংলোনশিং চপ মান্নগনি। মঙাশুবা মিহুল ফাওবদা মকোয় তংখায় অমা লৈরগা অমুক হান্নগী মফম য়ৌনবা হন্দোবক্কনি। হকচাং মফম লেংদনা লৈবনি।

৬। চৌগুণ, ওইগী শরুক্কী অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম অর্ধগোল মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম মথক্কী অহানবা পাদগীগা চপ মান্নে। অরোয়বা মিহুল অনিদা পুংলোন অমসুং খোঙফম খরদং থেন্নরকই। অনিদু মখাদা থল্লী।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাখরখর তাথেন = মথক্কী খোঙফমগা মান্নে।

গীনগ্রৎ গীনগ্রেং = হকচাং মাগুপ অকোইবগী পরিংদা ওনশিন্দুনা য়েৎকী অমসুং ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৭। চৌগুণ, ওইগী অহুমশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিৎ খিৎগীন্নগর =
গীনগ্রৎ গীনগ্রেং =
খিৎ খিৎগীন্নগর =
গীনগ্রৎ গীনগ্রেং =
খিৎ গ্রৎগীন্তা =
খিৎ গ্রৎগীন্তা =

} য়েৎকী শরুক্কী অহুমশুবা পাদগী খোঙফমগা চপ মান্নে।

খিৎ খিৎগীন্নগর = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েৎকী উদ্বর্ত্তিত। ওইগী উরূদ্বৃত্তা চাবি। হকচাং ভারি ওইদা। খুৎফম্না শরণগাত।

গীনগ্রৎ গীনগ্রেং = হকচাং উপলৈ, য়েৎকী শকটাস্যা চারি। অমুক্কসু উপলৈ ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৮। চৌগুণ, ওইগী ধ্রুব পাদ, মিহুল মরি। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

খিৎ খরখর = মাগুপ ময়োল্লোমদা ওনশিল্লগা ফম্মী।

তকগীন গীন্তা =
থেন খরখর =
তকগীন গীন্তা =

} গোপী কৃষ্ণ জগোই খুথেক্কা লোয়ননা তপ্না তপ্না হৌগৎলকই।

**তন্নাশুবা মতাং**

১। চৌগুণগী য়েংকী অহানবা পাদ, মিহুল নিপান। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

থেন খর খর = য়েংকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

তগীন গীন্তা = ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

অসুম্না মখাগী মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম লোয়নমক মথং মথং মান্ননা চত্থগনি।

২। চৌগুণ, য়েংকী অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম পুন্নমক অহানবা পাদগা মান্নে।

৩। চৌগুণ, য়েংকী অহুমশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ, লোংলৈ উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তগীন গীন্তা =
তগীন গীন্তা = মথক্কী পরিংদা মখা অদুম চত্থগনি।
তধেন গীন্নগব = খোঙলোন খুৎলোন চপ মান্নে।
ধেন গীন্নগর =

গীন্তাং খিত্তা = য়েংকী স্যান্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

গীন্তা তেন্তা = য়েংকী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা।

তেন্তা খিত্তা = হকচাং লোংলৈ, শকটাস্যা চারি। য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

তক খরখর = ওইগী শকটাস্যা চারি। ফৈ নম্মী।

৪। চৌগুণ, য়েৎকী ধ্রুব পাদ মিহুল মরি। খুৎফম উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তেন্থাং খিত্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। হকচাং ভারি য়েত্তা।

খিত্তা গীন্তা = ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

তেন্থাং খিত্তা = হকচাং উপলৈ, য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ভারি যেত্তা শিল্লি।

তকখিৎ তেন্নতেন্না = য়েৎকী খুউ লৈতা ফমথৈ। হকচাং ভাবি ওইদা।

৫। চৌগুণ ওইগী শরুক অহানবা পাদ, মিহুল নিপান। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম খুৎফম লোযনমক য়েৎকী শরুক্কী অহানবা পাদগা চপ মান্নে।

৬। চৌগুণ, ওইগী শরুক অনিশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম গোপী কৃষ্ণ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম খুৎফম লোযনমক যেৎকী শরুক্কী অনিশুবা পাদগা চপ মান্নে।

৭। চৌগুণ, ওইগী অহুমশুবা পাদ, মিহুল নিপাল। খুৎফম গোপী শ্রীকৃষ্ণ। লোংলৈ উপলৈ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম খুৎফম য়েৎকী শরুক্কী অহুমশুবা পাদগা চপ মান্নে।

৮। চৌগুণ, ওইগী ধ্রুব পাদ, মিহুল মরি। খুৎফম উপলৈ। মিহুল পুংলোন, খোঙফম খুৎফম লোয়নমক য়েৎকী শরুক্কী ধ্রুবগা চপ মান্নে। সুপ্লতগী অরোইবা মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফমদা খর খেৎনৈ মদু মখাদা থল্লি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

থেন গীন্নগব = ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

## তরামাথোইশুবা মতাং

১। ত্রিগুণ, য়েৎকী অহানবা পাদ, মিহুল তরুক। খুৎফম য়েৎকী শ্রীরাধারূপ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = য়েৎকী স্যন্দিতা চারি অদুগা ওইগী বদ্ধাচারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধিনধেন্তা ধেনগীন্নব =
ধিনধেন্তা ধিনধেন্তা = } মথক্কীগা মান্নে।
ধিনধেন্তা ধেনগীন্নব =

ধেন্তাধে-তাতা = য়েৎকী স্যন্দিতা চাবি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ অদুগা য়েৎকী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

খিত্তাধে ধিনখবখব = হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চাবি। যেৎ লৈশিন্দুনা সমপাদ অদুগা ওইগী শকটাস্যা চাবি।

২। ত্রিগুণ, য়েৎকী অনিশুবা পাদ, মিহুল তকক। খুৎফম উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ততভাং খিৎথেন্তা = যেৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চব, যেৎকী উদ্ঘট্টিত অদুগা ওইগী উরুদ্বৃত্তা চাবি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধেধেধে তাধেধে = হকচাং উপলৈ। য়েৎকী শকটাস্যা চাবি। ওইগী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধে__ তকগীন্নগব = অমুক্কা হকচাং উপলৈ। য়েৎকী শকটাস্যা চারি। অদুগা ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

গীন্তাথেন তাগীন্তা = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

তাখরখর তাথেন্তা = হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চারি। য়েৎ লৈশিন্দুনা সমপাদ অদুগা ওইগী শকটাস্যা চারি।

গীন্তাথেন তাগীন্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, অনিগী অগ্রতল-সঞ্চর, য়েৎকী উদ্ঘট্টিত, অদুগা ওইগী উরূদ্বৃত্তা। ভারি শিল্লোন শিজিন।

৩। ত্রিগুণ, যেৎকী অহুমশুবা পাদ, মিহুল তরুক। খুৎফম লোংলৈ উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাং তাগীন্নগর = হকচাং উপলৈ। যেৎকী ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

গীন্তাথেন তাগীন্তা = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

তাখরখর তাথেন্তা = হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চারি। য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ ওইগী শকটাস্যা চারি।

তগীন্তা তাথেন্তা = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েৎকী উদ্ঘট্টিত অদুগা ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

তাং তগীন্নগর = হকচাং উপলৈ। য়েৎ অমসুং ওইগী শকটাস্যা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

গীন্তাথেন তাগীন্তা = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ অদুগা য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৪। ত্রিগুণ, য়েৎকী ধ্রুব পাদ, মিহুল অহুম। খুৎফম লোংলৈ উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাখরখর তাথেন্তা = হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চারি। য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ ওইগী শকটাস্যা চারি।

গীন্তাথেন তাখরখর = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ, খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধে খিৎগীন্নগর = হকচাং উপলৈ। য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ওইগী বদ্ধা চারি হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

৫। ত্রিগুণ, ওইগী শরুক্কী অহানবা পাদ মিহুল তরুক। খুৎফম ওইগী শ্রীরাধারূপ। মিহুল পুংলোন অমসুং খোঙফম য়েৎকী শরুক্কী অহানবা পাদগা মান্নে।

৬। ত্রিগুণ, ওইগী শরুক অনিশুবা পাদ মিহুল তরুক। খুৎফম উপলৈ, পুষ্পাঞ্জলি, বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাতাত খিৎথেন্তা =
ধেধেধে তাধেধে =
ধে তগীন্নগর =
} য়েৎকী শরুক্কী অনিশুবা পাদগীগা মান্নে।

ধৎধেন্তা তাখিত্তা = মাগুপ অকোয়বগী পরিংদা হকচাং ওন্দুনা য়েৎকী কুঞ্চিত অদুগা য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। ভারি য়েত্তা।

ধেন-ত ধেথ্রখ্র = ওইগী কুঞ্চিত অদুগা ওইগী উদ্ঘট্টিত। ভারি ওইদা।

তাধেন্তা তখিত্তা = য়েৎকী শকটাস্যা চারি। অদুগা ওইগী অমুক হকচাং ভারি শিল্লোন শির্নাজিন।

৭। ত্রিগুণ, ওইগী অহুমশুবা পাদ, মিহুল তরুক। খুৎফম পুষ্পাঞ্জলি অমসুং বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাং তগীন্নগর = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফম্মী অদুগা অমুক হৌগৎলি।

ধৎধেন্তা তাখিত্তা = য়েৎকী কুঞ্চিত অদুগা উদ্ঘট্টিত। ভারি য়েত্তা।

ধেন-ত ধেথ্রখ্র = ওইগী কুঞ্চিত অদুগা উদ্ঘট্টিত। ভারি ওইদা।

তধেন্তা তখিত্তা = য়েৎকী শকটাস্যা চারি অদুগা ওইগী অমুক। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

তাং তগীন্নগব = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফম্মী অদুগা অমুক হৌগৎলি।

ধেধেধে তখিত্তা = য়েৎকী কুঞ্চিত অদুগা উদ্ঘট্টিত। ভারি য়েত্তা।

৮। ত্রিগুণ, ওইগী ধ্রুব পাদ মিহুল অহুম। খুৎফম বিষাদ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

ধেন-ত ধেন্ত্রধ্র = ওইগী কুঞ্চিত অদুগা উদ্ঘট্টিত। ভারি ওইদা।

তধেন্তা তাধ্রধ্র = য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ওইগী অমুক। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

খ্রাং খিৎগীন্নগর = য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফম্মী অদুগা অমুক হৌগৎলি।

## তরানিথোইগুবা মতাং

১। দ্বিগুণ, য়েৎকী শরুক মিহুল তরামরি। খুৎফম শ্রীরাধারূপ, লোংলৈ উপলৈ অমসুং শ্রীকৃষ্ণ চরণ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

১বা পাদ

ধিনধেন্ত ধিনধেন্ত = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি অদুগা ওইগী বদ্ধা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন।

ধিনধেন্ত ধেনগীন্নগর =
ধিনধেন্ত ধিনধেন্ত =
ধিনধেন্ত ধেনগীন্নর =
মথক্কীগা মান্নগনি মিহুল খুদিং।

২শুবা পাদ

ধেন্তাধে তাতা = য়েৎকী স্যান্দিতা চারি, ওই পুশিন্দুনা সমপাদ অদুগা য়েৎকী উরদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন।

খিত্তাধে ধিনগীন্নগর = হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চারি। য়েৎপু শিন্দুনা সমপাদ অদুগা ওইগী শকটাস্যা চারি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| | ততাং খিংথেস্তা | = | য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েৎকী উদ্ঘট্টিত। ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন। |
| | ধেধেধে তাধেধে | = | হকচাং উপলৈ; য়েৎকী শকটাস্যা চারি। ওইগী উরূদ্বৃত্তা চাবি। ভারি শিল্লোন শিনজিন। |
| তশুবা পাদ | ধে তাগীন্নগর | = | হকচাং উপলৈ; য়েৎকী শকটাস্যা চাবি। ওইগী শকটাস্যা চাবি অমুক হকচাং ভাবি শিল্লোন শিনজিন। |
| | ধেধেধে তাতা | = | য়েৎকী স্যান্দিতা চাবি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। য়েৎকী উব্দৃতা চাবি। হকচাং ভাবি শিল্লোন শিনজিন। |
| | ধেন-ত ধেখবখব | = | হকচাং লোংলৈ, ওইগা শকটাস্যা চাবি। অদুগা য়েৎকী সমপাদ, ওইগা শকটাস্যা চারি। হকচাং ভাবি শিল্লোন শিনজিন। |
| | ততাং তত | | য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফম্মী। হৌগৎলগা ওইগী স্যন্দিতা চাবি। হকচাং ভারি ওইদা। |
| | তেন-ত তগীন্নগর | = | য়েৎকী অধ্যর্ধিকা চাবি, ফৈ নম্মী। হকচাং ভারি য়েত্তগী ওইদা শিন্দুনা হকচাং ফুক্কৎলি। |
| ধ্রুব পাদ | ধেধেধে তাতা | = | য়েৎকী স্যান্দিতা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ অদুগা য়েৎকী উরূদ্বৃত্তা। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন। |

২। দ্বিগুণ ওইগী শরুক মিহুল তরামরি। খুৎফম কৃষ্ণচরণ, চন্দ্রা ওকপী, উপলৈ, চক্র লৈবী অমসুং অথাবা।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১বা পাদ | ধেন-ত ধেখরখর | = | হকচাং লোংলৈ। ওইগী শকটাস্যা চারি অদুগা য়েৎকী সমপাদ ওইগী শকটাস্যা চারি। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন। |
| | ততভাং -তত | = | য়েৎ পুশিন্দুনা সমপাদদা ফম্মী। হৌগৎলগা ওইগী স্যন্দিতা চারি। ভারি ওইদা। |
| | তেন-ত তগীন্নগর | = | য়েৎকী অধ্যর্ধিকা চারি। হকচাং ফুক্কৎলগা য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। ভারি য়েত্তা। |
| | ততভাং -তত | = | ওইগী কুঞ্চিত অদুগা ওইগী স্যন্দিতা চারি। ভারি ওইদা। |
| ২শুবা পাদ | তেন-ত তগীন্নগর | = | য়েৎকী কুঞ্চিত অদুগা য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। ভারি য়েত্তা। |
| | ততভাং -তত | = | ওইগী কুঞ্চিত, ওইগী স্যন্দিতা চারি। ভারি ওইদা। |
| | তেন-ত তগীন্নগর | = | য়েৎকী কুঞ্চিত, য়েৎকী স্যন্দিতা চারি। ভারি য়েত্তা। |
| | ততভাং তত্র | = | ওইগী কুঞ্চিত, ওইগী স্যন্দিতা চারি। ভারি ওইদা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩শুবা পাদ | খ্রাং তগীন্নগর | = | য়েংকী বদ্ধা চারি, ফৈ নম্মী। হকচাং ফুক্কংলি। |
| | ধেনতাধে তাতা | = | য়েং পুশিন্দুনা সমপাদ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর, য়েংকী উদ্ঘট্টিত। ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। ভারি শিল্লোন শিনজিন। |
| | খিংতাধে ধিনখরখর | = | হকচাং উপলৈ। য়েংকী শকটাস্যা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদদা ফমথৈ। |
| | তাতাতা খিংথেন্তা | = | য়েংনা চক্র লৈ। ওইগী খুড লৈবাক্তা তায়। |
| ধ্রুব পাদ | ধেধেধে তাধেধে | = | ফম্না ফম্না অথাবগী খুংথেক্লা |
| | ধে | = | থায়।। |

## তরাহমদোইশুবা মতাং

১। দ্বিগুণ, য়েংকী শরুক মিহুল তরামরি। খুংফম য়েংকী গোপী কৃষ্ণ, শ্রদ্ধাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১শুবা পাদ | খিং তা | = | তপ্না তপ্না হৌগংলকপা। |
| | তেন তত্রেং | = | |
| | খিং তা | = | য়েংকী স্যন্দিতা চারি। হকচাং ভারি য়েত্তা। |
| | তেন তত্রেং | = | ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি ওইদা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২শুবা পাদ | খিং তা | = | মথক্কী অনিগুম মথং মথং চখগনি। |
| | তেনতত্রেং | = | |
| | খিং তা | = | |
| | তেন তত্রেং | = | |
| ৩শুবা পাদ | খিংতা | = | মথক্কী অসিগুম মথং মথং চখগনি। |
| | তেন তত্রেং | = | |
| | খিং তেন্তা | = | |
| | তাং থ্রথ্র | = | |
| ধ্রুব পাদ | তাতেন তক | = | য়েংকী স্যান্দিতা চারি। ওই পুশিন্দুনা সমপাদ। হকচাং ভারি শিল্লোন শিনজিন। |
| | খিত্তা ধেন্তা | = | য়েংকী স্যান্দিতা চারি। ভারি য়েত্তা শিল্লি। |

২। দ্বিগুণ, ওইগী শরুক মিহুল তরামরি। খুৎফম ওইগী গোপী কৃষ্ণ, শ্রদ্ধাঞ্জলি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১বা পাদ | খিংতা | = | ওইগী বদ্ধা চারি। হকচাং ভারি ওইদা। |
| | তেন তত্রেং | = | য়েংকী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং মাগুপ মপাল্লোমদা ওনথোকই। |
| | খিং তা | = | ওইগী স্যান্দিতা চারি। ভারি ওই। |
| | তেন তত্রেং | = | য়েংকী বদ্ধা চারি। ভারি য়েং। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২শুবা পাদ | খিং তা | = | মথক্কী অনিনা মথং মথং শমথগনি। |
| | তেন তত্রেং | = | |
| | খিং তা | = | |
| | তেন তত্রেং | = | |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩শুবা পাদ | খিংতা | = | মথক্কী অনিনা মথং মথং শমথগনি। |
| | তেন তত্রেং | = | |
| | খিং তেন্তা | = | |
| | তাং খ্রখ্র | = | |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধ্রুব পাদ | তাতেন তক | = | ওইগী স্যান্দিতা চাবি। যেং পুশিন্দুনা সমপাদ ভাবি শিল্লোন শির্নজিন। |
| | খিত্তা ধেন্তা | = | ওইগী স্যান্দিতা চাবি। ভাবি ওইদা শিল্লি। |

## তরামরিশুবা মতাং

১। তালগী য়েংকী শকক মিহুল তবেং। খুংফম উপলৈ।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

| | | |
|---|---|---|
| ধিন থেন | = | য়েংকী বদ্ধা চাবি। হকচাং ভাবি যেত্তা। |
| ধিন থেন | = | ওইগী উরূদ্বৃত্তা চারি। মাগুপ অকোয়বগী পবিংদা মায় ওনগনি। |
| খিত্র গ্রধিন | = | যেং পুশিন্দুনা সমপাদ খোঙ অনিগী অগ্রতলসঞ্চর। য়েংকী উদ্বট্টিত। ভাবি যেত্তা। |

গীন্তুতেন্তা = ওইগী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

খিং = হকচাং উপলৈ তংখায় লৈ। য়েংকী শকটাস্যা চারি।

তাং গীন্নগর = ওইগী উরুদ্বৃত্তা চারি। হকচাং ভারি ওইদা।

ধে গ্রাং = হকচাং উপলৈ মপুং ফাহল্লি। য়েংকী শকটাস্যা চারি।

২। তালগী ওইগী শরুক মিহুল তরেৎ। খুৎফম শরণাগত।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

গীন্তা ধে = ওইগী বদ্ধা চাবি। ওইগী খুউ লৈতানা ফম্মী।

গ্রাং গীন্তা = অমুক চৌগৎলি।

ধে গীন্নগর = ওইগী শকটাস্যা চাবি। হকচাং ভাবি ওইদা।

ধে গ্রাং - য়েংকী বদ্ধা চাবি। যেংকী খু লৈতানা ফম্মী।

গীন্তা ধে = } ফমদুনা চালি ঘাৎ তারকপা
গ্রাং গীন্তা = } গুায়দুনা লৈগনি।
ধে গীন্নগব = }

ভঙ্গী পরেং অচৌবা মতাং অসিদা লোইরে। মখাদি চালি ঘাৎ তাগনি। চালি ঘাৎ তাবগী য়েংকী পুংলোন্দা ফম্না ফম্না চক্র অনি লৈগনি অদুগা চৌগৎলগা ওইগী পুংলোন্দা মখাগী খোঙফমসি থাংদুনা পুষ্পাঞ্জলি অমসুং অথাবা শাগনি।

মিহুল পুংলোন = খোঙফম

তাং = অনিগী অগ্রতলসঞ্চর।

তা খিং = য়েংকী উদ্ঘট্টিত, হকচাং ভারি য়েত্তা।

তত = ওইগী স্যান্দিতা চারি।

খিংতা = হকচাং ভারি ওইদা শিল্লি।

গীন ত্র = য়েংকী বদ্ধা চারি। ফৈ নম্মী।

গীন ত্র = হকচাং ফুক্কংলি।

গীন ত্র = ওইগী স্যান্দিতা চারি।

মখাদি চালিগী খুংথেক তারগনি।

---

# ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ শৈরেংশিং

সংকীর্ত্তন পরম্পরাগী ঈশৈগী স্বরশিংগী নাখৈশেংবা য়ুম্ফম অমা ময়েক তশেং তশেংনা লৈখায় তাথোকপা ঙম্মদ্রিবনা মরম ওইদুনা হৌজিক হৌজিকমক্কী ওইনদি ভঙ্গী পরেং অচৌবা অমদি অতৈ রাসনচিংবগী ঈশৈশিংবু নৈনবদা অরেপ্পা ব্রারোইশিন অমদা লাকপা ঙম্লোয়দবগী মরম কয়া লৈহল্লি। সংকীর্ত্তন পরম্পরাগী ঈশৈগী স্বরশিংগী গ্রাম অমদি রাগ পুরুষ তরুক্কী সপ্তকশিংগী মশক, মখোয়গী বাদি, সমবাদি স্বরশিং অমসুং গ্রহ, অংশনচিংবগী চপ চাবা মশক পুথোক্তুনা নৈনবগী লম্বেল্লোমদা খোঙ থাংজিন্নবা হৌনদ্রিবনা, চং চং লাওনা হিংদুনা লৈরিবা পরম্পরা অসিগী খোঙফম নামা অমা ইচাও চাওনা পুথদুনা লৈহৌবগুম তৌরি।

সংকীর্ত্তন্না দেবতাশিংগী অজা পূজানচিংবা তৌজনবা বেদিক অধারদা য়ুম্ফম ওইবা পুং-ঈশৈ অমসুং জগোইগী অপুনবা মশক অমা ওইরকপনা মাবু অনৌবা মতমগী য়াওন্না পুরকখিবা হিন্দুস্তানি সঙ্গীৎনচিংবগী নিয়মশিংগী খুদুং ইন্দুনা তরায় তরায় নৈনবনদি চপ চানা লৈখায় তাবা ঙমগদবা লৈতে। ভারত পুম্নমক্তা পুং-ঈশৈ অমসুং জগোইগী অওনবা কযাবক লাকখ্রবসু মণিপুরদদি লৈবাক নিংথৌ য়াওনা বেদগী চৎনবীশিংবু চপ চানা ঙাক্তুনা ঙসিফাওবা চথরক্লি। অনৌবা মতমগী য়াওন্দা লাকখিবা হিন্দুস্তানি সঙ্গীৎকী অনৌবা মিৎয়েং লোমদগী য়েংলক্লগা, সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ পুম্নমকপু শুদ্ধ স্বর ঙাক্তদা শকপা বিলাবল ঠাটকী ঈশৈ ঙাক্তনি হায়না হায়নরকপা মীয়াম্না তানরে। ব্রাফমসিদা ঙক্লিংঙায় করিসু লৈতে। সংকীর্ত্তন ব্যবস্থাবু মুন্না খণ্ডদবশিংনা মায়গৈ নামতগী ওইবা মীৎয়েংদগী হায়ফম থোকপা খরদং হায়নরকপদনি। মায়গৈ অনিমক্কী জ্ঞান লৈরম্লবদি ব্রাফমসি হায়নরক্লমদবসু য়ারম্মী।

লুরিবদি ভাবতবর্ষগী মতম অমগী অনৌবা য়াওনদা শেমগৎলকখিবা অনৌবা পুং-ঈশৈ অমসুং জগোইগী চৎনবীনা বৈদিক যুগতগী চৎনরকখিবা, গ্রহ অমসুং অংশনচিংবগী জ্ঞান অসিবু মতম কুইনা, চহি চা কয়া থাদোক্তুনা চৎনদনা থন্নুবনা মরম ওইদুনা ঙসিগী মীবোলনা খঙবদা খবা ব্লারপ থোকপা ব্লাফম অমা ওল্লকখিবা অসিনি। গ্রহ অমসুং অংশনচিংবগী জ্ঞান অসিবু মীবোল খরগী মমাংদগী বাদি, সমবাদিনচিংবগী ব্লাফমগা ইতোৎ তোৎশিন্ননা, নিয়ম অমত্তগী খেন্নবা মমিং-মথাশিং ওইনা লৌনবকখিবগুম তৌবি।

তশেংনমক্তি গ্রহ অমসুং অংশনচিংবগী জ্ঞান অসিদি বাদ্য যন্ত্রশিংগী লেংদবা স্ববশিংনা (অচল স্ববশিংনা) কবি অমসুং কমলনচিংবা স্বব কয়াগা লোয়ননা শেন্নবা রাগশিংগী যুম্ফম ওইবা স্ববশিংগী সপ্তকশিংবু ঈশৈ শক্লিবা মীশিংগী মফমদা ইবায লায়না শুদ্ধ স্বব ঙাক্ত ওইহন্দুনা শকচবা যাননবা তাক্লুস্বা ফজবা বেদগী উপায় অমনি।

বাদ্য যন্ত্রগী লেংদবা সপ্তক (অচল সপ্তক) অমগী ষড়জ স্ববদা খোঞ্জেলগী শুদ্ধ স্বরশিংনা মথং মথং গ্রহণ তৌবদা মা মাগী মঙা মঙাশুবা অংশদা বাদ্য যন্ত্রগী পঞ্চম স্বরবু চপ চানা শোক্লুবা ঙস্বা অরেংবা সপ্তক (চল সপ্তক) মখল তরুকপু মথং মথং পুথোকপা ঙস্মী। খোঞ্জেলগী তরেৎশুবা শুদ্ধ নিষাদ স্বরনা গ্রহণ তৌবর্দাদ মাগী অংশ স্বরদা অচল স্বরগী (বাদ্য যন্ত্রগী) পঞ্চম্বু শোক্লুবা ঙমদবনা মরম ওইদুনা মাগী সপ্তকপুদি বর্জিত ওইগনি, হায়বদি য়াওহনবা য়াবোয় হায়না নাট্য শাস্ত্রনা য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি। অদুগুস্বা গ্রহ অমসুং অংশনচিংবগী পান্বেনা পুথোক্লিবা খোঞ্জেলগী শুদ্ধ স্বর ঙাক্তগী ওইবা চল সপ্তক তরুক অসিবু বাদ্য যন্ত্রশিংগী অচল সপ্তক্তদি কবি স্বর অমসুং কমল স্বরনচিংবা খেন্নবা শ্রুতিগী স্বর কয়াদা শোকপা য়াওদুনা খেন্ন খেন্নবা রাগগী যুম্ফম তরুক ওইহল্লকই। অসিগুস্বা সপ্তক তকক অসিবু রাগ পুরুষ তকক হায়না নাট্য শাস্ত্রগী মতুংগী শাস্ত্রকারশিংনা খঙনরকখিবা

ওইগনি। ব্রাফম অসিবু ময়েক শেংহন্ননবা মখাদা ষড়জা গ্রামগী অচল স্বরদা খোঞ্জেলগী শুদ্ধ স্বরশিংগী গ্রহ অংশনচিংববু হাপ্তুনা রাগ পুরুষ তরুক্কী ওইফম থোকপা মশকপু থম্লি।

ষড়জা গ্রামগী শ্রুতিগা কোন্নবা শুদ্ধ স্বরশিং = স$_{৪}$ র$_{৩}$ গ$_{২}$ ম$_{৪}$ প$_{৪}$ ধ$_{৩}$ ন$_{২}$।

**অহানবা রাগ পুরুষ; ষড়জ গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক স র গ ম প ধ ন = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন বিলাবল ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (কঁরি কমল) স্বর তরানিথোই।

**অনিশুবা রাগ পুরুষ; রিষভ গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক = র গ ম প ধ ন স' = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন কাফি ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (কঁরি কমল) স্বর তরানিথোই।

**অহুমশুবা রাগ পুরুষ; গান্ধার গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক = গ ম প ধ ন স' র' = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন ভৈরবী ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (করি কমল) স্বর তরানিথোই।

**মরিশুবা রাগ পুরুষ; মধ্যম গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

(রাগ বসন্ত ওইবা য়াই)

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক = ম প ধ ন স' র' গ' = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন কল্যাণ ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (করি কমল) স্বর তরানিথোই।

**মঙাশুবা রাগ পুরুষ; পঞ্চম গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক = প ধ ন স' র' গ' ম' = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন খম্বাজ ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (করি কমল) স্বর তবানিথোই।

**তরুকশুবা রাগ পুরুষ; ধৈবত গ্রহ শুদ্ধ স্বর সপ্তক।**

গ্রহ স্বর ↓ অংশ স্বর ↓

খোঞ্জেলগী

শুদ্ধ সপ্তক = ধ ন স' র' গ' ম' প' = হিন্দুস্তানিগী

অচল সপ্তক = স র̲ র গ̲ গ ম ম' প ধ̲ ধ ন̲ ন অশাবরি ঠাট।

শুদ্ধ অমসুং বিকৃত (করি কমল) স্বর তরানিথোই।

মণিপুরগী সংকীর্ত্তন পরম্পরানা মীরোল কয়াদগী মথং মথং থাংথদুনা পুথরক্লিবা রাগ পুরুষ তরুক অমসুং রাগীনী কুন্থ্রাতরুক্লচিংবগী মমিং-মথাগা কোন্নবা ঈশৈগী রাগশিং ঙসি ফাওবা শরু-শোন্নরি। অদুবু অদুগুম্বা রাগ পুরুষ তরুক্লচিংববু বেদনা তাক্লিবা সপ্তক তরুক অসিগা মথং মথং থানদুনা, চপশিন্নদুনা য়েংশিনবগী তঙায়ফদবা অমদি লৈরি।

বাদ্য যন্ত্র অমগী মতেং লৌবগা শক্তি বা ঈশৈগী স্বব লিপি ইথোকপখক্তনদি খেন্ন খেন্নবা বাগশিংগী ওইফম থোকপা সপ্তকপু মশক খণ্ডোকপা ঙমগদবা লৈতে। মবমদি লেংদবা যন্ত্রগী সপ্তক অমদা খোঞ্জেলগী খেন্ন খেন্নবা, স্ববনা গ্রহণ তৌদুনা লেংহল্লিবা স্ববশিংবু যন্ত্রনা তান্ন তান্নদুনা ফাননবা হোৎনবনদি খেৎনবা সপ্তক তকক অদু চপ চানা কৈদৌঙৈ পুথোকপা ঙমগদবা লৈতে। মাযগৈসিদা মাযপুননা হোৎনগদবা থবক অমদি চাওনা পুথদুনা লৌবি। মবমদুনা হৌজিকমক্তীদি ভঙ্গী পবেং অচৌবগী ঈশৈগী বাফম্ব নৈনবদা অবেপ্পা বাবোইশিন অমা পুবকপা ঙপ্লোযদবগী ফিভমদা অসুম থমখিবা তাবি।

মতোঙ্গা মাযগৈ অমদা, ভঙ্গী পবেং অচৌবগী জগোইশিং অসি অহানবা হেক হৌদোবকপদগী হৌনা ঈশৈগা কোন্ননা শেল্লকখিবনা নত্রগা জগোইগা শেল্লগা কংলকখিবনা হাযবাসগী মতাংদসু কুপথনা থিজিন্নী-চুযি ওইবা। তশেংনমক ভঙ্গী পবেং অচৌবগী জগোইনা, মহাপ্রভুকী ভাবপু মপুংফানা ফোংদোক্লম্বা মবম্মা বাসপু শৈথাবা পদাবলী শৈবেং অমবু লৈখত্তুনা শর্কাচনবদসু ভাব প্রসঙ্গ কাযনদবনা ভক্ত বৈষ্ণব খুঁবঙা নুঙ্ঘাযবা ফংতল্লম্মগুম তৌবম্মী। মতৌ অদুম্না ভঙ্গী পবেং অচৌবগী জগোইদা বৈষ্ণব ভক্ত কবি মখল মখাগী পদাবলী শৈবেং মখল মখা কয়া মতম মতমগী ওইনা অপাম অপাম্বা শরুবকখিবগী খুদম ফজনা ফংলি। মতম মতমগা জগোই ওজাশিংগী খুৎশু লাইবিকশিংদা ভঙ্গী পবেং অচৌবগী ঈশৈনি হাযদুনা খেন্ন খেন্নবা পদাবলী শৈবেং কয়া ইশন্দুনা থম্লম্বসু থেংনৱ। লোযনা লোযননা ঙসি ঙসিমক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী আগ্রদা কচ্চাবিবা বাস লিলাশিংগী ভঙ্গী পবেং অচৌবগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা ভক্ত কবিশিংগী পদাবলী শৈবেংশিংবুসু শর্কাবি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী চহিগী মহাবাস কচ্চবদা ভঙ্গী পবেং অচৌবগী মতাংদা ঙসি ঙসিমক শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধগী কুম্ভাহুমদোইশুবা

অধ্যায়, রাস পঞ্চাধ্যায়গী অরোইবা অধ্যায় হায়না খণ্ডনবা অসিগী শ্লোকশিং ঈশৈ ওইনা শক্লরিবা অসিমক মহারাজ চুডাচান্দ সিংহগী সনা হাকতক্তগীদা চৎনরকপনি হায়না ওজাশিং কয়ানা মত পিনরি। মমাংগী মতম কয়াদগী অতৈ পদাবলী শৈরেংশিংনা মহারাসকী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাংদা শক্লরম্ববু মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহজীনা, মহাবাসকী ওইনদি রাস পঞ্চাধ্যায়গী ঈশৈসিনা হেন্না চুনৈ মসিনা ওইনা শক্লরসি হায়না লেপথোকপীদুনা চৎনরকপনি হায়না খণ্ডনরি। তশেংনমক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তগী ভঙ্গী পবেং অচৌববু ইহান হান্না শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী আগ্রদা কচ্চখিবা মতম অদুদগী রাস পঞ্চাধ্যায়গী অরোইবা অধ্যায় অসিনা শক্লবক্লম্ববু তুং তারকপা নিংথৌশিংগী মতমদা অতৈ তোঙান তোঙানবা পদাবলী শৈবেংশিংনা মহুৎ শিন্দুনা শক্লবকপদগী মহাবাজ চুড়াচান্দ সিংহগী হাকতক্তা অমুক নৌনৌননা হনাজিন্দুনা শক্লরকখিবা ওইরম্বসু ওইথোক্তবা নত্তে। মাযগৈ অসিদসু মতিক চাবা প্রমাণ যুক্তি কয়াগা কোন্ননা পুথোক্লদুনা হেন্না কুপথনা থিজিনবগী তঙায়ফদবা লৈবি।

ঙসি ঙসিমক্কী চৎনরিবা ওইনদি মহারাসকী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাংদা রাস পঞ্চাধ্যায়গী অরোয়বা অধ্যায়দগী "পাদনা" হায়বা ৱাহৈ অসিনা হৌবা শ্লোকশিংনা ঈশৈ ওইনা শক্লি। বসন্ত বাসকী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাংদনা "নাচত নাগরী" হায়বা ৱাহৈসিনা হৌবা শ্রীনবহরি দাসকী পদাবলী শৈরেংনা শক্লি। কুঞ্জরাসকী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাংদনা ভক্ত কবি শ্রীগোবিন্দ দাসকী "সুখদ রজনি" হায়বা ৱাহৈশিংনা হৌবা পদাবলী শৈরেংনা ঈশৈ ওইনা শক্লরি। নিত্য রাসকী ভঙ্গী পবেং অচৌবগী মতাংদনা শ্রীযদুনন্দন দাসকী পয়ার ছন্দদা ইবা গোবিন্দ লীলামৃত হায়বা লাইরিক্তগী লৌখৎপা পদশিংনা শেম্বা "তাথৈ য়া" হায়বা ৱাহৈনা হৌবা পদাবলী শৈরেংনা ঈশৈ ওইনা শক্লি। অদুগা দিবা রাসকী মতাংদনা ভক্ত কবি নরত্তম দাসকী "দক্ষিনেতে" হায়বা ৱাহৈনা হৌবা পদাবলী শৈরেংনাচিংবনা ঈশৈ ওইনা শকপা চৎনরি।

মথক্তা পল্লিবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ শৈরেং মঙা অসিখক্ত নত্তনা গীত গোবিন্দগী অনিশুবা স্বর্গগী "রাসে হরিমিহ" হায়বা পদশিংনা হৌবা পদাবলী শৈরেং, হুইদ্রোম ওজা ঝুলন মচানা শকপীরম্বনি হায়নবা "রাসময় বৃন্দাবন" হায়বা পদশিংনা হৌবা শৈরেং অমসুং "কিয়ে সহনিরে" হায়না হৌবা পদাবলী শৈরেংনচিংবা কয়াসু লৈখ্রি। পুম্নমকসিগী মথক্তা মতম মতমগী অহৈবা ওজা গুরুজনশিংনা রাসপু শৈথাবা পদাবলী শৈরেং কয়াদগী ফজ ফজবা পদ মতেক মতেক খোমজিল্লগা গমজিন্দুনা শরুম্বা কয়াসু লৈরম্বা য়ারি। মসিগী ফজবা খুদমসি মাইবম ওজা পুরেন শ্রীকৈফা শেলুংবগী ঈশৈনি হায়নরিবা, তাথৈয়া হায়বা পদনা হৌবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ অসিদা ময়েক লানা উরি। শৈরেংসিগী মরিশুবা পঙ্কতি, "গোপাঙ্গনা" হায়বা পদনা হৌবা অসিদগী তরেৎসুবা পঙ্কতি ফাওবসি শ্রীযদুনন্দন দাসকী গোবিন্দ লীলামৃত হায়বা লাইরিক্কী কুনহুমদোয়শুবা স্বর্গদগী লৌখৎলকপা ওইরি। অদুগা শৈরেং অসিমক্কী লোইশিল্লকপগী "মল্লার কর্ণার" হায়না হৌবা পঙ্কতিদগী "গানকরে মনোহারা" হায়বা অসিফাওবসু গোবিন্দ লীলামৃতগী কুন্নিথোইশুবা স্বর্গদগী লৌখৎলকপা ওইরি।

ভঙ্গী পরেং অচৌবগীদমক্তা রাসপু শৈথাবা পদাবলী শৈরেং কয়াগী মরক্তগী অপাম্বা অমবু লৌখত্তুনা নত্রগা পদাবলী শৈরেংশিংদগী ফজ ফজবা পদশিংবু লৌখৎলগা নৌনা অমুক লেংথোক্তুনা শকপা য়াবগী ফিভম অমদি মাংদা লৈরম্লিবা ময়ামসি নৈনবদগী ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মল্লি। তশেংনমকসু জগোইনা শৈরেংগী ব্রাহৈশিংগী অর্থবু উৎপগী মহুত্তা শৈরেংনা পীরিবা ভাব অদুমখৈ ফোংদোক্লবা হোৎনবনা অচুম্বা পাম্বে ওইবনা অমদি ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোইনা রাসকী ভাবপু মপুং ফানা ফোংদোক্লম্বনা মরম ওইদুনা রাসপু শৈথাবা ফজবা শৈরেং অমবু মাগীদমক্তা হেক্তা লৌখৎতুনা শকপদা দোষ অমত্তা লৈহল্লোইদবগী চাওরবা মরম ওইহল্লি। অদুম ওইনমক ব্রাফম অসিনা

মরন্নাই খুল্লক্তা কচ্চবা জগোই রাসশিংগীদমক্তা, কচ্চরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং অদুগী অপাম্বা অনিংবগী মখা পোনবা ৱাফম ওইহনখ্রবসু শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী আগ্রাদা কচ্চবা রাসশিংগীদমক্তা ওইনদি রাস রাসকী চপ চাবা অরেপ্পা ঈশৈ শৈরেংশিং লেপথোক্তুনা লৈহন্নিংবগী অপাম্বা অমদি থম্মোয়নুং অসিদা পোক্লি।

অশেংবমক মীরোল অসিদা ফোংদোক্লরক্লিবা জগোই রাসকী লাইরিক খরদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা মহৌশাদগী কৎচরক্লিবা, মহ রাস, কুঞ্জরাস, বসন্ত রাস অমসুং নিত্য রাসনচিংবশিং অসিগী ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মতাংদা নাচত নাগরী হায়বা পদশিংনা হৌবা ঈশৈ শৈরেং অসিমখক্তনা শক্লরম্বগী ৱাফম ওইনা ইথোক্লরকপসু থেংনরি। অদুগা করিগুম্বা লাইরিক খরদনা তোঙান তোঙানবা ভক্ত কবিশিংগী পদাবলী শৈরেংশিং লৌখত্তুনা শক্লরম্বগী ৱাফম ওইনা ফোংদোক্লবসু য়াওরি। পুম্নমক অসিদগী হেন্দোক্তুনা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই মতাংদা শক্লরম্বনি হায়নবা পদাবলী শৈরেং কয়া অমসু ওজাশিংগী লন্নায় খুৎশু খুই লাইরিকশিংদা য়াওরম্মী হায়দুনা পুথোক্লরকপসু থেংনরি। মসিদগী হেন্না মখা তনসু থিজিল্লগা পুথোক্লরকখিবসু য়ারি। অসুম্না মীরোল কয়া অমা পুথদুনা লাক্লিবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী জগোই মতাংদা শক্লদবা অমসুং শক্লরকপা ঈশৈ শৈরেংগী মরমদসু চপ চাবা অরেপ্পা ৱাখৈ অমা যুক্তী প্রমান্নচিংবা কয়াগা কোন্ননা পুথোক্তুনা লেপথোকপা ঙমদনা অদুম লৈখিবা তারি। মায়গৈসিদা থৱায় য়াওবশিংনা হেন্না কুপথনা থিজিন্নবগী লম্বেল অমা হাংদুনা লৈহৌরি।

মখাদা ভাঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ শৈরেং খরা মথং মথং থম্লি। মাংগী ওজাশিংনা ফোংনরকখিবা রাসকী লাইরিকশিং অমগা অমগা চাশিন্নরগা ৱাহৈ অথোই অহেন্নচিংবসু বৈষ্ণব পদাবলীশিংগা থানরগা, য়ারিমখৈ অশেংবা মওংদা থম্মনবা হোৎনজৈ।

## শ্রীমদ্ভাগবতম্ দশমস্কন্ধেত্রয়স্ত্রিং শোঽধ্যায়ঃ।

### (রাস পঞ্চাধায়গী অরোয়বা অধ্যায়)

পাদন্যাসৈর্ভুজবিধূতিভিঃ সস্মিতৈর্ভ্রূবিলাসৈ –
র্ভজ্যন্মধ্যৈশ্চলকুচপটৈঃ কুণ্ডলৈর্গণ্ডলোলৈঃ।
স্বিদ্যন্মুখ্যঃ কবররশনাগ্রন্থয়ঃ কৃষ্ণবধ্বো
গায়ন্ত্যস্তং তড়িত ইব তা মেঘচক্রে বিরেজুঃ।। ৮
উচ্চৈর্জগুর্নৃত্যমানা রক্তকণ্ঠো রতিপ্রিয়াঃ।
কৃষ্ণাভিমর্শমুদিতা যদ্গীতেনেদমাবৃতম্।। ৯
কাচিৎ সমং মুকুন্দেন স্বরজাতীরমিশ্রিতাঃ।
উন্নিন্যে পূজিতা তেন প্রীয়তাং সাধু সাধ্বিতি।
তদেব ধ্রুবমুন্নিন্যে তস্যৈ মানঞ্চ বহ্বদাৎ।। ১০
কাচিদ্রাসপরিশ্রান্তা পার্শ্বস্থস্য গদাভৃতঃ।
জগ্রাহ বাহুনা স্কন্ধং শ্লথদ্বলয়মল্লিকা।। ১১
তত্রৈকাংসগতং বাহুং কৃষ্ণস্যোৎপলসৌরভম্।
চন্দনা লিপ্তমাঘ্রায হৃষ্টরোমা চুচুম্ব হ।। ১২
কস্যাশ্চিন্নাট্যবিক্ষিপ্ত কুণ্ডলত্বিষমণ্ডিতম্।
গণ্ডং গণ্ডে সন্দধত্যা অদাৎ তাম্বুলচর্বিতম্।। ১৩
নৃত্যন্তী গায়তী কাচিৎ কূজন্নূপুরমেখলা।
পার্শ্বস্থাচ্যুত হস্তাব্জং শ্রান্তাধাৎ স্তনয়োঃ শিবম্।। ১৪
গোপ্যো লব্ধাচ্যুতং কান্তং শ্রিয় একান্তবল্লভম্।
গৃহীতকণ্ঠ্যস্তদ্দোর্ভ্যাং গায়ন্ত্যস্তং বিজহ্রিরে।। ১৫
কর্ণোৎপলালককবিটঙ্ক কপোলঘর্ম –
বক্ত্রশ্রিয়ো বলয়নূপুরঘোষবাদ্যৈঃ।
গোপ্যঃ সমং ভগবতা ননৃতুঃ স্বকেশ–
স্রস্তস্রজো ভ্রমরগায়করাসগোষ্ঠ্যাম্।। ১৬
এবং পরিষ্বঙ্গকরাভিমর্শস্নিগ্ধেক্ষণোদ্দামবিলাসহাসৈঃ।
রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভির্যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ববিভ্রমঃ।। ১৭

## শ্রীগীতগোবীন্দগী দ্বিতীয় স্বর্গ।

রাসে হরিমিহ বিহিত বিলাসং

স্মরতি মনো মম কৃতপরিহাসম্। ২ ।

চন্দ্রকচারুময়ুর শিখণ্ডকমণ্ডলবলয়িতকেশম্

প্রচুরপুরন্দর ধনুরনুরঞ্জিতমেদুর মুদিরসুবেশং। ৩ ।

গোপকদম্বনিতম্ববতী মুখচুম্বন লম্ভিত লোভং

বন্ধুজীবমধুরাধর পল্লবমূল্ল সিতস্মিত শোভং। ৪ ।

বিপুল পুলক ভূজপল্লব বলয়ত বল্লব যুবতি সহস্রং

করচরণোরসি মণি গন ভূষণকিরণবিভিন্নতমিস্রং । ৫ ।

জলদপটলবলদিন্দুবিনিন্দিকচন্দনতিলকললাটং

পীনপয়োধর পরিসরমর্দ্দননির্দ্দয় হৃদয় কবাটং। ৬ ।

মণিময়মকরমনোহর কুণ্ডল মণ্ডিতগণ্ডমুদারম্

পীতবসনমনুগতমুনি মনুজ সুরাসুরবরপরিবারম। ৭ ।

বিশদকদম্বতলে মিলিতং কলিকলুষভয়ং শময়ন্তং

মামপিকিমপিতরঙ্গদনঙ্গদদৃশা মনসা রবময়ন্তং। ৮ ।

শ্রীজয়দেবভণিতমতিসুন্দর মোহন মধুরিপুরূপম্

হরি চরণ স্মরণ প্রতি সম্প্রতি পুণ্যবতামনুরূপম্। ৯ ।

গনয়তি গুণগ্রামং ভামং ভ্রমাদপি নেহতে

বহতি চ পরিতোষং বিমুঞ্চতি দূরীতঃ।

যুবতিষু বল তৃষ্ণে কৃষ্ণে বিহারিণি মাংবিনা,

পুনরপি মণোবামং কথং করোতি করোমি কিম্। ১০।

## শ্রীথোকচোম ওঝা মুক্তা সিংহগী
### ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ

নাচত নাগরী নাগব সঙ্গে।
আজ বরি কি আনন্দে, কি আনন্দে এ।
নানা যন্ত্র বাজত দেই কর তালি।
সখিবে বিলাসই যমুনা পুলিন বনে
ব্রজ নব যুববাজ সঙ্গে নিযে বৃষভানু সুকুমাবি।
শ্রীবাস মণ্ডলী মাঝে নটিনী নর্ত্তন বাজে
ব্রজ কুলবতী সহে কুঞ্জে খেলে শ্যাম চাঁদ
কবপদ যুগ চালন প্রতি অঙ্গে আভবণ ঝল মল ঝল মল করেবে।
মধুব নর্ত্তন গতি ভঙ্গি মধুব নটিনী নর্ত্তন সঙ্গি।
যেমন চাঁদকে ঘেবে তাবাগন, তেমনি বাধা শ্যামকে ঘেবে গোপীগন বে
গগন চাঁদ লুকইযাছেগো বদন চাঁদ হেবি দুহু বদন চাঁদ হেবি।
শ্যাম গৌবী নর্ত্তন সুঠাম চঞ্চলগমনী শ্যাম গৌবী।
কালো মেঘেব কোলে কিবা চাঁদ খেলে।
আজ কিবা শোভাবে
নীলমণি কান্তি জিনি স্বর্ণমণি কান্তি জিনি তমালে
কনক লতা যেন জডাওলবে।
কতহু গোপীনী বাধা সুবদনী বিলসই সুখদ বজনী
মধুব শ্রী বৃন্দাবনে বিকশিত পুষ্পবনে।
শ্রীবাস-মণ্ডলী মাঝে সঙ্গে ব্রজ নটরাজ।
শ্যামব সঙ্গিনী বঙ্গিনী বামা ললিতা মনসা মাধবী শ্যামা
বসদা জয়দা আব গোবিন্দে।
অনঙ্গ মঞ্জবী গান আবম্ভিল
অপরূপ বসময় অপরূপ বাস।
বলিহারি বলিহাবি যায় নরহরি দাস।

## শ্রীহাওবম ওঝা নিংথৌবা সিংহগী
## ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ

সুখদ রজনী পুলিন বনে বিলসই নাগর রাজ।
কিবা শোভা বৃন্দাবনে (আজুরে) রাসোৎসবে
নাচত নটিনী নাচত  নটশেখরে।
শ্রীরাসমণ্ডলী ব্রজরমনী মাঝে রাই কাহ্নু সুবিরাজে।
আজ সুখ যামিনী পুলিনে কি শোভা।
শ্যামের বামে শোভিয়াছে মহাভাব স্বরূপিনী।
কিবা মরকত মণি রাই কাঁচা সোনা।
নটিনী মণ্ডলে নাচে নটরাজ। হেমমনি মণ্ডলে ইন্দ্রনীলমনি বিরাজ।
দুই দুই সখি মাঝে গানে নৃত্যে আলিঙ্গয়ে চুম্বয়ে ব্রজনবযুবরাজ।
তাথৈয়া তাতাথৈ বাজত মৃদঙ্গ, নাচত রঙ্গিনী অঙ্গ বিভঙ্গ।
চৌদিগ বাজত যন্ত্র রসাল কাহ্নুদেয়ল করদ্বয়ে সুবিষম তাল।
থোদৃক্ দ্রাং ধৈ ধৈ কটিধা ধা ধা মধুর মৃদঙ্গ বাজে।
সানিনিধধপপমমমগরেসা সাসাসানিনিধধপপমমম
গরেসাধপমমগরেসাসানি ধপ পপ মম গরেসা
বাজে পাখোয়াজ মধুর মৃদঙ্গ ধা কটিতাক ধুমকিটি ধৎ ধৎ
ক্রান ক্রান ধুম কিটিতাক ধুমকিটি তাক গদিঘন ধা।
তাল বাজেরে সখি, মধুর কেলি মধুর মেলি মধুর মধুর কবয়ে খেলি।
মধুর যুবতী মাঝে মধুর শ্যাম গৌরী বিরাজ।
তারাগণের মধ্যে যেন তারাপতি সুবিরাজে।
কিবা শোভারে শোভারে রাধা শ্যামের রূপ।
ব্রজরাজকুমার রাধাপ্যারী সঙ্গে খেলে।
যেমন চান্দশোভে গগনে তেমনি শোভে পুলিন বনে।
নাচত গাওত রঙ্গিনী সব মেলি, সপ্তস্বর বাজত তাল
সারেগমপধনি সারেগমপধনিসা।
সারেসানিধপপগমরেগ।। সাসা রেরে গগ মম পপ ধধ নিনি সাসা

সাসা নিনি ধধ পপ মম গগ রেরে সাসা।
শ্রমজলবিন্দু বদনে শোভারে কিবা ঝল মল করে।
কনকমুকুর যেন মুকুট বিথার।
কি মাধুরি অপরূপ যুগল বিলাস হেরি হেরি প্রেমঝুরে গোবিন্দ দাস।
নাগর রাজ নাগরী সঙ্গে শ্যামের বামে শোভিয়াছে নবীন কিশোরী।
কোই কোই বাজত, কোই কোই গাওত সখি সঙ্গে বিহরই রাধা মাধব।

## শ্রীমাইবম ওঝা পুরেন কৈফাশেলুংবগী
## ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ

তাথৈয়া থৈয়া মৃদঙ্গ মধুর বাজে
সবহু যন্ত্র মেলি বাজে করতালি রাস মণ্ডলী মাঝে।
গোপেশ্বব নামধারী যাহা পঞ্চানন দ্বারি।
পোপাঙ্গনাগণ পদ চালে ভঙ্গি কবি।
কিবা সেই ভুরু করি চালন মাধুরী।
কিবা সেই অঙ্গ ভঙ্গি গমন ভঙ্গিমা।
কিবা সেই নেত্র গতি বিজুরী উপমা।
তত তাথৈয়া তাথৈয়া দিগি দিগি দিগি দিগি দৃগি দৃগিতা।
বহু বিধ সুন্দর রসালরে রাধা বাজায় অলাবনি,
তাহে নব নটবররাজ বিরাজেরে।
সবহু যন্ত্র মেলী বাজে করতালি ব্রজ গোয়ালিনী।
বৈধক্ষী আহেরিনী নানা তালে নানা গতি ভুবন মোহিনী।
কিবা সেই হস্ত পদ যুগের কাপনী
নানা তালে নানা গতি ভুবন মোহিনী।

সপ্ত স্বর তিন গ্রাম ছয় রাগ ছত্রিশ রাগিনী মিলি গায় ব্রজরমনী।

বাইশ আলাপ সুতান উনপঞ্চাশ একুশ মূর্চ্ছনা গমক পঞ্চদশ।

সা রে গনি ধপ, পম গরে সা নিধ সা রে

সা নিনি ধধ পপ মমগগ রেরেসা সারে গরে

সানি ধসা রেসা ধনি নিধ নিধসা গগসা

গগগগ সানিধ পম গরেসা ধনিনি ধনি ধম পম

গরেসা সারে গণি ধপ পম গরেসা নিনি ধধ

পপ মম গগ রেরেসা পম মম গগ রেরেসা

সবহুঁ যন্ত্র মেলি .......।

মল্লার কর্ণাট নাট নাম সুকেদার।

কামোদ ভৈরবী রাগ দেশাগ গান্ধার।

বসন্ত মালব রামকেলী সুগুজ্জরী।

গৌরী গান্ধারীক রাগ তুরি অশাবরী।

বেলাবলী মারহাট্টি মঙ্গল গুজ্জরী।

দেশ বাদড়ী আর সুপঠ মঞ্জরী।

মাগধী কৌশিকী পালি ললিতা সিন্ধুড়া।

এইত রাগিনী গান করে মনোহরা।

ডগ মগ ডগ মগ ডম্ফ ডিমিকি ডুমি পী পী বেনু-নিসানে।

চলত চিত্র-গতি নর্ত্তন পদ অতি মাধব ইহ রস গানে।

## শ্রীহুইদ্রোম ওঝা ঝুলনমচা সিংহগী
### ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ

রসময় শ্রীবৃন্দাবন বিকশিত পুঞ্জে।
মন্দ পবন সম্মিলিত কোকিল গুঞ্জে।।
সৌরভ সঙ্গত শ্রীবৃন্দাবন কুঞ্জে।
শীতল যমুনা বহে অনুপম রঙ্গে।।
(রসরাজ- হেরি আহা) যমুনাতে দেখা পাইরে।
শীতল যমুনা বহে অনুপম রঙ্গে।।
শ্রীরাস মণ্ডলীমাঝে নাচত নটীনি সমাজ সুবিরাজে।
বাজকি কুণ্ডর কাহ্নাইয়া বৈদগধি ব্রজের ভাব বাজত যন্ত্ররসাল।।
সপ্তসুব তিনগ্রাম ছয়রাগ ছত্রিশ রাগিনী মিলিগায় ব্রজবমনি।।
বাজে পাখোয়াজ বীন রবাব মুকুজ উনপঞ্চাশ কোটীতান একুশ মুরুছনা।।
ব্রজবধু সাবি সাবি বাজে কিযে চান্দেব মালা,
কিযে কর্দম্বিণী মালা, কঙ্কণ-ধ্বনি নূপুব বাজত
কোকিল ধ্বনি শুনি লাজে লুকাওল।

### ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ শৈরেং

দক্ষিনেতে আনঙ্গ মঞ্জরী গৌববরণ।
শ্রীবাধাব অনুজ বসময়ী বসপূর্ণ।।
বামে শ্রীবাধিকা স্বর্ণ বর্ণ মনোহারী।
শ্রীকৃষ্ণ বাঞ্ছা পূর্ণ ময়ী মনোহারী।।
মধ্যে শ্রীকৃষ্ণ শ্যামবর্ণ মনোহারী।
হাতে বংশীধাবি মদন মোহন।।
ত্রিভঙ্গ সুন্দররূপ দেখি মন ভুলে।
এতিন মিলন রসরাজ স্বরূপ।।
পাদেতে আনঙ্গ মঞ্জরী বক্ষে শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র।

বদনে শ্রীরাধা ললিত ত্রিভঙ্গরূপ।।
দেখিতে শুনিতে মদন মোহেন রসরাজ স্বরূপ।
কবে নরোত্তম দাস দেখিবে নয়ন।।
নিশি দিশি গুণ গাও পরম আনন্দ পাও।
মনে মোর এই অভিলাস।।
কাম গায়ত্রি রূপ হয় কৃষ্ণের স্বরূপ সার্দ্ধ।
চর্ব্বিশ অক্ষর তার হয়া সেই অক্ষর চন্দ্রহয়।
কৃষ্ণকরিল উদয়হয় ত্রিজগত কৈল কামময়।।
সখীহে কৃষ্ণ মুখ দ্বিজরাজ রাজ।
সেই ত্রিভঙ্গ রূপ হেরি হেরি প্রাণ হরিয়ানিলে নিলেরে।।
কৃষ্ণবপু সিংহাসনে বসি রাজ্য শাশনে সঙ্গে করি চন্দ্রের সমাজ।
দুইগণ্ড সুচিক্কন জিনিমণি সুদর্পণ
সেই এই পুর্ণচন্দ্রজানি (মানি)।
ললাটে অষ্টমী ইন্দু তহাতে চন্দন বিন্দু।
করনখ চাঁটেরঠান্দ বংশী উপরে নাদতারগীত মুকলীর তান।।
পদনখ চন্দ্রগণ তলে নর্ত্তন নুপুরের ধ্বনী যার গান।
নাচে মকব কুণ্ডল নেত্র লীলা কমল বিলাসি রাজা সতত নাচয়ে।।
কিবা সে চাঁন্দের বান্ধে চাঁচুর কেশ।
মদন মনোহর নটবর বেশ।।
কি বিশেষ মোহন বেশ ত্রিভুবন জিনি।
অঙ্গ বিভুষিত কৈল রতন ভূষণ।।
নরোত্তমদাস বলে কভু নাহি দেখি।।

---

# মরী লৈনবা লাইরিক খরা


ভঙ্গী পবেং অচৌবা (পুংলোন) — শ্রীমাইস্নাম অমুবী সিংহ, ১৯৬৫

ভঙ্গী পবেং, গোপীবৃন্দাবন,
গোষ্টবৃন্দাবন, খুকম্বা পবেং (পুংলোন) — শ্রীমাইস্নাম অমুবী সিংহ, ১৯৬৬

ভঙ্গী পবেং (ভঙ্গাবলী) (পুংলোন) — শ্রীপুত্রম্বম বিপিন সিংহ, ১৯৯৫

শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী ভঙ্গী পবেং মণ্ডা
(পুংলোন) — শ্রীঙাংবম বীবমঙ্গল সিংহ, ১৯৯৯

ভঙ্গী পবেং মণ্ডা (পুংলোন) — শ্রীগুরুঅবিবম বলদেব শর্ম্মা, ১৯৮৪

মণিপুবী সঙ্গীত মিংশেল — শ্রীক্ষেত্রিমযুম অমুযাইমা সিংহ, ১৯৭০

বাস পুর্ণিমা — শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ, ১৯৮৩

মণিপুবী জগোই (বাস মখল মবিগী ঈশৈ) — শ্রীমৈস্নাম অমুবী সিংহ, ১৯৮২

মণিপুবী বাস — শ্রীখাইদেম লোকেশ্বব সিংহ, ১৯৭৪

মণিপুবী নর্ত্তনেতাল ও অলংকাব — শ্রীপুত্রম্বম বিপিন সিংহ, ১৯৯২

মৈতৈ জগোই খুৎথেক — শ্রীহিদংমযুম থম্বাল শর্ম্মা, ১৯৮০

মৈতৈ জগোই ১২ শুবা শকক দিবাবাস — শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মা, ১৯৮৪

নট সংকীর্তনগী পুংলোন — শ্রীথোকচোম ইবোহল সিংহ, ১৯৮২

বাস শৈবেং — শ্রীহাওবম অতোম্বা সিংহ, ১৯৬৬

দিবা বাস — শ্রীমতি থৌবানিশাবী দেবী, ১৯৯৩

শ্রীশ্রীবাধা গোবিন্দ প্রেমকেলি বিলাস বস — শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহ, ১৯৮৩

মৈতৈ পুংলোন তাল মবোল মঞ্জুবী — শ্রীথোকচোম কুলবীধু সিংহ, ১৯৮৩

বাস অমসুং অতৈ কৃষ্ণ লীলাশিং — শ্রীফাঞ্জৌবম ইবোতোন সিংহ, ২০০৫

বাস পবেং মহাবাস কুঞ্জবাস - শ্রীকোঙ্গ্রাইলাংপম বাধামোহন শর্ম্মা,

গোবীন্দ লীলামৃত — কৃষ্ণদাস কবিবাজ, যদুনন্দদাস, ১৯২৭

বৈষ্ণব পদাবলী — সাহিত্য সংসদ কলকত্তা, ১৯৬১

নাট্য শাস্ত্র মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা
(অহানবা শকক) — শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মা, ১৯৮৫

রূপগোস্বামীগী নাটক চন্দ্রিকা — হিন্দি অনুবাদ বাবুলাল শুক্লা, ১৯৬৪

রাস পঞ্চাধ্যায় – মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা – শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা, ১৯৬১

শ্রীগীতগোবিন্দ – মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা – শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা, ১৯৩৭

নট সংকীর্ত্তনগী তাল – সনখ্যা ইবোতোম্বী, ২০০৪

মৈতৈ পূংলোন বাগ – এম. থোইবা সিংহ, ১৯৯৬

মৈতৈ পূংলোন শৈকোন্নবী তাঙ্কপ পবেং-১ – এম. থোইবা সিংহ, ১৯৯৭

নাট্য শাস্ত্র – হিন্দি অনুবাদ বাবুলালশুক্লা – Kasi Sanskrit Series 215, 1983

নাট্য শাস্ত্র (মূল সংস্কৃত) – Kasi Sanskrit Series 60, 1929

Bhangi in Manipuri Rasa – Surchand Sharma, 1993

Historical Study of Indian Music – Swami Prajnanananda, 1981

Indian Classical Dances – Kapila Vatsayan, 1974

Introduction to Musical Scale – Alain Danielou, 1979.

Manipuri Dance – E Nilakanta Singh, 1997

Aspects of Indian Culture – E. Nilakanta Singh, 1982

Shastriya Manipuri Nartan – Darshana Jhaveri & Kalavati Devi, 1993

The Natya Shastra – Eng. Transt. A board of Scholars, 2006



# ব্রাফম খরসিগী য়াওফম লমায়

